# অচাইবা লৈ

এলাংবম নীলকান্ত

এলাংবম লৈকায় ইম্ফাল

অহানবা ফোঙবা
ডিসেম্বর ১৯৫৭



অনিশুবা ফোঙবা
জুলাই ১৯৯৪

কুমারী এলাংবম গিরিজা দেবী
এলাংবম লৈকায়

মখুমগী ডিজাইন
থোইদিংজম তোম্বী

নম্ফম সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস.
লোক্লাওবুং, ইম্ফাল

স্বত্ব পুন্নমক
লাইরিক ইবগীনি

মমল লুপা ৩৫

কায়নখ্রবা অমসুং
লৈজরিবা
মরূপ পুম্নমক্কী মফমদা

# তৌবীমল খঙবা উৎচবা

লাইরিক অসিগী শকক অয়াম্বদি হান্না ফোঙখ্রবা ওাক্তনি। আরটিকল অয়াম্বা "নহারোল" "সাহিত্য ঈচেল," "মৈতৈ," "মতম," "ডি, এম, কোলেজ মেগাজিন," "প্রজাতন্ত্র" অমসুং "ওসি" খবরদগীনি। মসিগীদমক সম্পাদকশিংদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অসিদসু নত্তনা ইশামক্তা সম্পাদন তৌজরম্বা "মিংয়েং"দগী অমসুং "ওসি" খবরদা ওসি আর্টি ক্রিটিক হায়না ইজরম্বা আর্টিকল খরসু য়াওরি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী অধিবেশন অনিরক্কী ভাবন খরসু য়াওরি। ডি, এম কলেজদা তমলিবা নহারোল লাইয়েকপশিংগী মরক্তা খঙনরক্লিবা ঐহাকী ছাত্র শ্রীথোইদিংজম তোম্বীসিংনা মথুমগী য়েক্লিবা ডিজাইন অসি থোক-হল্লকপগীদমক মহাকপু ধন্যবাদ তৌরি।

---

# অনিশুবা খুৎনমগী মতাংদা

"অচাইবা লৈ" – চহী ৩৭ কী মমাংগী ঐহাক্না ফোঙজবা রচনাগী অহানবা লাইরিকনি। অপাবশিংনা হরাওনা ওকপীখি। পুন্সীবু নৌহৌনা থেংনজবগী ফোংদোকপা মুংঙাইবা অমম্নুং অওকপা মশক অমনি। মথংদা য়ারেং শৈরেং কয়া ফোঙলবা ফাওবদা সাহিত্যগী মরূপমপাংশিংনা লাইরিক অসিবু মুংশিবীবগুম তৌরি। মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী এম, এগী থনগৎলবা লাইরিকশিংদফাওবা হাপ্পারমই। ঐঙোন্দা তকশীনবি— অমুক্তগা ফোঙথো। অসিনা অমুক্না হন্না ফোঙজরিবনি—তুংদা হৌরক্লিবা অইবা ইনাউশিংগীদমক ওইনা।

মুংগী পানগী থেংনরক্লিবা চৈথেং কয়া অসিদগী থোরকপা সাহিত্যগী মশক ওইবনা চহী কয়ামুক অসিদা ঐহাক্না য়াথলগীদি অহোংবা কয়া থেংনবারগনি। মতকীদমক্তদি লাইরিক অসিগী কান্নবা থোইনা লৈত্রবনি। অদুবু মতম অমদা ঐঙোন্দা কন্না ফাওরকখিবা মশক অমদি হৌজিকসু লৈরি। মুংশিগ্রবা লৈনমবু নীংশিংবদৌনা। মদুবুসু লাপ্লে হায়রুবদি ঙমদে।

অনিশুবা খুৎনম অসিদা হাপঙোক হাপচিন অমতা তৌজদ্রে। য়াহৈ পরেং অমা ফাওবা শেমদোকচদ্রে। ফজবা অথীবা পুম্নমক মতম কুইনগী ওইনা লৈহৌসনু। মরূপ সাহিত্যকার এলাংবম সোনামণি সিংহনা প্রুফনাচিংবা লৌবীদুনা য়েংশিনবীবগীদমক লমন তোনশিপ্পরে। মথুম নৌহৌনা য়েকপীবা খ্বায়না শকথঙনরবা কলাকার থোইদিংজম তোম্বী সিংহবুসু থাগৎচরি।

এলাংবম লৈকায় — এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

২৪ | ৬ | ৯৪

# ৱাহৈ অমনিদং

লাইরিক অসি লমায় খবদং হাংদোক্লুনা পাৱীবদা হেক্তা মখণ্ডবীগনি। মহাক পণ্ডিত নত্তে। পণ্ডিত শাবস্ত হৈনজদে। পণ্ডিত-শিংগী লাইরিক্কি খরমকৈ মখোনজরকরে অদুবু পণ্ডিত তাখিদনবা হোংনজবদা কয়ামুক অৱাবা খাওবা তাৱগে হায়বত্তুদি পাৱীরিবশিংনা অদুম মখণ্ডবীরে। মরমদি রচনা খরশিংগী মকওইবা উদ্দেশ্যাদি মত ফোংদোকপা নত্তে। সমস্যা কয়া লেনবস্তু নত্তে পোকচরকপা ৱাখল খর ফজনা ফোংদোক্লব। অমুক হেন্না ফজনা ফোংদোক্লবা লাক্লজ-বতনি। শন্না হায়রবদা মৈতৈরোনগী মুক্তিনি এহাক্না তানজবিবদি। য়াম্নবদি ৱাখলগীস্ত মুক্তি।

মণিপুরী সাহিত্যদা ইংরাজীগী বেলে লেটার্স (রম্যরচনা) হায়বা মতম অসিদা য়াম্না চংনরক্লিবা রচনাগী শকফম অমা ইয়ৌ য়ৌরক্ত্রি। মসিগী ষ্টাইলদনি লাইরিক অসিগী অতোপ্পা রচনা অদুম ইজখিবা চহি কয়াগী মমাংদা। মতমকাদি হোংদোকচনিংবা কয়া য়াওরে। অদুবু নহা ওইরিবা পুম্নমক অনৌবা থম্মোইগী য়াওনগী মশক অসিমদি কায়দনা থমজরি।

লাইরিক অসি শিংজুনি; লৈপরেংগী মওংনি; লৈচন কয়াগী নাচোমনি। হৌনইনশাং হায়বত্তুনি। মণিপুরী খবরগী লমায় অমদগী হেন্দনবা ইজখিবা আর্টিকল কয়াম্তু য়াওরবনা চাংমান্নবা—ইউনিফোর্ম ষ্টাণ্ডর্ড হায়বত্তুদি থমজবা ওমদ্রে। নীংবা থুংজদবা মতাং কয়াম্তু য়াওরে।

অদুগা "অচাইবা লৈ" হায়বা মমিং অসিদি শ্রীমাইবম হরিচরণনা (ঐহাক্নদি "তাইবুংঙো" কৌজৈ) ইবা আর্টিকল অমগী মমিংদগী লৌজবনি। মণিপুরী লোনগী মশিং থীংমদ্রবা য়াহয়গী পুক্কৈদগী করিগীদমক য়াহয় অনি অসিবু খনগংলুরিবনে হায়বদুদি থবাইনা ভাজরুবা হায়বদুনি।

অদুগা মরূপ মপাংশিং খরনা অমসুং থোইদোক্নসু ৩: কে: ট্টোরনা ঐহাক্কী অসিগুম্বা রচনা খর খোমজিন্দুনা লাইরিক অমা ওইনা থোক-হনবীরিবসি মরম চাবরা চাদবরা হায়বদুমদি নত্তিক চারবা পাঠকশিংনা বিচার অদুম তৌবীরো।

বানানগী মায়কৈদসু চাংনাম্নবা ওনাখ্রে। অরুন অয়াংগী চাউরাকপা অমদি ইনজরি। অসিমকসু নাংবা থুংজদ্রে। হৌজিকমক্কী ওইরিবা মৈতৈ-য়োনগী বানানগী অকিবা শকফম অসিমসু হায়না মখণ্ডবির। অদুগী মথক্তা প্রুফ য়েংবদা, ইশামক্না য়েংজৈ, চিখ্রৌবা কয়া অমসুং শেরাম্নখিবা কয়াসু শোয়দনা থেংনবিগনি। মসিগীদমক্তি মাপ তৌবিয়ু।

হৌজিকমক্কী মণিপুরসিদা অসিগুম্বা লাইরিক অমা ফোংনবগী অরুম্বা ভার লৌবীরিবা ৩: কে: ট্টোরদা ঐহাক্না লমন কয়ামুক তোঞ্জরবগে হায়বদুদি পাঠকশিংসু খণ্ডবীর রিগনি। অদুবু খণ্ডবীনবসু ফোংদোকচরি।

নীলকান্ত

এলাংবম লৈকায়

# হীরম লমায়

## বেলে লেটার্স—Belles Letters

## ( রম্য রচনা )



## সাহিত্য



## ধর্ম্ম

## জগোয় অমসুং ড্রামা

# বসন্তনা কৌরবদা

নহালদগী কৈনো অমতংদি ইগে খল্লকইবনি। করি ইগদবনো? ইবদা য়ারোইদোবা টোপিকস্ন লৈতে। ইদ্রগ তোকপা য়াবস্ন ঙাক্তনি। মীনদি লাইরিক থরা তম্লবনি হায়দুনা সমাজগী দেশকী মীওইবা সভ্যতাগী মরমদা ককা হায়দুনা আশা তৌগনি। ইশৈ অমত্তং লোম্না শকচবা য়াবা নত্তে। প্রজাগী প্রজাগী ময়ামগী ময়াংগী করি ইসিগে, করিবু ইসিগে?

মতম অমা লৈরমই—পোথ্বি লৈরাং চেক্লা খোইমুগী মরমদা তত্তনা ইনীংবা। ফনস্ন য়াম্না ইনরে। কুতংপা লৈতনস্ন ইনখিগনি। মসিগুম্বা ইবসিদি অমত্তং ইনীংবসিদি মতম নাই। লমোই শোক্লা অমস্নং মীত্তা পিগী ঈরা চেন্দুনা ইগল্লি। মতম অদুদি হায়দোকপদদুম ফনা ইকাইবা পোংনি—নুংশিবা মতম। অমতনা মত্তোমতা নুংশিজবা মতম নত্রগা অনি নত্রগা আনদগী হেনবা ময়ামগী মবক্তা নুংশিনবা মতম। মতম অদুদদি মিংয়েং চুমত্রিং লম্বেল চুমত্রিং -দান অমস্নং ত্যাগ।

হৌজিক্তি রাখলগী নম্বো পোরে মীংয়েং অসি মায়কৈ শীল্লে। নুমিংকী মঙালবু পিক্তমদা মচু তরেং থোক্লা খায়দোকপগুম্না মীংয়েং চুমত্রিং অদু মঙং কয়া পোক্লা খায়দোরে। সংসারগী লৈকোন্দা ফজবা লৈ জাং অমতনা থম্ম শাত্তে। ফজবা অথীবা পোমশাংনবা, শাংকায়বা তীম্না চীকপা পূম্নমক য়াওই হায়বসি হৌজিক্তি উরে। নীংজবদস্ন নত্তে অপাম্বা; অকংবদস্ন নত্তে মিহৌবা; নুংশিবদস্ন নত্তে কল্লকপা। শম্না হায়রবদা ঐহাক অহল ওইরে।

ভাব অমরোমদা অহল ওইবনিদা। ঐহাকী থম্মোইবু কনানা অহল ওই হায়গদগে? হন্দক মরকসি অয়ুক্তা অস্নুম লম্বেলদা একাগাড়ী

তোংতুনা চৎপদা মুংশিংনা লিরি লিরি হুম্বদা থঙহৌদনা থম্মোইদা ফোংদোকতুমদবা মুংঙাইবা পোকই। য়েংথোকখিবদসু ঈহং ঈংবগুম, ইশং শংবগুম ইনৌ নৌবগুম—আঃ বসন্তগী য়েংনীংবু থাঙ্গৈশেংনমক ফজত্রনে? উনাশিং অসিদা অয়ুক্কী লিক্লা তাব। অমসুং মুমিংকী মশেকতা হাই-হুমলকপদা ওইরকপা মওং ইরেঙ লেঙ ঈরং লং। উথাদকা অসুম চৎপদা মুংশিংনা কন্না শীংলকপা অমসুং কেল্লকপা উনা ময়ামতুগী অমা অনি থক্লা কোকথক্লা তারকপ ঐচোন্দি মুংঙাইনা থোকখ্রেদা। অহল লম্মন্না কোক্তা নানবিবা মুংঙাই হায়নৈ মুশিনবা শাবী শানৌশিংনা থুৎশম্নবা কাউবা যাদে হায়নৈ। ঐখোন্দি বসন্তগী মুংশিং অসিনা কন্না হুম্বদা উনা অমতংনা কোকথক্লা তাবীরকপা—অসিতনি ঐনা পামজরিবা: পৈশা নত্তে, মীংচৎ নত্তে, পুন্সি নত্তে - বসন্তগী উনা অমতং উনা অমতং।

লৈরাংবুসু মীরায়বদি নত্তেদা। অতুদা ঐহাক্কী অশোনবা অমা লৈ—ঐহাকসি লৈরাং অমসুং লৈরাং মানবী যেংবা কয়া হৈনদে। য়েং-নীংদে হায়রবদি পাপ পুগনি; য়েংবগা বরি তৌংদবনো থঙদে। হেক্তোকপা? শাংকায়রবা অতৈরগুলাপ হেকলুদুনা করি তৌগনি? অওইবমক ফজবা য়েংবা হায়বসি মুন্দাইহৌপ অমনি—অরোইবা পনখে অমনি। অরাংবা চৌংদোল য়ৌবগুম্বনি মগা তৌফম থঙদবা। চৌং-দোন য়ৌরগা অমুক কুমথরকপদা হেক মতাই খ্বাইনা হায়নবা ফজবদা ঙাওই হায়বতু লাক্লি; ফজবদদি ঙাওদে, অপাম্বদা ঙাওবনি। ফজবনা থম্মোইদা পীবদি শান্তি; আনন্দগী শরুক থর। অপাম্বনা পীবনা তপথদবা। থর কনশিল্লগা শাবী শানৌশিংনা তোয়না থেংনরিবা "অচাকপা" হায়বতু।

নহাল অয়ুক অনদি উনা পুংবা উশা অমদগা, 'কুউ' 'কুউ' হায়বা মখোল অমা তায়। শোয়দ্রে বসন্তগী কোকিল হায়বতু ওইরমাসে। মৈতৈ কবিশিংনা শোন্নরিবা, বসন্তগী কোকিল হায়বসিদি অসিদদি দিবানিশিদা পঙথোং মখোংই। উরিরে অমনা কোকিল ওইনা পাইরককেদি

হায়রমদবনিনা থমোইদি থোইদোক্ত তংকপা ওয়েদা। হায়রম্ব-কাওবদা মপাল থোকতুনা কোকিল তাল্লগনি হায়বসিদি চহি মতাং সিগা হায়রবদি হায়মনবা থোক্তনি হায়বদা য়াওগী অনানব, এইরোই।

কোকিল খোংকক্রে হায়জুনা মাওগী লম্পাক্তা য়েংথোকখিবদদি লৈরাংম্ব মকা ফম্না শাংলমলে। বসন্ত চঙলমলে। উপক্তা য়েংথংলুবদম্ব অনৌবা য়েংনীং ভাক্তা; ভাবনা ফংখংলক্রিবম্ব কৈরাংশিংসি নোকপ্ নোকপ্রা য়েংনীংশিংসি মুংশিক্তা ক্যগোই শাদ শারবরা খল্লে। মহৌশা থুংশেমগী মচুগা অতিয়াগী মচুগা কল্পনাগী মচুগা শানদবা য়াদনা অমত্তা ওইনা তিন্নখরে। খওলে বসন্তনা চঙক্লবদা অরেম্বনি বিজ্ঞান অরেম্বনি লৌজিক, এই সব মেজিক।

"উপাল অসিগী মখাদা রুটি মচেৎ অমগা শরাবকী পেয়ালা অমগা, শৈরেংগী বই অমগা অমত্তুং নওতগা" হায়বা ওমর খায়ামগী কবিতাগী অর্থতু হন্নক্তা ভাব তারকই।

অসিগুম্বা পুক্লিং শুজ্ঞৎনরবা মতম অসিদা পুক্লিংদা কৈনো অমা কন্না কাওরকলি। খরদং নাপচাক্ত শোনজগে—মুংশিবগী য়াখল। বসন্ত চঙলবদি নহারোলগী য়াখলদি মুংশিবদা ওনশিল্লি হায়বা ইংরাজী পাউরৌ লৈ। চুমদবা নত্তে। মুংশিবা অরৈবগীনা লৈনা লৈজদবগীনা থম্মোইদা মমি ওইনা তাররিবনি।

ইহে! মুংশিবা পল্লুবদা ভাবসি কৈনো অমা অমুক তৌরেদো। মী পুম্নমক্তা ইখওদি খওদনা খওলবোই নীংনবা খওলবম্ব মানা খওলিং-বগুদি অতৈ অমনা খওবা ওম্নবোই খন্নবা সবজেক্টতি ইংরাজী লোন্দা হায়রগা লভ খর ফজবা লোন্দা হায়রগা প্রেম। প্রেম সরোবরদা ডাম্ন থঙোংগী মশক ওইনা চাক্তরদ্রিবা বিজ্ঞান কৈরবা পাখংশিংনা হেক মহংই; মুংশিবা কদাইব্ কৌবগে? অসি নিসে—হায়না হেক মতায়রগা খওবিগনি নিংত্রা? হরগীজ নহী। চিনিগী মগাও খওগে হায়রবদি তংবা তাই। মুংশিগী মওং খওগে হায়রবদি মুংশিদনা য়েংবা তাই। য়েংবা তাই নত্তে; চাকপা তাই; কবি বার্ড সরাথনা মুংশা

থীজদুনা in the lover's ear alone হায়না লোল্লা মুংশি রারী লীজখি।

উনবা অমসুং তিন্নবগী পুন্স অসিদা ঐখোয়না থওবা ওমদবা রাহয় অমা লৈ। মদুদি অরোইবা অরোইবা মীকুপ অরোইবা বিদায়, অরোইবা মীৎয়েং অরোইবা অরোইবা চৌবা নাইরবদি লোইবা নাইগনি হায়বসিদি মশানা তাক্তরবনি। মতমদা ঐখোইগী থম্মোইসিদি ওম্মোক্লা ভাব তাখিদ্রে গৌবদা মপামই লোইবদি পামদে। হন্দক মরক্তি থওহৌ-দনা ঐওোন্দসু রাখল অমা ফাওই; কল্লবা তাশোলমক্তি নত্তে, লমজাউ লম্মৈদি নত্তে। য়েংথ্রমক্কুদা য়েংনিংবা, তাবমক্কুদা অমুকসু তানিংবা অত্তুগুম্বা মওংনি। মদুদি হন্দক্কীসিনা গৌহাটীগী বসন্তগী অরোয়বা শকফম। বসন্তদবু নত্তেনে—গৌহাটিগী ঋতু পুম্নমক্কী অরোয়বা শকফমনি।

ময়াম্মদি হংবিবা য়াই—মৈতৈ লমদমগী বসন্তদি ফজন্রনে? ফজে য়াম্মা ফজে। চীংনা কোয়না পনশাবা মৈতৈ সনা লৈবাক্তা প্রকৃতিগী ফজবগী অরাংপা লৈতে। বসন্ত ঋতু চঙলকপদা অনৌবা য়েংনীং হুনগনি। লৈরাং কয়াসু ফুগায়না শাংকনি। নামিবা বসন্তগী মুংশিংনা চোকথরবা লাইবক্তা কয়ারক হন্নসু নানবীগনি। মদুবু চুংবা কোকিল ফাওবা পাই-রকপা য়াই। অদুবু গৌহাটিগী কোকিলদি চীংলোন মাপল লান্দুনা তামলবা মৈতৈগী হৈকোন্দা থোংলরোই।

ফনা কুইনা গৌহাটীদা লৈরকলে। গৌহাটীগী মুংশিং গৌহাটীগী লৈরাং অমসুং গৌহাটীগী ঈশিংগা অতৎপা লৈতনা তিন্নরে। লম্বেল ময়ায়দা হৌরিবা কৃষ্ণ চুড়াগী অঙাংবা মপানগী চবোংনা পুক্রিংদসু নত্তনা থম্মোই য়াওনা শুক্কাংপা কয়ারক য়াওখ্রে। চান্নরবা মরূপ মপাং কয়াগা ব্রহ্মপুত্রগী তোর্ব্বান্দা চংমিন্নরুরে। কয়া অমগসু থেংলবা অহিংদা থম্মোই রারী শারুরে। চান্নবা অমসুং কান্নবগী খোঙচৎ অসিদা তোঙান তোঙানবা শককম তোঙান তোঙানবা মীৎয়েং অমসুং থম্মোইগা তিন্নরুরে।

মুংশিবগী অহৌবা ময়াম চনশিল্লকপা অমসুং আরোইবা, অঃ অরোইবা কয়া থেংনরে কাথনবগী অর্থ হাওদ্রবা অরাবা উমবগী ভাব তাদনা মুংঙাইবা অমসুং পুন্সিগী স্কীন্দা অতেংপা লৈতনা তানরিবা চরাবা অমসুং মুংঙাইবা ওসবীর পরেং পারে' লোইনা উরে লোইনা উরে

অসুম নীংদাইদনা ট্রেন তোংচুনা হিপতুনা লৈরম্বদগী ইনাক্তগী অমনা ষ্টেশন থৌরে ছোগংলে ' হায়না তাক্লকপদা পোক্লকপা "ইহে" হায়বত্থু হন্দক্তি পোক্লে । পাং লোইশিনবদা তারে । কুমথবা তারে। ঐহাক্কী গৌহাটিগী যাত্রা মপুং ফারে। তমাম্ শোধ।

ব্রহ্মপুত্রগী তোর্বান্দা নোংমমুমিদাংবাই মরূপ অমগী লেংবান্দা কোন্দুনা নাকোংদা ওং শোনখি ওসিগী থোওচংসি ওস্তোক' মুংঙাইগ্রেদকো। অতুবু অংগোযদা ফাওরক্লিবা অসিদি "

"করিনোনে ."

"অসিগুম্বা খোওচংসি অমুক হন্না পোক্লরোই। ওসিগীসিনা অহৌবনি অমসুং অরোইবনি ।"

থাক্লেশেংবনি। এতুংদা অদুগুম্বা মফমদা অমসুং মতমদা মরূপ অতুগা অমুক চংমিন্নবা তাঙ্গা ফংখিদ্রে।

ঐথোয়গী শুমাংদা নোংমা ভিক্ষা নিবা অমনা লেপতুনা ঈশৈ শরুমই। ভিক্ষা হাপ্পগা 'মঙ্গল ওইয়ুকো' হায়রমলগা হন্নমক য়েংঙমদনা চংখি। ঐহাক্না লাঈররবা ঝুলি অসিদা কনা অমনা চান্নবা থর কনা অমনা মুংশিবা থর, থর অমনা রাহর্গা, লৈফুব থর অমনা থমোয়গী লৈক্তবা —অতংপা লৈতনা হাপ্পরি। ঐহাক্না গৌহাটিগা ঈশৈ লোইরে। ঝুলি অসি য়োমশিন্দুনা অতোপ্পা খোঙ্গান্দা অমুক পরিক্রমা তৌবদা মতারে। অতুবু চংলমদাই মতমাসদ রাইহ অসিমতাংদদি ওক্তনা হায়রমগে—মঙ্গল ওইয়ু মঙ্গল ওইয়ু।

ঐহাক্না মতম থরদংগী থওনখিবা অমসুং চান্নখিবা মরূপ পুন্নমক! বিদায়! ঈশ্বরনা নগোয়দা মতম পুন্নমক্তা আশীষ পীনবিসনু।

অহুবু ঐনা শকচরিবা ঈশৈশিংদি? সঙ্গীতপুদি লেপ্পা নাইরোই। জিন্দগীভর শকনি। তাবিরীবা ময়াম্না কায়নবদা হেক্তা লেপকনি। মফম অমদা অমুক শকলুনি। পুন্সি বীণা অসিদা অতৎপা লৈতনা থোরকপা অনৌবা সুর, অনৌবা ছন্দ অমসুং অনৌবা অক্ষর—অসিবু জীবন কৌই। মতমগী ঈচেল, তুরেলগী ঈচেল, পুন্সিগী ঈচেল লেপ্পা লৈতে; লেপ্পা লৈতে।

ঐখোয়গী ঈমানা মপাম চৎপদা ইংখোলগী ইনশাং নাপী খর খর হেকতুনা পুই "করিনো অমুক য়াম্না পুরিবসিবো?" ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা তত্তনা ঈমাবু শাউই। হৌজিক মহুগী অর্থ খঙলে। পোংয়োম হেক হাংদোকপদা অমনা হেক্ত ঈমাদা হংলিবনি: 'ঈস! অমুক ফজবা ময়ামসিদি কদায়দগী:না ইনম্মা?" ম সিগী পাউখুম হৌজিক্তি খঙলে।

ঐহাকসু গৌহাটিগী ইংখোলদগী হেকতুনা মন্দুনা ঙমজবা খরমখৈদি পুজরে। অহুবু মতাং অসিদা শাউগদৌরিবদি গৌহাটি নত্তে। মণিপুরনি।

গৌহাটী

১৯৫২

# হন্না য়েংথোকখিবদা

থাবল ফবা অহিংমাক্তি নত্তে। থাবল মঙালনা মাঙদা হৌরিবা পাম্বী অসিগী উশাশিং ফাওহুনা শুমাংদা তাররি। থাম্ব লৈচিনগী মপৈ মরক্তা ফাওহুনা চংলি। লৈচিনগা থাগা জগোই শামিম্নরী হায়বমাক্তি হায়নিংদে। পুক্নীংদা অঙৈবা পোকহ, হকচাংদা নুংঙাহবা অমস্তুং থম্মোইদা ত্তপথদবা ফাওই। পাইরিবা লৌচিলবু দুত ওইনা থাবা ঙম্বা কালিদাসকী কল্পনাগী শক্তিদি ঐঙোন্দা লৈতে। থাবল উবদা থরোগী হন্নাউ মীনোক য়েংনিংবগী হখিল ফাওদে। কৈনো অমতংদ নৌংশিংলকই হুন্দোক্লম্নবা গৌহাটী। চহি অনিগী থম্মোহগী পোত্থাফম। যৌবনগী ইশৈ মতেক অমা।

ঐখোই অয়াম্বনা গৌহাটীদা লাইরিক তম্বা চংলা লাইরিক্তমক মতমই। অতৈ থোইদোকপা য়েংশিনদে অমস্তুং খঙনীংদে। মীৎয়েংনা গৌহাটীদা থমই; ব্রাখলনা লাইরিক্তা থম্মোইনা মণিপুরদা। ক'র কলেজদা তম্বী'রবা? গৌহাটীদা ওইরে? হন্দকমুকস্তু তম্বা লেঙখিত্রা? হন্নাদি কমদোগে? ওম্বোক্লা শাথ্রে চাকনা হাউত্রিবা ঙা থোংবহুনা। অসিনি গৌহাটীগী মরমদা শানরিবা ব্রারী। পৈশা য়াম্না পায়রগা কলিকাতা; থরদং লৈরগা মরু ওইনা সাইন্সকীদমক গৌহাটী—ঈরৈ লৈত্রগা শোয়-দনবা ডিঃ এমঃ কলেজ। আই এ, আই এস সি, বি এ, বি এস সি (গৌহাটী ইউনিভার্সিটি) বস, অসিনা লোইরে গৌহাটীগী মরমদা খঙগদবা। অতৈদি থোইনা কান্নদে। অসামা উতী চায়: তিন্নবস্তু মম্নুংঙাই। মখোয়নবু ঐখোইদগী করি হেনবনো? ঐখোইদগীবু? জগোয় রাস পোলো, থাং তা আর্টস অমস্তুং ড্রামাদা ফাওরবা মণিপুরীদগীবু করি হেনবা? মৈতৈগী লিংজেল। মৈতৈগী ঈ।

মিষ্টারসিং! মিষ্টারসিং! মখোয় ময়ামগা ঐখোই শান্নমিন্নে—কেরোম, ভোলি, ব্যাডমিংটন, পিংপং। রাকিং চৎমিন্নে করিগুম্বা মতমদা কোৎযায় ? (কদোমদনো ?) কি খবর ? ভাল্ ভাল্ নোকামন্নৈ; রারী শামিন্নে (মৈতৈগী ঈ কাওথোক্লুনা)। ঐখোই মণিপুরগী ছাত্র অয়াম্বনা অসামীশিংগা তিন্নবদা চৈথন অমা থন্নে। থোইবীগা নোংবানগা ফম্মিন্নবদা থোইবীনা থনম্বা চৈথল। অসামীশিংগা ঐখোইগা মরূপ ওইনদে। মরূপতৌনা লোয়নৈ। চুম্নগী তিন্নবা হায়তুনি ফাইনেল অসিদং লোয়রগদি। অসিনি ঐখোয়গী রাখল ঐহাক্কাদি মরূপ খব লেরমই—থম্মোইগী মরূপ। মসিদি জাতি খায়দে; ধর্ম য়েংদে থম্মোই ঈহৌমিন্নরকপনি। অসিনা মখোয়দগী—অরোনবা রাখল কয়া, থম্মোইগী ইঙ্গিৎ কয়া, মপানগী চংনবীনা কুপশিন্নিবা পর্দা অদু হায়দাক্লুনা উনবগী তাঞ্জা ফংলকই; লভ ইজ ব্লাইণ্ড হায়নবতু চুমফাত্তে। ন্নুংশিরগা ন্নুংশিরবা মী অদুগী মফমদা অনৌবা ফজবা কয়ামুক উবগে হায়বতুগী মরমদদি পীপল আর ব্লাইণ্ড।

অতুক য়াম্না লৌনংগী পল্লান খাস্রিবা নহ ওইরিবা আসামী জাতিনি। মপুকচেল তিংবা বাঙ্গালীশিংবু মপা মপুশিংদগী হৌনা তাথী-রক্লবা আসামীশিংনি। ভারতকী সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদদি মখোয় কয়া খভফাত্তে অমসুং খৌশংদে। মশাগী লৈজরবশিং অদু পুথোক্লবা কন্না হৌজিক লাক্লরি। জননী জন্মভূমিশ্চ স্বর্গাদপি গরীয়সি হায়নৈ। অসামনা ভারতগী থেন্নঃ গুণ চাউই হায়বসিদি মখোয় অয়াম্বনা থাজে। হিন্দুশিংনা বেদ পূজ তৌই। জাপানীশিংনা মপা মপু। আসামী-শিংনা হান্নগা লৈজরিবা সংস্কৃতি আসামী জাতি অমনি হায়বসি কন্না থাজে। ভারত অপূম্বসি জাতি অমনি হায়বসি খঙবা আসামীদি কয়া য়ামলোই। আসামা সংস্কৃতিদি মখোইগা মফমদদি লংলবা মুমিংনি। ভারতীয় সংস্কৃতিদি মুংলিবা থরানমীচাক্লি।

তুংহন মিংয়েং অসি ইতিহাসকা মিংয়েংনি। চোকথরবা জাতিশিংগী মিংয়েংনি। মখোয়না ফংনবা হোৎনৈ অনৌবা আশা অমা, অনৌবা

মঙাল অমা অনৌবা শক্তি অমা। ঐখোয়না মরু ওইনা য়েংগদবদি হৌজিক অমসুং তুং। মসিনা জাতিগী চাউখৎপগী মরুনি—হৌজিকী কিতন্না করি ? তুংদা করি ওইহনসিগে ? মাং তুং চেকশিন্না য়েংবা জাতিসি খন্না তাঙই। ভারতনা তুংলোমদা তত্তনা য়েংই। অদুনা ফংই —দর্শন অজন্তাগী মূর্তি অমসুং মায়াগী সংসার। ইউরোপনা মাঙলোমদা মীৎকুপ্তনা য়েংই। অদুনা বিজ্ঞান, এটমবোম, অমসুং কোসমিক রেইজ। মৈতৈসু আসামীসু তুংলোমদা য়েংই। ঐখোইনা ফংই মোইরাং থোইবী। মখোইনা ফংই শ্রী শ্রীশংকরদেব। থাযনগী লৈরাং অমনবা মল্লমল্ল লৈমুংশি।

নীংবা থুংদবনা চাওখৎপগী মরু ওইরবদি খণ্ডনিংগনবসি নত্তা ওইরিবা জাতিগী হৌনবনি। চাওখৎপদা থাজবিবা পুন্সি, অগোয় শানীংলিবা, থীংঙমদ্রবা ঈচেম্না থম্মোইদা চেল্লিবা জাতিনা অতোপ্পশিংবু য়েংই; খণ্ডননবা হোৎনৈ। খুদমদি জাপান্না ইউরোপ্তা য়েংবা। ঐখোই অয়াম্বনা আসামীশিংবু থোইনা খণ্ডনীংদে। তোঙানবা জাতি; তোঙানবা লোন সংস্কৃতি অমসুং তোঙানবা সভ্যতা। ওইজসনু কৈদৌবগে ; ঐখোইগীসু লৈজৈদনা—অসুম্না ঐখোইনা খন্নে। মখোয়সু অদুম মরৈ। মিষ্টরসিং ! করিগীনো আসামী ওইরগা (আসামদ লেরগা হায়বা নত্তে) আসামী লোন লোন্নিবা ? করিগুম্বদা হংলকই। Linguistic imperialism ! খরগা মুংঙাইতনা লৈবদা শুকলোন লোন্নোই মখোয়গী লোনসি। করিগী দমক মখোইগী মফমদা সরেন্দর ? মণিপুরী লোন ! মণিপুরী সংস্কৃতি ! আসামীসু আসামী। মণিপুরীসু মণিপুরী। And the twain shall never meet ! সাবাস্।

আসামী হায়বা জাতসি ঐহাক খণ্ডনবা হোৎনরমই। মরুপসু খন্না লৈ। লৈ নত্তে লৈরমই। ছাত্রশিং অসিগী চৎথোরকপা শাজং, ভাংথোরকপা রাঙাং অমসুং হৈনরবা লমচৎতা মখোইগী জাতিগী তোপতোপ্পা খর অদু ফোঙদোক্লিবনি। জাতি অমগী লৈজবা খুদম হায়বসি পাক ওনবা য়াদে-লদা, তোংদা, রাঙাংদা, ব্যবহারদা পকই। মখোয়সি মরম অয়াম্বদা তপই। রাখলদা, থবক্তা, লিংজেলদা। তপ্পবু মরোন্দা

"লাহে লাহে" কৌই। গান্ধীভক্ত কাকা সাহেব কালেলকরনা গৌহাটিদা লাকপদা হায়রমই—"আসাম ইজ এ লেণ্ড ওফ লাহে লাহে।" ফনা য়াম্না অচুম্বনি। ছাত্রশিংগী রাজনীতিগী জ্ঞানস্থ ইনকিলাব জিন্দাবাদতগী পণ্ড-হেন হেন্ত্রি। ভারতকী মমাংদৈগী রাজনীতিদা থম্মোই চণ্ডই, ত্যাগ চণ্ডই। অথাঙ কনবা চণ্ডই। হৌজিক্কী রাজনীতিদা বুদ্ধি চালাক অমসুং পৈশা চণ্ডই। অতুনা মমাংদা ইনকিলাব জিন্দাবাদ কুইট ইণ্ডিয়া ডু ওরডাই। হৌজিকনা বাদ পরেং—পূঞ্জিবাদ, সাম্রাজ্যবাদ, সমাজবাদ। আসামগী ছাত্র অয়াম্বগী পুক্নিংসি কুইট ইণ্ডিয়াগী পারা অতুরাইদগী পণ্ডহেন হেন্ত্রি। মখোয়গী লমচংতা বাঙ্গালীশিংগী চারোল যাওদে; পাঞ্জাবীশিংগী থোনা লৈতে; মুসলিম লীগকী অনম কনবা য়াওদে। তিন্নবা নুংঙাইবা। ঐখোয় মখোয় পণ্ডহেন হেন্নদে হায়বগী ভাব অসি তরুনা পোকই।

মখোয়গী মরমদা শক্নেক্না হায়বা তারবদি চন্দ্রগুপ্তগী মেগাস্থি-নিসকুম্বা অমগী দরকার ওই। ঐহাক্না মখোয়বু খঙলে হায়বদি হায়মনবা থোকনি। অপ্রইবমক্তি জাতি অমবু শেংনা খঙবা হায়বসি ওইথোক্কবগুম্বনি। জাতি অসিগী খুনবা ঐহাকী রাখলগী শক্তি অমসুং মিংয়েংগী মতম অতু লৈত্রি। খনা উৎরিবদি শেংফাক্কবা মঙালদনি। থাউ-মৈদি উদ্রি।

কটন কলেজ। তুরেলশিংই তাফম নাক্কে তিন্নফমনি চীংগী, তমগী, কাছাড়ীশিংগী, আসামী হিন্দুশিংগী, অহোমশিংগী, মণিপুরীশিংগী পুল্লপ তিন্নফমনি। মখোয় খুদিংমক লৈজ লৈজবা পুম্নমক খঙনা অমসুং খঙদনা পুরকই। মখোয়গী রাখলদা, থম্মোইদা, শাক্তা মিংয়েংদা। কটন কলেজ উবদি আসামগী কাংলুপ পুম্নমক উবগুম্বন একতাগী পুকচেল অসি হৌজিক ফাওবদি কয়া লৈনদ্রি। পুদমদি কলেজ ই লক্কননা তাকই। চীংগী কেণ্ডিডেট, কাছারীশিংগী, মুসলিমগী, হিন্দুগী, অহোমশিংগী মণিপুরীগীসু অমুম্না, মী থাংদৈ। মরক অসিদা অহল ওইরবা ছাত্র কং-গ্রেস, লাংবল থাগী নোংগুম্বা ছাত্র ফেডারেশন ফনা রাজৈ; কনা লাউজৈ; কনা নোমজৈ। অয়াম্বনা বুদ্ধিনা কংগ্রেস পামই। থম্মোইনা থাগী

মাগী কাংবুবু মুংশি। থবক্কা মরম মরমগীদমক নোমদৈ। কম্যুনেল ফিলিংস; লোকেল ফিংলিস অমস্তুং মথক্তা অপাবা কুয়োম নেশন্যালিজম। মিটিং তোই; ডিবেট থোরই, ম্যাজিক দেমস্যাল; স্পোর্টস। পুম্নমকসি মুংতাইবা, ময়াম গুংরপ্পা থাক্তনি। থবকশিং হেনংবনা হেল্লি, বুদ্ধিদগী থোরাংনা হেল্লি। আসামগী ছাত্রশিংসি হিম্মদি হিপত্রে। শন শারে; চোগৎলে; চৎলে। চেনবদি ভুমদ্রি অতে প্রদেশকী ছাত্রশিংদোনা পাইবদি হৈজ্রি ইউরোপকা অতে ছাত্রদোনা।

নহাক ঐতোন্দা চিঠী ইরকত্রা? মরুপ অমনা ঐত্তোন্দা হংখি কায়নরমদাই মতমনি। থম্মোইদা মুংভাইতবা ফাওই। তথকপা মীংয়েং তপথদবা পুক্নীং। নিনৈদংগী মরুপনি খুঙই; রাকুবা অরেম্বনি। অতুবু ঐখোইগী থম্মোইসি লোজিকী লাইব্রিক নত্তে। হেক হেক মুখৎপা য়াবা অত্তাংশিংগী শ্লেট নত্তে। রাখলনা য়ানীংদবত্ত থম্মোইনা থাদোকনীংদে। করিগী ইদদগে? নত্তাক্তি? শোযবা য়ারেকো মিষ্টারসিং গুড বাই! মিষ্টারশিং গুড বাই! মিষ্টরশিং ... ছাত্র অমখক্তি রাংহৌরি। নহাক্কী এড্রেশ পীরবউদনা? মহাক্তা খুমকখি—করি কায়গদগে, ঐহাক অত্তুগুম্বা পামদে, অরেম্বনি। উনরিবসিনা লোইরে। করিগুম্বা মতুংদা উনরক্লবস্তু......।

ৱাহয়শিং অসি হায়রকপগা লোইননা মঙোন্দা ফাওরকখি—মীংয়েংদা তথকপা; খোঙ্গেলদা অনিকপা ঐহাকস্তু তুম্মিন্না লৈহৌই।

মাঙগী পাক্ত অসি লৈচীল মরুমদা চঙখ্রে। মায়কৈ মরিদা অচীকপা, অঙৈবা, শেংফাত্তবা মঙাল। রাপল অসিস্তু কলমগী তুংইনবা ভুম্লক্রে। অস্তুম গৌহাটীগী মুংশিরবা স্মৃতি পিরুবদা থোরকই—হোষ্টেলগী ছাত্র কাংবু কাংবু. কলেজগী মিটিংগী দৃশ্যশিং ব্রহ্মপুত্রগী তোর্ব্বান অমস্তুং কলেজগী মনাক্তা অকোয়বদা হৌরিবা সা মচুগী লৈরাং চরোং—কৃষ্ণ চূড়া। অসিগা লোয়ননা ঐহাক্কীনি খুত্তবম্ব মরুপ অনি অহুমগী শকফম। ঠিকানা পীরমদবা মরুপত্তু নীংশিংলকই। অশিংবা হায়ববু মহাক্তনি।

১৯৪৯

# মবাক জগোয়

"ইমা ! মনিপুরদগী ওইবীরবোইরে...ওসাইনা কৌবীরকপদি কৈদোগে ?" নিপা মচা অমনা থোরকুনা ঐত্তোন্দা স্বাগতম পী। অদুদগী অমমম থোরকুনা ঐহাক্তী বারী শাগদবগী য়াম্না হোৎনৈ। ক্বা লানশিন-লকই।

"ওরাং নহালমখৈন্সু অরুম্না ঐথোয় ওমদবুনা লৈজরুরবনি। চয়োল-মুকসু হোটেল অমদা লৈরুবুনা মী অমদা লুপা ৫/৫ নিত্তিগী চার্জ ভৌরকুনা পৈশাসু ফনা য়াম্না লোইখ্রে।"

অদুদগী অহল ওইরপ ভৌবা অদুনা 'মণিপুরী বস্তিদা লৈজরুরে। ঐখোইবু হুই য়েনদৌনা লোয়নবী মুংাইতবুনা পৈশা চঙলবসু চঙনা ....'' য়াম্না মুঙাইতনা শোল্লকই।

মুমিদাং পুং ৯ মরুপ অমনা—"মিষ্টরসিং; মণিপুর নেশনেল ডান্স পাটি ভায়বা অমা ৎসি ঐখোইদা থুংলবুনা লৈরি। হৌজিক স্পেসিয়েল ওইনা য়ুমদা শাগদৌরি—য়েংলুসি।"

উগনি থংনই—তরুণকুমারগী পাটিগুম্বা নত্রগা অতোম্বা মমিং চৎপা অমা। মণিপুরগী জগোয়বু মীরৈবাক্তা শন্দোকপা, খঙহনবা। মণিপুরগী মিংচৎ হেন্সংনবা।

মাঙ্গোন্দা রাবী শারিভৈদা ইমুংলোমদগী মুপীগী থোঙেলদা মৈতৈ-লোনগী অফাওবা ঈশৈ অমা। প্রেম সঙ্গীত ! শোয়দ্রে মসি ঐগীদমক্তি।

'ইবেম্ম', ইবেমহল ! নহাক হায়া থোরকউ " ঈশাং শাংনা তিংথোক্লিবা ফক্তা ফম্লিবা নিপা অমনা লাউরকই। চৌকি থরদা মপুক নোয়থোক্লবা নোয়থোক্কে ভৌরক্লবা মরাবাড়ী থর ফম্লি। অমদি বি, ও, সিগী মেনেজরনি হায়। ঐসু চৌকি অমদা মথোয়গা মায়োক্লনা ফম্লি।

ঐহাক্তী খোং ময়ামক হেক নক্লা কনানো অমগী শাণ্ডিগী কিজিনা কয় কয় হায়'রি। মমায় অচু প্যান্ট অমসুং পাউডারনা লিক্লি লাই মাল্লে। এনামেল মাল্লে। অঙাংবা মচিনবান ( কানা ডাংহনবা নত্তে ) অমসুং মুনরং তৌরবা মপান্থোম।

অসিরা ঐনা য়েংনিংলম্বা মৈতৈগী জগোয় হায়বচু? মণিপুর নেশ-নেল ডান্স পাটি। মারবাড়ী অনী অতুম অসিনা য়েংলিবসি করিনো? মীশক্লা জগোয়রা? নত্রগা নৌরবা হকচাংগী শাওহল্লবা শাথেকশিং অসিরা? মৈতৈবুরা?

খোংজিগী অরেম্বা লৈতবা মখোল। মিৎচিগা লোয়ননা মপান্থোম তিংখোকুনা—"দিল তোড়কে মত জানা, জা তুঝে পরদেশী.."

খঙহৌদনা মখুত্তা লুপা ৫ গী নোট অমা পায়খৎলহুনা লয়রি। মারবাড়ী অমগী মখুত্তগীনি। উবু উংহৌদে।

ঐখোয়গী মরূপুনা হায়রক্ত—"মিষ্টারসিং! নখোয়গী মণিপুরসি চানিংঙাই লৈত্রমাল্লে। তরঃ ঐঙোন্দা হায় বাবু! ঐখোয়গীদি শেংনিংঙাই চানিংঙাই লৈজদে। উননবা লোম্ব লৈজদে। অসুম কোয়চৎ চতুনা হিংননবা...."

অহানবা হেক উনবমক্তদসু হারমোনিয়ম খোংজিবা নিপা মচাহুনা হায়খি—"এঃ ঐখোয়গী জগোয়সিবু কমদৌনা য়েংবিগদৌরিবনো?"

অচুম্বনি। ঐহাক মাং থাজংপা তমদে। হাইফেং হাইফেং অকোয়বদা য়েংই জগোয় শাবীহুদা হেক য়েংলুবদা কোক হেক্তা লুকথৈ। মারবাড়ী অমদি চাগদৌওম মিৎ কুপ্পুনা য়েংলি।

মিংকম হোংবা য়াদবে, অমনা কোর্ত্তান পায়রিবা নিপাচু, মমিৎ উইশিল্লি—মীঙোন্দা য়েংদে, গঞ্জ ঙাম্বক পায়খৎলকপদা মমিৎ অচু থর থর পাওথোক্লকই। পুঙসোন চানা কোর্ত্তান্দা ময়ম্ব। জগোয় মখোন্দা থরিবরা? নত্রগা ঈশৈগী রাগনা মুলহল্লবরা?

খর থুবা পুংলোম্না অমুক অথুবা খোঙজি মখোলগা লোয়ননা "লারে লপ্পা লারে লপ্পা লারে লপ্পা দা আজ্ঞি জপ্পা .." মমিং অহু অমুক অমুক থংলকই নোকমি নোকমিন্নু তৌরকই। ঐ অত্তে তৌদে—লু লুকথৈ।

বি, ও, সি, মমাংদা পুজা য়োরকপদা অসামদা জগোয় শাবা চৎলিবনি হায়হুনা ঐখোয়না হব্রা গাড়ী মপোৎ কয়া কয়া থেংনৈ। মখোইনা শাকরিবা জগোয়সি অসিনিকো। অসিগুম্বা মিনোক অসিগুম্বা মিৎয়েং, অসি-গুম্বা শাথেক। অসিনিকো মখোয়না মৈতৈগী জগোয়নি হায়হুনা উৎলুরিবা!

# মণিপুরী লোন

মীওইবগী লোন হায়বসি অঙকপা পোৎশক অমনি। অতৎপা লৈত্তনা চেম্বরিবা অমসুং অরেপ্পা নাইদনা ওল্লকইবা। চহি লিশিং কয়াগী মমাংদা করম্বা লোনগী শকফমদগী হৌরক্তুনা তিন্ন তিন্নরুবা মফমগী অমসুং জাতীশিংগী লোনগী তোঙান তোঙানবা ঈচেল্লা তিল্লহুনা, ঈচেল কয়ানা লেপখিহুনঃ অমসুং কয়া অমনা ঈহৌরক্তুনা কুনশুবা শতাব্দীগী অনি- শুবা তংখায় অসিদা ঐখোয়না ঙাঙনরিবা মণিপুরী লোন অসি ওইররিবনো খল্লুবদা থাক্লৈশেংনমক ঙকই।

মী কোটি কয়া কয়ানা ঙাঙনবা পৃথিবীগী চাওখৎ চাওখৎলব লোনশিংগী মরমদদি খঙহৈরবা পণ্ডিতশিংনা মশক শেংনা শেংনা তাক্তুনা পুথোক্লরে। মণিপুরী লোনশুম্বা মী লাখ মাপনমুক্তী লোনসিগীদি চৌকম তাকপগী মশক ওইনা ভাষাতত্ত্ববিদশিংনা খুদোনবীনা খিনবদগী থোইনা হেক্তিন্দে। মণিপুরী ভাষা-বিজ্ঞানগী লাইরিক অমা ফাওবা লৈত্রি। লাইরিক মচা খরদা মেগাজিন্নচিংবদা খর খর ফোঙনরিবা অসিদি চুম্নগী থেংনরুবা খর অমসুং কপ্পনাগী য়ানশিন্নবা মওংদনি।

মণিপুরী লোনগী থাক্লৈশেংবা মশক তারুবা ঐহাক্কী থোইদোকপা শক্তি লৈত্তে। ভাষাতত্ত্ববিদ অমগী গুণ ময়ামক্থ ঐঙোন্দা য়াওজদে। অহুমকপু—পৃথিবীগী অখণ্ড— তহৈ ময়াম্না পুথোকপিরিবা মীওইবগী লোন ময়ামগী হৌফমগী খোঙ্‌জ্ল লাজহুনা, হোজিক ফাওবদা মণিপুরী লোনগী মরমদা পুথোক্লরিবা মত খরদং নৈনজহুন। ইশাগী ইরম্লাই ওইনা তৌবা মত অমতং ফোংদোকচরি। হাইফেৎ শকফম লেপচবত্তান। থাক্লৈশেংনমক মরী-মখোঙ খোঙ্‌জ্ল লীবা নত্তে।

ডাক্তর সুনীতিকুমার চটার্জ্জীনচিংবা খ্বাইনা খণ্ডনরবা ভাষতত্ত্ব বিদশিংনা অরেপ্পা মত পীরি—ভারতকী লোন ময়ামসি মরু ওইবা কাংলুপ মরি থোক্লা খায়দোকপা য়াই ; মহুদিঃ—(ক) আর্য্যগী কাংলুপ (Indo-Iranian নত্রগা Aryan Group), (খ) দ্রাবিড়গী কাংলুপ, (গ) অসট্রিক নত্রগা কোলগী কাংলুপ (Austric Group), (ঘ) ভোটচীন নত্রগা তিবৰতী চীনা কাংলুপ (Tibeto chinese-Group।

অহানবগী আর্য্যগী কাংলুপকী লোনশিংস অরাং ভারত্তা, আফগানিস্থান্দগীনা আসাম ফাওব, হিমালয়দগীনা মহারাষ্ট্র ফাওবা শন্দোক্লা লৈ। মসি অসি আর্য্য ভ না Indo European) হায়বা অচৌবা কাংলুপ অদুগী শাখা অমনি। মসিনা ভারত্তা ইহান হাম্লা লাকপদা বৈদিক নত্রগা ঋগবেদগী মতমগী ভাবাসি। পঞ্জাবতা চংনরমই। খৃঃগী মমাং চহি ১০০০গী মমাংদা লোন অসিগী সাহিত্য থেংনৈ মতুংদা মথং মথং পঞ্জাবতগী অরাং ভারত্তা গঙ্গা-যমুনাগী লৈবাক যুক্ত প্রদেশতা অমসুং বিহারলোমদা শন্দোরকই—খৃঃগী মমাং ১০০০ দগী ৬০০ ফাওবগী মতুংদা। মতম অসিদা লোন অসিগী ব্যাকরণ লায়থারকই অমসুং অসুম অসুম Middle-Indo-Aryan নত্রগা প্রাকৃত ভাষাগী মপুংফাবা শক্তম ওল্লকই। অদুদগা লোন অসি নাকপাক অনি তারে। নোংচুপ-কাংবুগী লোন নত্রগা শৌরসেনী, নোংপোক-কাংবুগী লোন-মগধদা লোম্লে হায়দুনা মসিবু 'মাগধী'সু কৌই। 'মাগধা' লোন্দগী বাংলা, উড়িয়া, আসামীনচিংবা লোন পোক্লকই। নোংচুপ লোমগী শৌরসেনী প্রাকৃত লোম্লা শৌরসেনী—অপ্রভংস ওইরক্তুনা মমৈদ হিন্দীগী মশক লৌরকই। অসুম তৌনা ইহান হানবা Old-Indo-Aryan নত্রগা বৈদিক লোম্লা Middle-Indo-Aryan নত্রগা প্রাকৃত লোন ওল্লকুনা মমৈথংদা New-Indo-Aryan নত্রগা ভারতকী তাঙান তোঙানবা লোন বাঙ্গালী, আসামী; উড়িয়া পূর্ব্বা হিন্দী; পশ্চিমা হিন্দী, পঞ্জাবী গুজরাটিনচীংবা লোন কয়ামুক পোক্লকই।

দ্রাবিড়শিংনা আর্য্য ধর্ম্ম অমসুং সভ্যতা ফজনা শন্দোরকপগী মহয়না লোনশিং অসিদা সংস্কৃতকী প্রভাব নীংথীজনা তাই—ব্রাহুইনচিংবা কয়া চাওখত্রবা দ্রাবিড় জাতিগী লোন খরা নত্তনা।

অহুমশুবা অষ্ট্রিক নত্রগা 'কোল' কাংলুপকী ভাষাদি-সওঁতালী, মুণ্ডারী, হো কুরকু অমসুং শবর অসিনচিংবা অসিনি। হৌজিক্তি কোল লোন অসি ছোটনাগপুর অমসুং মধ্য ভারতদা মরৈরে মতম অমদদি উত্তর-ভারতা চৎনরমই হায়নৈ। লোনবা মী পওয়াম য়ামদে। লাক্ষ মিফুমুক্তগী খর হেল্লম্বা য়াই। লোন অসি ভারতকী খ্বাইদগী হেন্না লিরবা লোনগী কাংলুপনি। দ্রাবিড় আর্য্য অমসুং তিববতী চীনাগী লোন্না ভারতা লাকত্রিঙৈগী মমাংদনা চান্না লৈবাক অসিদা অষ্ট্রিক লোনগী প্রচার লৈরমই! অতুবু আর্য্য ভাষা লোনবা কাংবুশিংগী প্রভাব চঙলক্লুনা অমসুং লোন অসিগী হিংনবগী শক্তি অসুম অসুম মাঙখরক্লুনা খরগী মতুংদদি আর্য্য ভাষাদা তিনশিনখি। থাংজৈশেংবদি লোন অসি খা-থংবা এশিয়াগী লোনগী শাখা Austric-Asiatic লোনগী মঙুং চনবনি।

ইকোন কোনবগী লোনগী কাংলুপ তিববতী-চীনা নত্রগা Tibeto-Chinese হায়বসি আসাম অমসুং ব্রহ্মদেশকী সীমান্তদা, তিববত অমসুং হিমালয়গী মখোঙদা কাংলুপ অসিগী লোন কয়ামুক লৈরি। তিববতকী তিববতী অমসুং ব্রহ্মদেশকা বর্মী নত্তবা লোন অতৈদি কয়া চাউখত্তবা ফীভমদা মী খরতনা লোয়ত্তুনা লৈরি। Tibeto-Chinese লোনগী কাংলুপুগী ভোট-ব্রহ্ম নত্রগা Tibeto-Burman অমসুং শ্যাম চীন (Siamese-Chinese) অনি থোক্না খায়দোকই। Tibeto-Burman লোনগী অমুক বর্মী, তিববতী, বেঙ্গড়া, কাছাড়ী মেছ, গারো, টিপরানচিংবা কাংলুপ অমা অমসুং খা হিমালয়, আসাম অমসুং ব্রহ্মদেশকী তোঙান তোঙানবা লোন কয়ামুক—অসুম তৌতুনা কাংবু মরি থোক্না অমুক খায়দোক্লি।

মথক্তা হায়রিবা Tibeto-Burman হায়বা লোনগী কাংলুপ অসিগী মন্নুংদা মণিপুরী নত্রগা মৈতৈলোন হায়বসিস্থ অমনি হায়না ডাঃ সুনীতিকুমার চটার্জীনা অরেপ্পা মত পীরি। চাওখত্তবা লোনশিংগী মরক্তা ফনা য়ান্না চাওখংসব মশাগী ইননবা মায়েক ফাওবা লৈজরবা লোন অমা ওইনা মণিপুরী লোনবু ভাষাতত্ত্ববিদশিংনা লৌরি। মত অসিবু য়াবগী মওংদা Dr. Grierson সাহেবনা নোংপোক সীমানাদা লৈরিবা মণিপুরী নত্রগা মৈতৈলোনবু অমুক কুকি-চীন (Kuki-Chin) হায়বা লোন কাংলুপকী শাখা অমান হায়না লৌরি।

মতাং অসি মণিপুরী লোনগী হৌফমগী মরমদনি —মরু পুথোকপগী মওংদনি। মতুংদা মায়কৈ পূন্নমক্তগী লোন কয়া কয়াগী প্রভাব চঙলক্তুনা অমসুং মণিপুরদা তিল্লহুন হৌজিক্কী লোন্নরিবা মৈতৈরোন অসি ওইরক-লিবনি। মসি মণিপুরীশিংগী শক্তা চুদ হেংজগা. থায়নগী চৎনবীনচিংবা (tradition )থিরুরগা অমসুং মাওইবগী লোনশিংগী হৌরকফমগী মরমদা হৌজিক ফাওবদা চাউবাক্তা য়ানরিবা ডাঃ সুনীতিকুমারনচিংবা ভাষাতত্ত্ব-বিদশিংগী মওংনি। মতাং অসিদা মণিপুরদস্থ লল্লাইগী মত ওইনা অনিথক থোরক্লি। শ্রীমীনকেতন্না পুথোকপা মণিপুরী লোনসি য়াম্নবা লোম্নি হায়বা অমা, অতোপ্পা অমনা শ্রীআতোম্বাপু বিদ্যারত্ন অমসুং শ্রীবিঃ সিঃ সিংহনা পুথোরকপা মণিপুরীশিংসি আর্য্যগী বংশনি অমসুং মণিপুরী হায়বসি আর্য্য ভাষানি হায়বা থিওরি অম

শ্রীমীনকেতন্না মহাক্ত লাইরিক "লোঙ্গন" দা শন্নপ্পা মণিপুরী লোনগী হৌফম, তিল্লফমগী মরমদা থরা হায়রি। মৈতৈ রাইহেগী হৌরকমিল্লরকপা লোনশিংবু মীনকেতন্না আর্য্য (Aryan) আর্য্যেতর (Non-Aryan) অমসুং আর্য্যার্য্যেতর (Aryan-non Aryan) হায়না অহুম থোক্ন পুরি। চঙসকতুনা তিল্লবা লোনশিংবু ভারতীয় (দেশী) অমসুং অভারতীয় (বিদেশী) হায়না থায়রি। মতাং অসিদা করম্ব লোম্না মপুংনো হায়বা রাহং অমা

থোরকই—Aryan না মপুংলা নত্রগা Non-Aryan না মপুংলা হায়বগী রাহংদা মীনকেতন্না পুমদে। অতুদগী অমুক লোনগী হওদোরকপবু আর্য্য অমসুং আর্য্যেতর হায়বনা অনি পুন্না চপনান্নবা পীশিনবা অসি থাঙ্গৎশেংনমক চৈনেনবা অমসুং ভাষাতত্ত্বগী বিজ্ঞানগী শেংদবা মশক মাল্লি। Aryan অমসুং Non-Aryan—হৌফম অসুক খেন্নবা লোনগী কাংলুপ অনিনা অমতদগী পুন্না মণিপুরী লোনগী হৌরকপদা য়াওগনি হায়বসি থাজবা রাংলি। রাহয় মান্নবা অমসুং অপ্রভ্রংশ খরদগী হেক মসিনি মসিনি হায়না হায়জিনব য়াবা নাদে। হৌফম-উৎপা অমা তশেংনা তাক্তবা য়াদে লোন অসি আর্য্যভাষাগী শাখারা নত্রগা তিববত-বর্মী লোনগী মনুং চনবা অমরা হায়বা তারেপ্পা অমা তশেংনা খঙবা অমসুং হায়বা চুমই কাম্লুংদা হান্নবকপা. তিন্নরকপা অমসুং মৈতৈরোল ওনথবা রাহয় কয়াবু হওদোকমিন্নরকপনি হায়বা চুমদে। আর্য্য-লোইহল্লুইনি হায়তুনা পুথোরকইবা পুমনমক অসিসু অমা অনি নত্তনা অয়াম্বদি কাল্পনিক থৎসেম মাল্লি। এইবা য়াবা খরা অসিসু করম্বা যুগতগী শিজিন্নরকপনো হায়বা তারেপ্পা অমা খঙত্রবদি হওদোক-মিন্নরকপা লোল ওইনা ঐথোযনা লৌবা চুমদে। খুদম ওইনা সুরেন্দ্রদগী সোরারেন থোকই হায়বসি য়ানীংই। অতুবু রাহয অসি সংস্কৃত প্রভাব চংলক্লবা মতমদা থোরকপা লোন ওইগনি। নত্ত্রে হায়রবদি মতিক চাবা প্রমান দরকার ওই। মণিপুরী লোনগী মওং অয়াম্বদি অসুক খীনা সংস্কৃততং অমসুং সংস্কৃততগী থোরকপা লোন অয়াম্বদগীদি খেন্নরগা রাহয় অমা থাননা হেক আর্য্যভাষাবু হওদোরকপা য়াওই হায়বসি য়াম্না থাজবা রাংলি।

শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যারত্ননা অসুক বেদরোমদগী (মপুং ওইনা ঋগবেদদগী) প্রমান কয়ামুক থায়দনা "লৈপাক পুম্বদগী মৈতৈ লৈপাক্কা অহানবনি। মৈতৈনা মী পুম্বদা অহানবনি, ধর্ম্ম পুম্বা মৈতৈ লৈপাক্কী

শব্দোরকপনি” হায়বা জগৎকী পণ্ডিত পুম্নমক্না হাবদা গুরুগদৌবা শ্লোগান খরগা লোয়ননা অকনবা মত পীরি মৈতৈশিংসি আর্য্যনি অমসুং মণিপুরী লোন অসি আর্যাভাষানি। বেদপুরান হায়বসি ইতিহাস নত্তে। অদুগী মথক্তা খর হৈশিংবা পণ্ডিতনা বেদগী অর্থবু তোঙান তোঙানবা মওংদা হন্দোক্লুনা মানা মানা পাম্বা মতপু সমর্থন তৌহনবা ওমই। অমুকস্তু হৌজিক ফাওবদা মীওইবগী লোনগী কাংলুপ লেপ্পদা পৃথিবীগী ফাওরবা ভাষাতত্ত্ব বিদশিংনা পুথোক্লিবা লোন মযামগী লৈফম অমসুং মশক, লোল্লিবা জাতিশিংগুগী শক্তোচপা, শাক্তং লমচং নচিংবা নৃতত্ত্ব বিদ্যাগী ( Anthropology ) বৈজ্ঞানিক ওইরবা প্রমান্নচিংবা অদোমদস্তু কুপশিন্না যেংশিনবা যাদে। ব্যাকরনগী মপুংদা, শব্দশিংদা, খোল্লোক্তা ( phonetics ) রূপতত্ত্ব ( morphology ) দা সংস্কৃত অমসুং সংস্কৃতকী মচা অতৈ আর্যাভাষাশিংদগী মণিপুরী লোন্না অংকপা ফংবা যেদে। মসিমস্তু ঐখোয়না খোশাদবা যাদ্রবা মণিপুরী লোন হায়বসি অর্য্যাভাষাদগী থোরকপা নত্তে হায়বগী অকনবা প্রমান অমনি। পুম্নমক অসি লৈনা লৈনা ঋগবেদগী শ্লোক খর অমসুং পুরানগী মতাং খরগদনা মণিপুরীবু আর্য্যভাষানি হাযবসি ভাষাতত্ত্বগী বীশ্লেষণ (analysis) মতৌ নত্তে।

মতাং অসিদা খ্বায়দগী মপুং ওইবা ৱাকম অমনা মহাভারতকী মণিপুরদু ঐখোইগী মণিপুর অসিরা হায়বসিনি। শ্রীঅতোম্বাপুনচিংবা মণিপুরগী পণ্ডিত খর নত্তনদি অতৈ মপানগী পণ্ডিত কয়ামুক্তা মণিপুরসি মহাভারতকী মণিপুর অদু নত্তে হায়রি। মহাভারতকী অর্জুনবু ঐখোইগীনি হায়বদা খোইনা হবাওফম লৈতে, নত্তে হায়রগসু খোইনা সুংঙাইত্তফম লৈতে। ঐখোইদি অচুম্বা পামই থাঙ্গৈশিংবা ঐখোইগী জাতিগী হৌকম অমসুং সাগৈ মশক খঙনিংই। পণ্ডিতরাজ শ্রীঅতোম্বাপুনা শুমান কয়ামুক্তা লোয়ননা পুথোরক্লিবা মহাভারতকী মণিপুরদু ঐখোইগী মণিপুরসিনি হায়বসি মনৈথংদা ঐখোইনা লওনবা হারবপগী কিডম

ওইরক্লকাওবদা লেপ্পগদবা হায়ববু মহাভারতকী মতমচুদসু মণিপুরসি আর্য্য সংস্কৃতিগী প্রভাব চংবা হৌরম্লে হায়বা অসি কাওবত্তনি। মচুনা ঐখোইসি আর্য্য ওইরমই হায়বগী লেঙত্রবা প্রমান নত্তে।

শ্রী বি সি সিংহনা মহাকী Manipur State Flag হায়বা য়ায়া রানা খোমজিন্নরবা আর্টিকল অচৌদা মরুওইনা মৈতৈ পুরানলোমদগী প্রমান পুথোরক্লুনা মণিপুরী জাতী অসি আর্য্যগী কাংবু Proto-Nordic নি-মমাংঙৈদা শগোল তোংদুনা খুন্দারকপা জাংনি হায়বা মত পীরি। জাতীনা খুন্দারকপগী ( race migration) মতাংদা Anthropology গী সাক্ষী কাওথোকপা চুমদে। কনা হায়ত্তুনসু হৌজিমক ওইরিবা মৈতৈগী শক্তাপদা অসিবু Mongolian Stock কীনি হায়দনা Aryan Stock কী'ন হায়বদা থাঙ্গৈশেংনমক লুগনি। অদুগী মথক্তা প্রমান মওং অমগা পীরি। লাই হরাওবদা ঐখোইনা তাব ঈশৈ—

'অঙৌবা শগোল তোংবরা
নিংথৌরেলগী শগোলনি
মমৈ গে গে লাউবনি অঙৌবা শগোল তোংবরা ?"

—হায়বা ঈশৈ অসিবু খৃষ্টগী মমাং চহী ২৫০০ —২০০০ গী অদুরাইদা হাপ্পখ্রিবা কুচু ঙৌবা কাংবু অসিনা খাইবার চীং লম্বেন কাওদুনা ভারত্তা হাইজিল্লক্লুনা মণিপুর য়ৌরকপদা হায়গী লৈরম্বা মীশিংনা শকপা ঈশৈ নি হায়রি। মসিদি থাংঙ্গৈশেংনমক মণিপুরী লোনবু শকথংদবগী খুদমনি, হায়নরিবা মতম অসিগা শক্লিবা লোন্দা অসিগা শুকতীন তিন্নবা য়াদে। পঙকুই কুইত্রিবা লোননি। চহি৩০০—৪০০ মুকী মমাংগী লোন্নি হায়রকাংবদা থোইনা কায়রোই, অনৌবা লোন্নি। হৌজিকমক চংনরিবা মণিপুরী লোনগী মশকনি।

থায়নগী মৈতৈগী লৈরম্বা পুরাণশিং অসি থিনরুবদা সংস্কৃত রাহয় য়ান্না তাঙনা লেঙনা থেংনৈ, মহাভারতকী রেংনক্তম ওইরিবা চিত্রভানু,

বব্রুবাহন নত্তনা নিংথৌলোনগী পায়নগী নিংথৌ পুন্নমক সংস্কৃত মমিং কৌরমদে। কোন্না মপাচাবা সংস্কৃত মিংথোন পীশিনবতনি। হিন্দু সংস্কৃতিগী প্রভাব চঙলক্লবা কান্দদা সংস্কৃত মমিং কৌনরকপনি। অসিনচিংবা মণিপুরী লোন অসি আর্য্যগী ভাষা কাংলুপকী মপান্দনি হায়বগী প্রমান লৈনা লৈনা বেদ অমসুং মৈতৈ পুরাণগী রাহয়গী শকফম অমসুং অর্থ থরতনা মণিপুরীবু আর্য্য ভাষানি হায়বসি তশেংনমক চিংননিংঙাইনি।

ঐহাক্না হৌজিক তাক্ষরিবা রাফমদি মণিপুরী লোন অসি আর্য্য ভাষাগী কাংলুপকী মহুং চনফম লোক্কে। হঙরকপা তাংলোমদগী য়েংলুরকসু মণিপুরীশিং অসি আর্য্য জাতি নত্তে; তাঙলোরকপা লোন্দাগী শকতং উরগসু আর্য্য ভাষা নত্তে। ডাঃ সুনীতিকুমারনচিংবা পৃথিবী ফাওরবা ভাষাতত্ত্ববিদশিংনা তাক্লবা অমসুং য়ানরিবা লোনগী মানচিত্র ইপ্তুনা পীজরিবা ঐহাক্কী মততি—মণিপুরী অসি Tibeto-Chinese গী শাখা Tibeto-Burmanগী লোনগী কাংলুপ মহুং চনবা তোপ তোপ্পা লৈজবা লোন অমনি।

আসামী ভাষাগী authority ওইনা লৌনরবা ডাঃ বাণীকান্ত কাকতিনা মহাক্কী লাইরিক ( Assamese Its formation and development ) অতুদা হায়রি-বা মাঙলিবা মীশক অতুগী অহল নত্রগা নহা ওইবগী মতু ইন্না তোঙান তোঙানবা মরী তাক্লবা তোঙান তোঙানবা বৃহয লৌবাস non-Aryan origin নি। ঐখোইগী মণিপুরী লোন্দদি মসি তশেংনা য়াওরি। খুদমদি—ইচল—ইচে, ঈশেল—ঈবাই, খুড়া—ইপল অসিনচিংবা। সংস্কৃত লোন্দদি অসি লৈতে। অহল নহা খঙননবা বিশেষণ শিজিন্নৈ।

শ্রীবাবুরাম সক্সেনানা মহাক্কী লাইরিক ( সামান্য ভাষা বিজ্ঞান ) অতুদা চীনী পরিবারগী মহুংদা অংোইপা চীনি ভাষাগী শকতং কয়ামুক

নৈনরকপদা অবেপ্পা মত্ত পীরি। মত্তদি চীনী ভাষাগী রাহয় খরবু তোঙান তোঙানদা সুরদা পারগা অর্থ কয়ামুক থোকহনবা ঙাই। খুদম—'যেন' হায়বা অসিগা অর্থ মরি লৈ মৈপু, থুম, ম্রিং অমসুং কাঙা। রাহয় অসিগী তোঙান তোঙানবা উচ্চারননা অর্থ তোঙান তোঙানবা মরি অসি থোকই। অদুগা অসিনসু হায়রি—চীনী ভাষা-শিংদা অমুক যাম্না সুরগী মওং শীজিন্নবগুম্না পৃথিবীগী অতৈ লোন্দা লৈতে। করি কবিগুম্না চীনী ভাষ অমদা সুর নিপাল কাওবা য়ৌই। অখোইবা চীনী ভাষা "মন্দারী" দা সুর তরুক লৈ।

মণিপুরী লোনগীসু রাহয অয়াম্বগী খোম্লোকসি অরাং, অনেম, মরক হায়না সুর অহুমগী অর্থ তোঙান তোঙান্না লৈ হায়না শ্রীমৈনকেওম্না মহাক্কী 'লোঙ্গল' হায়বা ব্যাকরন অদুদা মত্তিক চানা খুদম উৎলি। মসিদগী ঐখোইনা লৌফম থোকপা অমবু মণিপুরী হায়বা লোন অসি সংস্কৃতনচিংবা সুরগী পোইদোকপা অর্থ মওং মওং লৈতবা লোনগী চীনী ভাষাগী পরিবারদনা হেন্না নকাশন্নবগুম্না অমা তাক্লি। মসিমসু ভাষাতত্ত্ববিদনা পীরিবা মত মণিপুরী হায়বসি Tibeto-Chinese লোনগী কাংবুগী শাখা মচা অমনি হায়বসিগী প্রমান অমগুম্না থোকই।

অসুম তৌদুনা ঐখোইনা খুম থোন্নরিবা চৌংগী লোন(Dialects) কয়ামুক নৈনদুনা রাহয়, খোম্লোক অমসুং Syntax নচিংবা চা-নদুনা য়েংলবা, বর্মীলোন, তিববতী—লোন ফাওবগী শব্দরূপ অমসুংPhonetics য়াবমখৈ নৈনরুব মতমদা মণিপুরীগী হায়নগী হওদোকমিন্নরকপা লোনগী শকওং অমা খঙবা ঙমগনি। অদুগা লোয়ননা সংস্কৃত, প্রাকৃত অমসুং বাংলা লোন নৈনদুনা লোনশিংসিগী রাহয়না চঙলকপা, তিনখিবা পূম্নমক্কী চাউরাকপা মতম খরদা লেপখোকপা ওন্নবদি হৌজিক্কী মণিপুরী লোনগী চাউরাকপা মশক অমা তশেংনা লেপ্পা ঙমগনি। হৌজিকমক য়াম্না লুবা সমস্যা অমা ওইরিবসি চঙলকপা লোনশিংগী মরমদা নত্তে।

লোনশিং অতুনা ঈচেল মপুং ওইরিবা থায়নগী মণিপুরী লোনগা তিন্নরকপা, তিনশিন্নখিবা মতম অতুনি। তিন্নরকই হায়বসিমদি য়েংকম লৈত্রবনি। করম্বা মতমদা তিন্নখিবগে করম করম্বা রাহয়না হওদোক-মিন্নরকপা, করম করম্বা রাহয়না তিনশিন্নকপা হায়বা অসিনি হৌজিকমক মাওদা লৈরিবা ঐখোইগী সমস্যা। মসিগী চপচাবা মশক লেপ্পা ওন্নকপদা য়োরকনি মণিপুরী সাহিত্যগী চাওখৎপগী থাক অমা। লোনগী অনৌবা ফিরেপ অমা।

১৯৫৪

# হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য

করিগুম্বা সাহিত্য অমগী মরমদা খরদং ফজনা ফোংদোকপা তারবদি সাহিত্য অদুগী লাইরিক য়াম্না পাবা তাই। অদুগা য়াম্নসু খঙবা তাই। মনিপুরী সাহিত্যদা পানিংঙাই লাইরিক য়াম্না লৈতে। অসিনা খঙনীংঙাই মরমসু রাংলি তাজমহলগী ফজবা থাগৎপীনিংঙাই কবি রাংলোই নোরবা উনাগী থাংপোক্কী গুণ ফোংদোকপীনবা মীশক থিবা লুগনি। অতৈ সাহিত্যগা য়েংনরুরবদি মণিপুরী সাহিত্যদি উনাগা খাংপোকনি। অরংবা অনৌবা মঙাল থোইনা লৈতে। মসিবু সনাগী দলাননি হায়রবসু তিনবীরিবা ভদ্র-সমাজগী মিৎয়েংদা করেম্নবতা তাগনি। সাহিত্যগী অথীবা সাম্প্রদায়িকতা থোক্কনি।

হৌজিক্কী অদূনিক মোডার্ন হায়বসি অর্থ অহুম শুই। মতম-পুম্বদা হৌজিক্কা শুইরদুনা লৈবা অমা। কালিদাসকী শকুন্তলা, সেক্সপিয়ারগী ড্রামাশিং মতম্না পুরকপা অনৌবা গুণ খর য়াওবা লাইরিক খরবু খঙনবা অমা। অহুমশুবা অর্থদা ইমাংদা থেংনরবা হৌজিক হৌজিক্কী সাহিত্যবু খঙনবা—চুম্নগী মতম অসিগী সাহিত্য অকোনবগী হৌজিক্কী অর্থ মওং অসিদা খরদং নৈনজগে।

সমালোচক অমগী মিৎয়েংসি অরাংবা চীংদোন্দগী তম্পাক্তা য়েংথরকপনি। লৈরক খুল্লক্তা কোয়চৎ চৎতুনা শকখঙবা নংতে। হেক য়েংথরকপদা ফুরা দলানগী মতোল, মচু শঙলবা ফিরানগী মতোন উগনি। উদ্রিবা অনেম্বশিং অদু লৈত্রে হায়রবদি য়ারোই। অদুবু লৈরি হায়না শেংনা তাকপসু কান্নদে। মতোম মতোমতা মতমগী মতুং ইন্না তাকচরক্কনি।

কমল চাউবা অঙাংহল দরেন্দ্রজিৎ মীনকেতন শীতলজিৎ। তোঙান তোঙানবা শকফম্নি। তোঙান তোঙানবা মিৎয়েংনি। মতম লোমদা পূনবনি। মায় ওনশিন্নহুনা চান্ননা ফমিন্নবা য়ারোই।

মণিপুরী লোন খণ্ডবা অয়াম্বনা ডাক্তর কমলগী 'মাধবী' প্লাই। অদুগা কমলবু কবিনি হায়। কমল হেক পল্লকপদা কবি হায়বসি চীন্দা হেক্ত লাকই। অহল নহা পূম্নমক্কী চীন্দা। উপন্যাস পারগা লেখকপু কবিনি হায়বসি ফনা মুংঙাইবা অমনি। 'মহাক্কী লৈ পরেং' গী লৈনা খরবুদি ময়ামন্থ মখণ্ডই। অদুবু 'মাধবী'ননি ময়ামগী থম্মোই হুরিবদি।

থাঙ্গৈশেংবদি কমল কবিনি। 'মাধবী' কবিতা অমনি। চন্নগী নোভেল অমা নত্তে। 'মাধবী' লাইরিক্কী ফজবা লৈঃ অরাংপা য়াওই। অদুবু মন্তাং অসিদদি নৈনজররোই। কমলগী কবিতা ইফুৎকী মরমদা খরদং পুথোকচগে। ময়ান্না উনরিবা জগং অসি আর্টিষ্টশিংগী মিৎফমদদি পর্দা না থুনজিনবা অমনি. পর্দা হাইদোকপনি মথোয়গী পুন্সী লায়নিং ওইরিবসি; কবিগী এক্সরে মিংয়েংদা কমলনা উথি। ফোংদোক্তবা নুংশিবা, ফোংদোক্তবা অরাবা অংস্থং কনানস্থ খণ্ডবিখিদ্রবা, মতোমতা শাংচরগা মতোমতা কেঙ্গথ্রবা নৌরবা পুন্সী লৈরাং কয়া। মসিগী শুরসিনি কমলগী ঈশৈদা তত্তনা য়াওরিবা।

কমলনা উথি—পুকচেল পীক্লবা মৈতৈ সমাজ, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না কুপ্পবা মৈতৈ সমাজ, মশা মশাগীতা খন্নরবা মৈতৈ সমাজ। অমরোমদা নুপা নুপীগী অয়োবী প্রেম। উনা উনা উদবা তানা তানা তাদবা। অথকপা অরংবা থম্মোয় কায়বা প্রেম।

অসিগুম্বা প্রেমগী মণ্ডাল অমতং থম্মোই থম্মোইদগী লাম্মোকখিহুনা মম্নবা সমাজবু খজিক্ত ওইরবস্থ ঙালহনবা য়াররোইদ্রা? মাসিবু

ওইবা য়াগ্রবরা ? বিশ্বপ্রেম স্বার্থ ত্যাগ জগৎকী সেবা। মেডিকেল স্কুলগী ছাত্র কমলগী পুক্নীংদা কন্না ফাওখি। মমৈথংদা থোরকই—হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবী, পুক্নীংগী পাঙ্গল শোল্লবী, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না য়োমদুনা পোক্লক্লবী অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্তুনা থম্লবা অমম্বা সমাজগী মমুংদা থৌনা ফনা চোংথোকচরকপী মুক্তা অমা। মাধবী।

মাধবীগী পুন্সীসি থম্মোইগা বুদ্ধিগগী অকনবা লানফমনি। থম্মোইনা হায়রি— ধীরেনবু লৌশিল্লু, নহাক্কীনি, ধীরেন য়াওদনা নহাক্কা হিংবগী অর্থ লৈতে সংসার অসি ধীরেননি। বুদ্ধিনা হায়রি। মচু নত্তে অমবু মুংশিবদি অৱাবনি, ওইজবা থিবনি। কংথোকউ থাদোকউ। ওইজবা থাদোকউ, নশাবু কংথোকউ। ধীরেন নত্তুনা পাক্লবা জগৎ অমা লৈরি। পূম্নমক অসি নহাক্কী ওইয়ু। বিশ্ব প্রেম, স্বার্থত্যাগ। মাহুত্তদা নহাক্কী শান্তিনি, আনন্দনি, পুন্সীগী মহয় য়ানবনি।

বুদ্ধিগী জয় ওইরে। 'অথৌবা ! ঐদি লম্বোইবীনি' অপাম্বা থাদোক্লবীনি, মরম অসিনা তাইবংপানবা অসিদা ইনিং থুংদবা পোৎ করিস্ম লৈতে।" কবি কমলনা লোইশিল্লি— "পুক্নিং লৈকোলগী অথুপ্পদা, থাগ্রিবা লৈরাংচু চেকশিন্না কংখরগানিদো অরেম্বদা, পুক্নিং হকচাংগা লোয়ননা; খঙহৌররোইনে কনামতা !" মধবীনা লম্বোইখিবা ঐখোইদা করিস্ম ওইরোই ! থৌবী য়ন্দুনা অম্মুক তোয়না শিনন্নবা মৈতৈ সমাজ অসিদা। ধীরেনবু কাউথোকখিবা নত্রগা কাপ্থোকখিবা অঙকপা ওইরোই। অতৎপা লৈত্তনা থেংনৈ অচুবু লৈঙাং শংবা ফি শেৎলবী লম্বোইবী মাধবীগী মিংগুদগী পি শিন্দুবা, ধীরেনবু ফংলমক্কদা থাপ্পা ইল্লোকপগী মুত্তি অসিগীদমক কমলনা মণিপুরী সাহিত্যগী সভাদা লেঙত্রবা ফিদা অমা ফংলিবনি।

মাধবীগী মরমদা য়াম্না শন্দোক্লা হায়জগ্রে। কমল অসি মণিপুরী সাহিত্যগী লমন্নানবা অমনি শাবী শানৌবী প্রেম—মুংশিবা মশক

খঙবা অমনি। সমাজদা স্বার্থত্যাগকী মঙাল খবদং পুথোকে লাকনরম্বা অমনি। পুন্নমকী মথক্তা কমলদি কবিনি।

খ্বাইরাকপম চাউবগী থবক্কী পুন্সীদি স্কুলগী ওঝানি। অহুনা মণিপুরী সাহিত্যগী অরাংপা অহু ছাত্রগী অরাংপরোমগী মিংয়েংদা উখি। ক্লাস অয়াম্বগী তম্লবা রাবেং শৈরেং ইরমই। বাংলা সাহিত্য মতিক চানা নৈনরবা পণ্ডিত ওইবনা ইথোরকপা অয়াম্বা মরীক চুমই; অর্থ থোকই থায়নগী লৈরাং কয়ামুকসু খোমজিনবা লাকনখি। মণিপুরগী অকন অথৌগী রারী, ময়াম্না কাউনরক্লবা শৈরেং কয়া রাজবংসগী রারী অমসুং পুন্নমক অসিগা লোয়ননা ওন্নক্লবা মৈতৈ সমাজগী মহৌশাগী লৈজরম্বা মুংঙাইবা অমসুং ফজবা শকফম মায়কৈ অসোমদা স্কট অমসুং বঙ্কিমগী তুংইনবনি।

চাউববু কবিনি হায়বদা কনাসু য়েংলোই। অহুবু কমলগা ফমিন্নবদি য়েংবদা মুংঙাইতে। কবিগী আসনগা সাহিত্যিক্কী আসনগা অনি লৈরম্লবদি ঐখোইনা চীংনবা লৈতনা হরাওনা চাউববু পুশিন্নীংই। সাহিত্যিক্কী আসন্দা। চাউববু হন্দক কবিরত্ন পীদনা সাহিত্য রত্নগী উপাধি পীবসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী অচুম্বা রায় থরগী মরক্তা অমনি। চাউবগী শৈরেংদা সুরদগী রাখলনা হেল্লি। থম্মোইবুদি বুজিনা ঙমই। ইথোরকপা কবিতা অয়াম্বদা গদ্যগী অতপপা খোঙচৎ য়াওই পদ্যগী অঙাওবা শাথেক থেংনদে।

চিজম অঙাংহলদি মমাংদা লৈরিবা মণিপুরী সমাজবু থোইনা য়েংখিদে। মমিৎ অহু উইশিল্লহুনা ধ্যানগী মওংদা অঙাংহলনা য়েংখি। পাপলবা মোইরাং লৈবাক। খম্ব থোইবীগী মোইরাং চাউবা থোংলেনগী মোইরাং চিংখুবা নোংবানগী মোইরাং। পুথোরকই মুমিৎকুম লংলবা খম্ব থোইবীগী অমর প্রেম। অহুগা লোয়ননা য়াইথিং কোন্নু।

শক্লকপদি পেনাখি শেন্নক্লি। খাইনা খঙনরবা স্বরনি। মহাকাব্যগী শকফমনি। শৈকতনা খোমজতুনা অত্যাংজননা পুথোরকই 'খম্ব থোইবী শৈরেং'। চেনা হেক তাংদোকপদা উদবা খুৎ অমনা ঐথোইবু পুখিগনি। থাপলদা মোইরাং শৈবাক্তা, খম্বা খম্বগী শেগাইরবা খাঙপোক্তা, থোইবীগী নৌরবা জগোইগী শাগৈক্তা ঙাকাগী নামিবা মুংশিন্তা। নৌরবা থায়নগী রাইয় কন্নক্পা লোইনা; অত্যাংজলগী অচকপা যাহু অমনা ঐগোইগী মাঙখ্বা জগাং কাউইহল্লী।

'শীতেল ইন্দু'দা মণিপুরী সনাকগী মশক অমা শেংনা তাকই। ইমাংদা উদিবা সনাকনি মতম পোইদোকপা অনৌবা পুথোক্লুনা ময়ামগী মিংথোং চিংশিনবা ঙমদে; অসি নত্তবা শৈরেং মচা খরসু থনমই, মতম্ 'খম্ব থোইবী শৈরেং'গী মনাক্লদি কন্নিসু ওইদে। থাগী মনাক্তা পোকপা খরানমিচাকনি

অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী লাইরিক পাবদা ঐথোইনা শোয়দনা খঙগনি। মহাকবি অসি সংস্কৃত ভাষা, বাংলা খঙদে। কালিদাস মাইকেল মধুসূদন নৈনরবা নিপানি মহাক্কী মোইরাং থোইবী লোন্দা ফজে অহুব তাকলিনা মোইরাংদি উংলিবা থোইবীদি ঐখোইগী কল্পনাদা লৈরিবা মোইরাং ওইরদ্রে। থোইবী নংত্রে দরেন্দ্রজিৎনা শকুন্তলা পাক্লবগী মিংকমণ লোয়নন মোইরাং লমদমদ যেংখিবা মবম্না ঐথোইদা তশেংবা শকফম অমা উৎপ ঙমগদবনি। অথোইবা লাইরিক্তি 'কংশ-বধ'। মাইকেল মধুসূদনগী মেঘনাদ বধ কাব্যগী ছাচাদা হয়রবনি। মহৌ লাকপৌ, ময়ায়, লোইশিনবা পূম্নমক য়াম্না মাইয়ে। মহাকাব্যগী ভাববঙ্গীনি। সংস্কৃতগী নামধাতু অহু মৈতৈরোনদা এক্সপেরিমেন্ট তৌখি। অসিনা ঐথোইনা নৌনা থেংনরে-জবাঙবা, লৈরাংজবা শকায়নবা।

নরেন্দ্রজিৎকী মিৎয়েংদি ধৰ্ম্মগী মিৎয়েংনি। হিন্দুগী আদর্শ, দেব দেবী পুম্নমক্কী মফমদা অচেৎপা শ্রদ্ধা লৈ। পুথোরকপনা কালিদাস-খোইগী মতমগী ৱাখলগী জগৎনি।

অশাংবম মীনকেতনগী মরমদা হায়জবদা খরদং চিংনজে। মরমদি মীনকেতনদি হৌজিকমক ঐখোয়গী ঈরক্তা লৈরি। মতম চানা হিংলি স্তিল এলাইভ এণ্ড কিকিং। অসিমকপু এপোলোজি অমগা লোয়ননা মহাক্কী মরমদা হায়জবা ভাই।

অরাং ভারত কোয়রুরবা, ন্যায়বেদান্ত নৈনরক্রবা, মীনকেতনদি কোয়বগী মতিক উরে। নৈনবগী মতিক খঙলে। উবগী মতিক খল্লে। অমসুং খনবগী মতিক ওল্লে। মীনকেতন অনি অহুম শুরে। য়াম-দ্রবদা নীনকেতন অনি শুরে। 'ৰসন্ত-শৈরেং' 'সীতা ৰনবাস'কী মীনকেতন। ৱারৰা পুন্সী ঈপাক্তা কবিতা ঈহৌরক্লিবা মীনকেতন। অত্তোপপা অমনা 'তোম্বু লাইজিংলেম্বী' ভাঙ্গোয় পবেং গী মীনকেতন। অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী, অরিবা মৈতৈরোনগী প্রতিনিধিগী শকফম। অহানবগী অসিদি লৈখিদ্রে ওনগ্রে। ইঙ্গেল্লগী পুন্সিওইগ্রে। অকোন-বগী শককমগী মরমদা খরদং হায়জগে।

কবি মীনকেতন, সাহিত্যিক মীনকেতন, পণ্ডিত মীনকেতন; অহুমসিগী মনুংদা কনাগুম্বনা খল্লি—কবি মীনকেতন। খল্লীংঙাইনি অদুবু য়েৎচররোই। অদুম্মক লোবম্ভু খোইনা, কায়বা নত্তে। অদুদা ঐহাক্না য়াম্নমক হেক পামজবদি পণ্ডিত মীনকেতন। চপ চানা হায়জরবদি পণ্ডিত সাহিত্যিক মীনকেতন।

সমাজগী ৱাখল হায়বসি সমুদ্রগী ঈথক্মা হৌরকই। থৈদোক-খিবা মত্তনা খিংবা ওমদে। হন্দক মরকসি মৈতৈবু শক খঙবগী খিংঙমদ্রবা ঈচেল অমা চেল্লকই। থায়নগী মৈতৈগী সভ্যতা,মৈতৈগী

লৈজরম্বা কলা অমসুং সংস্কৃতি অমসুং অমতা ওাইজরম্বা মৈতৈলোন। সংস্কৃত বাংলা মমি তাদবা তশেংবা মৈতৈগী লোন।

অকোনবগী অসিনি মীনকেতনগী পুন্সী লাইনীং ওইরিবা। ফনা য়াম্না থিরে, ফনা য়াম্না থেংনরে। পুথোক্লে, ময়ামদা উৎলক্লে। অয়াম্বগী পুক্নাংদা অনৌবা উনবগী অওকপা অহানবা খণ্ডবগী মুংঙাইবা অমসুং লৌশিনবা চমদবগী অরাবা লোইনা পোকলে। মুংঙাইবা অমনা ঈচং থৌনা নহারোল খরসু তুং ইন্নরকতুনা মীনকেতন স্কুল ওক থোক্ত হায়বওম্বা অমসু লেরে। মসিনা খণ্ডরিবসি য়ারিবমখৈ থায়নগী অশেংবা মৈতৈলোন শিজিন্নবা, থায়নগী মরমদা থিজিনবা অমসুং ইথোকপা। কলমগী মহুত্তা খোইজ্জ সমালোচনাগী মহুত্তা খোরিরোল মুংগোইবা অসিনচিংবা।

থায়নগী মণিপুর অমসুং মৈতৈলোন থিবসি হৌজিকমক্তি মীত্তাংবা তরক্কা শামু মশক তাকপগুম তৌরি। থিওরি জাং জাং পুথোরকই অনৌবা মিয়েং য়াম্লক্লি অত্তুবু অসিমনা লোইরে চুমলে হায়বদি ওমদ্রি। মোইরাংথেম চন্দ্রসিং, রাহেংবম যুমজাও, অতোম্বাপু বিত্যারত্ন, মৈতৈ মরূপকী কাংবু, য়েংখোম ভাগ্য, অমসুং হন্দক্কা মৈতৈ পুরাণদা লুপচরিবা মশাবু বি সিনহা হায়না তাকচবা বিজয় চন্দ্র। পুথোরকপগী অরানবা লৈতে হেঙ্গৎপদনি লৌশিনবগী অমাওবা নত্তেঞ্জুংওাইবতনি। অত্তুবু খ্বাইনা য়ানবা মসিমদি মচুম্বা ময়ারেনা হায়না ময়াম্না য়ানবা থিওরী অত্ত ফংবগীদি মতম খরদং রাংলি। মিংনাইদবা থিওরিশিং অসি মমিং থোল্লখিনি, শকনাইদবা রাখলশিং মশক উৎলখিনি।

রাজকুমার শীতলজিৎ উপন্যাস ইবা, রারীমচা কয়ামূক্তা লোয়ননা কবিতা মখেল খরসু হাপপা সহিত্যিক অমনি। হৌরকপনা

রাজনীতিগী চে 'মণিপুর মতম' সাহিত্যগী চে "ললিত মঞ্জুরী" গী সম্পাদক ওইনা হৌই। মথংদা রারেং শরেং। মণিপুরী সমাজগী মরু ওইনা মধ্যম শ্রেণীগী অহা অনা, মিংয়েং লায়েং তাকপা উপন্যাস রারী মচা খরা। ইকোন কোনবদা ছাত্রশিংগীদমক ওইনা হেড মাষ্টারগী আসন্দগী কান্নরবা টেক্সবুক কয়ামুক

রাহয় রাতা চমই অমমুং ফজে অসুম রারী শাবগী লোন্দানি। লাইরিক অয়াম্বা অসুম পাথরকপদা শীতলজাংকী মেংলবা অসিবু চুমত্রনে হায়বগী পোক্কল থেংনে তুরেলগী মতৌগুম্না নমুল তুরেলগুম্না লীরি পীক্না ভাথু থেংথুনা অদুম চেম্মে। রারাগী ফুংঙাইবা মুর অমনা অসুম মতাবগী নাকোংদা তপ্পি তাপ্প য়োরকই

অদুবু প্রমাণ য়াঙদনাদ ফোংদোকপা হেত্তরব মেতৈলোন, সিমিলি, মেতাফোর ভাক্কনা লৈতেংনরব মনিপুরী ভাষাদ অসিংন্বা শীতলজিংকী ষ্টাইল অসি এক্সপেরিমেন্টকা মশকনি। খরদা থৌনাফনা হোংনরবদি ফজবা কয়া পুশিল্লকপগী আশাকলে লাংগা আদিরসনা ওল্লবা মণিপুরী সাহিত্যদা আদিরস কয়া য়াঙদনা ভাব ধারা পুশিল্লকপাসি সমাজগীদি টৌনিকনি। ভাবোক্কীদি কয়া মুং হৈতে। সাহিত্যগীদি অনৌবা অমনি।

শীতলজংকী সাহিত্যজংদি ধর্মগী সাহিত্যগী সংস্কারনি। সমাজবু ধর্মগী মিংয়েংদা, য়েংবা, মীওইবগী লোইবা নাইত্রবা থরোইগী সমস্যাবু ধর্মগী ফলদা তাইল্লকপা অসিগুম্বা ফিলিং অমা এখোইদা তত্তনা ফাওই। ধর্ম হায়বসি পুজাদগা তোঙানবা নত্তে। সাহিত্য হায়বসি ধর্মগী ওল্লতৈনবা নত্তে। অদুদা সাহিত্যনা ধর্মগী প্রচার তৌরকপা, পুনসিবু ধর্মগী মঙালদা ঙালহল্লকপা তারবদি অপাংগী থমোইদা পেন্দবা পোকই। শীতলজিংনা পুরিবা ধর্ম অমমুং সাহিত্যগী ফল অসি করিগুম্বদা ধর্মনা হেক হেক লুনথরকপা থেংনৈ অদুবু কুনগুবা

শতাব্দীদা সাহিত্যনা ধর্ম্মগী মরমদা লাউনা ভাংবা হৌনদে। খোঙ্জেল পীক্লা, মশক লোংনা, তুমিন্না শোঙ্জগদবনি। প্রোফেটিক ওইহনগদবনি। প্রিচ তৌবোইদবনি। মরমদি ময়াম্না পান্নিবদি সাহিত্যগী রসনি। ধর্ম্ম নত্তে। সাহিত্যনা থাজোইদা ফাওহনবা আনন্দ অতুনি। ধর্ম্মনা পুন্সিদা তাকপা লম্বেল অতু নত্তে।

অসি নত্তবা মণিপুরী মাতগী জাগরণদা হৌমিন্নরকপা মণিপুরী লেখক ড্রামাটিষ্ট কয়ামকম্ভ লৈরি—মীনাংদাদি কয়া খোক্তনা। থরাইদি য়াম্না য়াওন। অদুবা নেত্তে সাহিত্যগী লমদা থোংদারকপা "হাওরং লৈশং শাফবা"গী লেখক শরাংথেম ববমণি। এম, ডি, ইউ, হোলদা সমাজগী শকফম অংগা লোইনা স্বদেশ মন্ত্র শন্দোকপা সোগাইজম বীরেন য়াইহিপোক খম্বালিষু পুথোরকপ ড্রামাটিষ্ট একটর মাইবম রামচরণ রূপমহলগী হৌশিল্লবা ড্রামাগী পার্টি মরু ওইনা নেত্রজিৎ অমসুং মৈত্রম বীর পুম্নমক মথক্তা মণিপুর হায়বসি ঐখোয়গী ইমানি অমসুং মণিপুরীশংসি অমত্তন হায়না তত্তনা খওহল্লকপা কংগ্রেসকী অখোয়বা নেতা কৃষ্ণমোহন পুম্নমক অসি তুরেলগী ঈহৌদা তাউ-থরকপা কাওশিংগুম্না স্বদেশ প্রেমগী জাগরণদা অমসুং মণিপুরী মশক খণ্ডবগী লম্বেন্দা খোরকই। অদুবু অয়াম্বা লোইনা মাঙত্রে। লাই-রিক অমা'নিদা মরৈহৌরে

ড্রামাগী জগত্তা নাইতোম থোরকপা মতুং ইনবীনবা য়াওদবা ইনবা ফাউবা ভমদবা—নীশক অমন গীতচন্দ্র তোংব্রা। সমাজদা করৈম্নে নোক্নে। সভ্য ওহৌরে হায়না খণ্ডনরিবা সমাজগী মতুংদা লোৎতুনা লৈরিবা অশোনবা, অথীবা অমসুং অমোৎপা পুম্নমক অদু নোক্না নোক্না পুথোরকই। মিংয়েংদি অয়াকপা অমসুং অকনবা বুদ্ধিগী মিৎয়েংনি। ফিদম্না নোংচুপকী বানার্ডশো। কদাই ফাওবা গুরুগী তুংইনবা ভমজরবগে হায়রবহুদি লাইরিক মশক তারক্রবা কাদা লেপ্পা তাই। ড্রামা অয়াম্বা

চৌন্দা লৈরি। লাইরিক ওইনা থোরক্রি। অসিনা অরেপ্পা শক লেপ্পা ওমদ্রি।

গীতচন্দ্রগী ড্রামাদি অনোকপগী প্লে নি। নায়ক নায়িকা অয়াম্বা আইডিয়ানা মূর্ত্তি পান্দুনা থোরকপনি। অাসনা প্রোপাগণ্ডাগী শরুক খরা য়াওই। মহাক্কী মিৎয়েংদা ভাবকপু গুম্বৎনবা পোশক অমতংদি য়াংলি। অকনবা সহানুভূতি-সিম্প্যেথি। মিৎকী পিগা লোইননা সহানুভূতি। চাক্লবা থম্মোয়গী কোম্লবা সহানুভূতি— দর্দভরা সঙ্গীত।

কমলনা হায়খি,- "লে থিননবগীদমক্তা/ নত্তে অথাপ্পা উমংদা চৎকদবা/ নত্তে অরাংবা উপাল কাগদবা/ ইনক নকপদা/ খুৎনা লাম্বা ফংবা/ থিরুসি পুক্লিং লৈকোন্দা"। মাসিনা কবিতাগী ধানি. ফন হায়তুনমু কবিতাগী হৌফমাদ পুকনিংনি। মপান নত্তে মমুংনি। অদুদা সাহিত্যগী লৈকোন্দি লৈখনশুনা শাৎপা তাই। শনারৈ ওাক্তনমু থেনবা য়ারোই অনোব লৈরাং চার শিরুবা তাই। চৌংলোন মাপল লান্দুনা, পূণ্যভূমি ভারত্ত নোংচুপ সমুদ্রগী তোবর্বান্দা।

হৌজিক মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহো লোইখ্রে। ঈচেল পীক্লে। পঞ্চজন্যগী অকনবা খোঞ্জেল নত্রে। অনাবগী নাহেবা খোম্মোকনি। থাঙ্গৈশেংনমক অক্লবা ক্রাইসিস অমনি। কাংবু থরনা লাইকম্লনবা থাইনগী মৈতৈ সাহিত্যগা গন্ধমাদন থুক্লদবগা লাকনরি। অদুবু চিংনবদি সিদহিদাক য়াওরমদবা য়াহ! থায়নগী মৈতৈ সাহিত্য শক থওববু ফত্তে হায়জবা নত্তে। ইরন খোমজিনববু কনাগী অমাওবনো? ঐহাক্না হংজরিবদি মতুতনা শিখরবা মণিপুরী সাহিত্যবু হিংগৎহনবা ওমগদ্রা? পীক্লবা সাহিত্য ইচেনগী ঈহৌ লাকদ্রা? য়ারবা মণিপুরী সমাজগী আশা অমসুং অকাঙ্ক্ষা ফোংদোকপা ওমগদ্রা?

মণিপুরগী সাহিত্যিকশিংনা হৌজিকমক কম্না পায়থৎকদবা থবক্তি মপান্দা য়েংবা। মপান্দা শিবা। বিশ্ব সাহিত্যগী দরবারদা আসন ফংলবা

চাউখৎলবা ইংরেজী, ফারাসী, রাশিয়ান অমসুং বাংলানচিংবা সাহিত্যগী থোংদা চত্তুজরুবা তাই। খুম্ফমদি মণিপুরনা ওইরবসু মপানগী সাহিত্যগী মুংভৌত্তনা ঐখোইনা মণিপুরী সাহিত্যগী তাজমহল শাবা ঙমগনি। অত্তনা ঐখোইনা মিং কুপ্পনা য়েংবা তাই। অনৌবা সাহিত্যগী শকফম, ওল্লকইবা সমাজগী অশেংবা [illegible], [illegible] পোল্লকপা রাখলগী জগৎ। মসিনি শিথরবা মণিপুরী সাহিত্যগী শিদহিদাক। মসিনি মণিপুরী সাহিত্যগী প্রাণ।

---

# মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ

ছন্দ হায়বসি কবিতাগী প্রাণনি-থরায়নি। অর্থনা পুকনীংনি অমস্থুং রাহয়না কবিতাগী হকচাংনি। শব্দনা কবিগী অপোবা হকচাংগী ফিরেপ তাকই। অর্থনা জ্যোতি মণ্ডল অচুম্বগী মণ্ডাল, ছন্দনা পীরি—কবিতাগী গতি, খোংচৎ অমস্থুং পুন্সি।

থায়নগী মৈতৈ সাহিত্যগী খোঙ্গুল লীদ য়াম্না লুই। হৌজিক ফাওবদা পুখোক্লবিবা পুবাগনচিংবা অসিস্থু ময়াম্না গদ্য ভাক্লনি। পদ্যগি খোন্দাগুম্বদি য়াওই। অদুবু পদ্যনি হায়রুবদু ভমদে। অসিনা থাংঙ্গে শেংনমক য়েলহৌবগী মৈতৈ সাহিত্যদা কবিতা নত্রগা ছ্যগী শকওং অসি অরেপ্পা লৈবমদ্রবরা হায়বা চিংননিংঙাইনি ঈশৈ অমা অনিদগী হেন্না ঐখোইনা থায়নগী কবিতাগী ইঙ্গিং থিবা ওংদে। খোঙ্গুল লীবা ভমদে।

বাংলা হিন্দীনচিংবা অতৈ লোনগীদি কবিতানা হাল্লা হৈরেংই। কাইনথংদা গদ্য চংলকই। মণিপুরীগীদি গদ্যগী শকক্ল অয়াম্বা নমই, কবিতাগী খেঙ্গুল লীবা দ্বায। অদুবু মধ্য যুগতগী হৌনা ঐখোয়না পেণা খোংজোং পর্বব, খাবস চোংবীগী ঈশৈ নাকোংনা তাবা অমস্থুং নাকোং দগী থম্মোই য়োবা অতুগুম্বা খরা লোনরবই। হৌজিক ফাওবা হৈকাই লৈকাইদা য়ুমথোং খদিংদা পেণা খোংজোং পর্বব তানরি। মসিদা মৈতৈরোনগী শৈরেংগী অরেপ্পা মওং অম চংলক্লে হায়বা য়াই।

থায়নগী শৈরেংগী খুদম অমা—

অরাং কৌক্র অস্থুপ্পা! লোইমনাই খুম্বা অহানবা।
চারিক মপাল থাবিবা। নোংথৈ মউ লিংবিবা॥

লৈখিদ্রবা কবি অঙাংহলনা মখক্কী অসিগুমব থায়নগী পেণাগী শৈশকী সুরগী প্রাণ অহ অমুক নৌহৌনা মহাকী "খম্ব থোইবী" শৈরেংদা পুখোরক্লি।

অঙানবা শৈশক—

কেগে মোইরাং লৈবাক্ত ! হন্না য়েংবা উত্রবা ,
মাগী দমক হায়দুনা । তু মৎ ফাওবা পাইত্রবা
কেগে সরা ওইরবা । মোইরাং লমজা তারবা
খম্ব-থুমন্নু কৌবাদি মচিন-মৌপন্না অনিনি ।

মসি পয়ার ছন্দনি অমিত্রাক্ষরনি । মাত্রাগী ফিরেপতি—৭+৭ । বাংলা লোনগী হৌরকপা ছন্দস্পু পয়ারনি মত্রগা পয়ার জাতিগী ছন্দনি কাশীরামদাসকী মহাভারততা

মহাভারতের কথা । অমৃত সমান
কাশীরামদাস কহে । শুনে পূণ্যবান ॥

মসি মাত্রা ৮ : ৬ নি হৌজিক কাওবা মাত্রা ৮+৬ না বাংলা পয়ারগী অরেপ্পা শক্রমনি ! মতৌলোন্দা শৈশক অঙ্গান্বদা ঐখোয়না তোয়না থেংনৈ অমিত্রাক্ষর পয়ার অমস্তুং মাত্রা ৭+৭ না পূন্না মাত্রা ১৪ গী পদশিং । শৈরেংশিং অসিদা পয়ার ছন্দগী হৌনবী অচিংবা ( টান ) সুর অতপ্পা খোঙচৎ অমস্তুং ছন্দগী অক্লম্বা ভার পূনবগী শক্তি য়াওই ।

অসিদস্পু মতুনা পয়ার জাতিগী তাঙান তোঙানবা শকফম লঘু ত্রিপদি দীর্ঘ ত্রিপদী সু থাইনগী মৈতৈ কবিশিংনা শক্লরমই হায়না কবি খ্বাইরাকপন চাউবনা হায়রি । থেন্নবনা-মাত্রাগী মশিংদা খোইনা য়েংশিল্লমদে । চাউরাক্ল পুফম থোকপা ছন্দগী খোঙচৎ অদু ইল্লগদা মতৌকই । অসিনকপু বাংলালোনগী মাত্রা ৮ : ৬ কী ছন্দ অসিগী মওংদা ইরম্বা শৈরেং থরস্পু থেংনৈ । কবি হন্নাইবম নবদ্বীপকী—

চেঙ্গরি মতমগী ঈচেল । অপনবা লৈত্তনা
রাংতবা মতমগী লাক্লগী ঈরম কয়া ওইনা
(মতমগী ঈচেল)

মসি পয়ার ছন্দনি। মাত্রাগী শক্তম্না ৮+৬ নি। অনৌবা চাংয়েং অমনি। মৈতৈরোন্দদি খরদং চ়ুশিননবা রাংপশুম তৌই। পঙনা শিজিন্নদে।

অমুক বাংলাগী লঘু ত্রিপদী—মাত্রা ৬+৬+৮ গী খুদম—

পৃথিবী সলিল। অনল সলিল। রবি শশী গ্রহ তরা।।
নিয়ম তোমার। করিয়া প্রচার। পরিচয় দেয় তারা।।
(ঈশ্বর গুপ্ত)

মণিপুরীগী কবি চাওবগীস্ম—

ঙসিদি পুন্সীগী। অনৌবা ঈচেন্দা। অনৌবা ঈথক্না হৌরক্লে। রাখলগী ঈপাক্তা। অরাংবা ঈরৈনা। পুক্লিংবু থুক্ষংনা কারক্লে
(লোক্তাক)

মাত্রা—৬+৬+৯। অসুম তৌহুনা মাত্রা মশীংদদি অরাং অহেন খর খর নাইরবসু মণিপুরী লোন্দা লঘু ত্রিপদী অসিগী শক্তম অমদি লৈরমই!

অমুক বাংলাগী দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দ—মাত্রা ৮+৮+১০——

অঘ্রানে শীতের রাতে। নিষ্ঠুর শিশির রাতে। পদ্মগুলি গিয়াছে মরিয়া
সুদাস মালীর ঘরে। কাননের সরোবরে। একটী ফুটেছে কি করিয়া!
(রবীন্দ্র নাথ)

কবি চাওবগীস্ম—

ইমুং শোরা তৈরক্লে! চিংখৈ ফিতুপ্পা হুন্নক্লে। করাক্তী লাম্বাউ শীনথরে থুনগী লৌরাং শুবনা মম্পোৎ লাঙ্গোল পান্দুনা। লৌবুক্তী মাইগৈ তম্নক্লে!

মাত্রা মওং—৭+৮+৮(ক) অমসুং ৭+৮(খ)। অসুম তৌনা মাত্রা মশীংগীদি অরেপ্পা লৈতে। পংক্তিগী চানবা (মিল) থোইনা য়েংদে। দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দগী খোঙচৎতি রাওবা য়ান্না থেংনৈ হায়না

কবি চাওবনা অরেপ্পা মত পীরি। মসিমস্থু মণিপুরী কবিতাগী মমাংঙৈগী ছন্দগী লনগৈদা লৈরম্বনি।

হন্দক্তা অমুক বাংলাগী কবি মাইকেল মধুসূদনগী "মেঘনাদ বধকাব্য" গী অনুবাদ কবি হৱাইবম নবাদ্বীপচন্দ্রনা তৌরকপদা ময়াম্না হায়নৈ চপচাবা মাইকেলগী অমিত্রাক্ষর ছন্দ অদুমকনি। মসি অরানবনি। মাইকেলনা মমাংঙৈগী পয়ার খোঙচৎতা ছেদগা যতিগা খোংকম তিন্নরম্বদু থাইদোক্লরক্তুনা ছন্দগী ঈহৌ (দোল) অমা লেপ্পুনা চেম্বা ঈচেল অমা থোকহল্লক্তুনা বাঙ্গালী গী নাকোংদা অনৌবা ছন্দগী মশক অমা থোকহল্লমই। মহাক্কী অহৌবা পরেংশিং—

সম্মুখ সমরে পড়ি। বীর চূড়ামনি
বীর বাহু, চলি যবে। গেলা যমপুরে
অকালে, কহ, হে দেবি। অমৃত ভাষিণি
কোন বীরবরে বরি। সেনাপতি পদে
পাঠাইলা রণে পুনঃ। রক্ষঃ কুলনিধি
রাঘব বারি.... ... ...

(মেঘনাদ বধ কাব্য-সর্গ অহানবা)

কবি হৱাইবম নবাদ্বীপকী মণিপুরী অনুবাদ—

মায়োক্নবা লানফমদা। অকনবগী লুচৌংবা
শিবা মতম চাদনা বীর বাহু তুম্থ্রগা
হায়য়ু ঈমা ভারতি। রাঙাং খোইহী তৈরবি
ঙিংচা-শাগৈ-য়াই ওইবা। রাঘব তাথি অথোইবা
সেনাপতি হাপ্তুনা। লানদ কনা থাখিবা ?

অমিত্রাক্ষর পায়ারনি। অদুবু মাত্রাদি মৈতৈ রোনগী পায়ারগী ৭+৭ অমস্থুং অদুগী মথকতা মাইকেলী ছন্দগী লেপ্পুবা ঈচেল অদু হাপ্পা ঙমদে। চুম্নগী থায়নগী কবি অঙাংহলগী শৈশকতগী পংহেন

হেক্তিনদে হায়বদি ছেদগা যতিগা পুন্না চৎলে, ইফুংকী মতৌগুম্না চেম্বরকপা ছন্দগি ঈচেল অতৈ হাপলে ওমদে

অসিদসু নতুনা কবি দারেন্দ্রসিংহনা অমুক লঘু চৌপদী অমসুং দীর্ঘ চৌপদীগী মাত্রা য়ানথায়নরগা তারকপা মওং অমসু হোৎনরমই মহাক্কী—

ইরৈপাক ইরৈপাক উজদ্রি নংগুম্বা
নংগুম্বা মুশিবা পুক্কিংগী পেন্নবা।

নোংপোক্কী কোবো খেংথাকম ভারতকি শমজি লংদাইফম
প্রকৃতি ইমাগি মুংডাইনা শান্নফম
চাক্লবা থম্মোইগী অরাবা কোক্লফম। (ইরৈপাক)

অহানবগী পদ এবি অসিনা লঘু ত্রিপদি রোমদা অকোনবগীনা দীর্ঘ রোমদা নকশিন্নি।

কবি কল্পনা মহাক্কী "শৈপারেং" হায়বা কবিতাগি লাইরিক্কা মণিপুরী ছন্দগী য়াম্না চৈংলেম্বা গম্ভীর ওইবা অমসুং অচিংবা স্বরগি মওং অমা পুথোরকই মাত্রা ৭+৭ কি মমাংগি খোংচৎতু মাত্রা ৯ অমসুং করিগুম্বদা মাত্রা ১০ ফাওবা থোকহল্লকুনা মৈতৈরোনগী শৈরেংগী অনৌবা শকতম অমা পুথোরকই।

মতম কুইনগী তুংদা,

লেংশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু
মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মফমদা
য়েন্দাই থম্না লৈ হাপ্পুনা
কংলুসি ইমাগী থুয়াদা।
(মৈতৈ চনু)

মতাং অসিদা "লেংশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু" হায়বসি মাত্রা ১০ গী পরেং (পর্ব) অমনি। অসিনা মমাংগী মাত্রা ৭+৭ কী ছন্দ

"কেগে মোইরাং লৈপাক্তা। হন্না য়েংবা উম্রবা

মাগীদমক হায়দনা। তুম্নিং ফাওবা পাইত্রবা" হায়বা ছন্দগী খোংথাং অসিদগী খোঙকাপ অমা থাংজিল্লকপনি। অমস্তুং মণিপুরী কবিতাগী অনৌবা ছন্দগী শকফম অমা পুশিল্লকপনি। অস্তুম তৌহনা কমলগী —

মাতৃ মন্দিরগী লৈনম মুংশিবা
তপ্পা। লিরি লিরি শিৎপা মুংশিনা
হুমখিসন্নু। মৈতৈ লৈবাক খুদিংদা
তেকথৎসন্নু। শিরুম নারুম্বা মৈতৈ।(মৈতৈ চন্নু)
নত্রগা
অরেপপা নাইদনা চেল্লিবা
হে ব্রহ্মপুত্র পুকচেল তপ্পবা
কৎচরিবা হৈ-লৈসি নংগী গর্ভদা
শন্নবীরম্মকো ইমাগী থুয়াদা (মাতৃ তর্পণ)

অনি অসিদা চৎলিবা মাত্রাগী খোঙচৎ অসি ইয়ান য়াম্নরে। অসিমকপু অনিসি পাবদা ছন্দগী গাম্ভীর্য্য অমা, অতপ্পা অরেম্বা খোঙথাং অমা শোয়দনা নাকোংদা ফাওই। মসিনি কমলগী তোপ তোপপা দান।

কবিতা হায়বসি অকক্নবা মাত্রা মশীংনা নত্রগা লেবেল নপশিন্দুনা থম্বা য়াবা নত্তে। কবি কবিগী পুক্লিংদা লাকলিবা ছন্দগী ঝঙ্কার, অনৌবা থম্মোইগী ঈংহৌরকপা ময়াম অহু ফোংদোক্লবা ছন্দ থিরকপনি। ছন্দদি মন্নুংদগীবু থোরকপনি। Brains beat into rythm হায়বা ইংরাজী য়াহয় অসি থাঙ্গৎশেংনমক অচুম্বনি। যুগ যুগকী অনৌবা ভাব বিকাশ অমস্তুং থম্মোইগী ঈথক কয়ামুক্কী কোন্নবা থানবা য়াত্রবা ছন্দদা থোরকপনি। হান্নগী লৈরম্বা ছন্দগী মওং অহু অমুক হাপতোক হাপচিন তৌহনা অনৌবা কবিতা অমুক শেম্নকইবনি।

মথক্কী অসিনা পয়ার জাতিগী ছন্দগী মরমদনি। অতোপ্পা বাহং অমনা মণিপুরী সাহিত্যদা অয়াংবা ছন্দগী খোংচৎ বাংলাদা স্বরবৃত্ত ছন্দ নত্রগা ছড়াব ছন্দ হায়দুনা খোঙ্খোক্কী খোঙ্ক ( stress ) মতুং ইন্না লেপ্পা ছন্দ অদু লৈবরা? অসিগুম্বা ছন্দগীদি অয়াম্বা মতমদা ছন্দগী চরণ (লাইন) খুদিংগী পর্ব ৪ অমসুং পর্ব খুদিংগী মাত্রা ৪ অমসুং পর্বাঙ্গ অনি লৈ। খুদম ওইনা—

আকাশ জুড়ে। চল নেমেছে। বৃষ্টি ভলেছে
চাচার ফুলে। জলের গুড়ি। মুক্তো ফলে। ছে

ছন্দ অসি বাংলা সাহিত্যগীদি মমাংঙৈদগী হৌনা লৈজরক্লবা বাংলাগী লরাই থরাইশিংগী সাহিত্যদা খুদম মতিক চানা লৈরবনি। হৌদোকমিন্নরকপা ছন্দনি। হৌজিক ফাওবা মণিপুরী সাহিত্যদা অসিগা চপমান্নবা ছন্দ লৈত্রি নত্রগা শেখ্বসু ঙমদ্রি। অসিমকপু কবিতা অমা অনিদা পদ ( পারেং ) থর থেংনৈ—

ঈশিংদসু। চাউদবী। কংফালদসু। হৌদবী

উদা তাংলে উত্তাংবী। রাদা তাংলে রাতাংবী
( কমল—খোঙমমেনৈ )

নত্রগা

ওলাং থাগী, লৈবাকলৈ, থারুদনা, হৌরকপী, নীংথিজৈ ( চাউবা ) মথক্কী অনী অসিদা মাত্রাগী মওং অসি ৪ অমসুং ৩ দা তিম্ন তিম্ননা চংলি। চপ চাবা স্বরবৃত্ত হায়বসু ময়াই। অসিমকসু বাংলাগীদুগা খেন্নবা মরম্না মণিপুরী কবিতাগী স্বরবৃত্ত নত্রগা ছড়ার ছন্দ কৌবসু য়াই।

অতোপপা বাহং অমনা —— মণিপুরদা মাত্রা বৃত্ত ছন্দ লৈবরা? হ্রস্ব স্বর দীর্ঘস্বরগী মাত্রা কায়দনা ভাকপা রান্না চিংবা ( বিলম্বিত লয় )

সুরগী ছন্দগী খোঙচংনি। মমাংঙৈগী সংস্কৃত অমসুং হিন্দীনচিংবগী থানবা য়াত্রবা ছন্দনি। বাংলাদদি হান্না শেংকাত্তনা লৈরমবদগী রবীন্দ্রনাথনা মপুং ফাহনথি ফজহনখি। খুদম ওইনা রবীন্দ্রনাথকী—

দেশ দেশ নন্দিত করি মন্দ্রিত তব ভেরী
আসিল যত বীর বৃন্দ আসন তব ঘেরি
নত্রগা
পতন অভ্যুদয় বন্ধুর পন্থা — যুগ যুগ ধাবিত যাত্রী
হে চির-সারথি তব রথ চক্রে মুখরিত পথ দিন রাত্রী

হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী কবিতাদা অসিগুম্বা মাত্রা বৃত্তগী ছন্দ অসি থেংনব্রি। মসি মণিপুরী লোনগী নেচরগা চা-নদবা নত্রগা ঐখোয়না চাংয়েং অমা য়েংদত্রনা তৌত্রা হায়বত্রু খল্লবা য়াই।

১৯৭৪

# শীতলজীৎ

লান মমাংদা শীতলজিংকী উপন্যাস 'খাদোকপা' পাখি। মতুংদা ৱারী মচা খর অমসুং শৌরেংশিং থেংনখি। হন্দক অমুক উপন্যাস অসি থেংনৈ। প্ৰমান পাম্বৈ য়াওদনা ফোংদোকপা। ৱারবা মৈতৈরোন্দা শীতলজীৎনা অয়ুক্কী লিক্লাংঙন্বা ৱাহয়-সীধা শিজিন্নৈ। সুংশিগী মৈশানা কাহৎলবা মৈতৈ সাহিত্যদা প্ৰেমগী মৈশা য়াংঙৈরবা মঙাল খর পুথোকলকই। মীনকেতনগী হন্দক ফোংবা "মৈতৈ উপন্যাসতা" শীতলজিংকী লাইরিক অহুমথক সমালোচনা তৌদুনা সন্মান পী। শীতলজিংনা লমন তোল্লে হায়জৈ। অদুবু লমন মতাদি ব্যাকরণগী অরানবা কুপ্পা য়েংশিনবী ( your searching eyes to the grammatical faults with my books ) হায়। ঐখোয় য়ানিংদে লাইরিক অসিনা শীতলজিংকী ৱাখল্গী ভুগৎকী তশেংবা মশক তাকপনি মীয়াম মমাংদা পুথোরকপনি। শন্না হায়রবদা শীতলজিংকী অরোনবা সাহিত্য খোংচৎকী খোঙ্গুল লীবনি। শীতলজিং থাংগৈশেংবমক মীনকেতন্দা লমন তোল্লি; য়াম্না তোল্লি।

ফোংদোরকপা ডাক্তনা আর্টিষ্ট অমগী মশক খঙহন্দে। শিল্পী হায়বসি ঐখোয়না লাগদবনি, য়েংগদবনি অমসুং ৱারী শাগদবনি।

'ইবুংঙো! ইবীনবদি ৱাংপা নত্তে। লাইরিক কয়ামুকসু ইনদুনা লৈরিবনি। ফোঙবা ভমদদুনা তৌবনি।' নোংমা শীতলজিংনা হায়রকই। 'লাইরিক খর ফোংগদবসু লৈবা ঙম্বা পৈশা লৈরবা কাংবুনা পাবীদে।

নহারোল ছাত্রশিংনা পানীংই; পৈশাদি পায়দে'। ফনা লুরবা কিজননি। অসিমক্তা মচুমলবদি মৈতৈ সাহিত্য হিংবা ফনা লুই চাওখৎপগী রাত্থদি তরাইথোক্লদনা। অত্থু খঙহোদনা রাখল অমা পুক্লিংদা পোকখি খর ইনরক্লিবসিবু ময়ামা পানিংফম থাঙ্গেশেংবমক থোক্লবরা? রাহং অসিদি হংহৌদ্রে রারী মখা চৎপরে।

"হৌজিকপু করি লাইরিক ইবিরিবগে" ? য়ামা খঙনিংনা ঐহাক্না হংখি। দোষ লৈরে হায়বগী মীৎফমদা খুম্নকই—"অহানবা ফোংবা লাইব্রিকশিংদা পৈশা মাংমনখরত্থনা হন্দক্তি টেক্সবুক খর ইত্থনা তোংনরি। মসি ঐহাকনা থাংঙ্গেশেংনমক ইনীংত্থনা ইখিবা নত্তে"। অত্থদগীদি ঙহাক লৈরগা খর ময়েক লাবা বাংলাদা "জানিয়া শুনিয়া বিষ খায" হায়বা বাঙ্গালীগী পাউরো অত্থমক ওইরে" ফত্তে খঙন খঙন তৌদবা ঙমখিদ্রে'। অরাবা পাউথুম অসি তাবদা মুংঙাইবা ভাব অমা খঙহৌদনা পোকখি অসিগীরা মীনকেতম্না গ্রামার ইত্থনা হোংন-রিবসিবু? ওইরমদবা য়াহ।

শীতলজীৎনা নহা ওইরিঙৈদা বঙ্কিমচন্দ্রগী অমস্থং শরৎচন্দ্রগী লাইরিক অয়াম্বা পাখি। অত্থু ইথোরকপদদি মথোইগী প্রভাব অমস্থং রাখল থওইনা লৌশিনদে হৌজিক কানগী বাংলা সাহিত্যগস্থ তারাশঙ্করনচিংবগী লাইরিক খরগা 'মাসিক বসুমতী' শুম্বা থাগী চে অমনিগা নওনা থোইনা নক্লবা মরী লৈতে। খুম্নকই 'স্কুলগী থবক অসিগা করিগনা হন্দক্তী চহিসি লাইরিক পাবা ইঙম ঙমদ্রে'। ধর্মদা মরু ওইনা ইন্টরেষ্ট লৌই। শীতলজিৎ 'ইথৌ লাংবা' ইবদস্থু নত্তে; শ্রীশ্রীনরোত্ত-মদাসকী লালসাস্থ মৈতৈরোন্দা অনুবাদ অমস্থং ব্যাখা তৌরবনি। প্রেম—শাবী শানৌগী প্রেম নত্তে, ভাগবত প্রেম নিংখিজনা খঙই। হিন্দুধর্মগী ধর্ম, অর্থ, কাম মোক্ষ হায়বত্থগী অর্থ ফজনা খঙই

অমসুং মহুদমু মপুং ফানা থাজে। বর্ণাশ্রম ধর্মগী ইকুংকী অল্পবা লাইজদা তারিবা পুন্সিগী মপুং ফারবা মমিবু শীতলজিৎ নিংথিজনা উই। রারী শারীডৈদা খঙহৌদনা রাহং অমা থোরকই—নিপা অসিবু সাহিত্যিকলা নত্রগা পণ্ডিতলা ?

অশেংবদি শীতলজিৎ বৈষ্ণবনি। পোকপদদা ওইরকপা নত্তে। থম্মোয় য়াওনা ওইরবনি।

'ইবুংঙো! ঐহাক্কী মইদি চফ্‌ংনি' শীতলজিংনা হায়রকই। চপচানা চুমই। হায়দোকরকপা অসিমক চফ্‌ংনি অদুবু চফ্‌ংকী ষ্টাইলনা সাহিত্যগী মগুণ মাঙহনবদি নত্তে। গান্ধীগী লোনসু চফ্‌ংনি। কবীরগী দোহাসু চফ্‌ংনি। লৈতেং ঙাক্তনসু ফজবা নত্তে। নত্রবদি করিগী ঐখোইনা পুংঙৌফনেক অমগা ইনফি অমগতনা লৈতেং লিবী লাইনিংবী মৈতৈ শানৌশিংগী দ্রেসপু ফজে শোম্নগদগে ? শীতলজিৎকী ষ্টাইলদি চুমত্রিংনি-নম্বুল তুরেলগুম থেক খোয়দে। টোটি ঈশিংগুম লুই; তশেং তশেংই। নিতিগী শীজিন্নবা রাখলগী রসনা থল্লি। সংযমগী মাধুর্য্য য়াওই অদুবু রাখল মপুং ফাচললমদাইদা থম্মোইগী অচুম্বা মফমগী মঙাল ফোংদোরকপদা লৈচীল্লক্তা নোংথাং গুম্বা ষ্টাইলগী শক্তি থরদং দরকার ওই। পুংঙৌফনেক ইনফি ঙাক্তনসু লোইবা নত্রি। লৈহাউ থরসু চিনবা জরুরীনি। শীতলজীৎকী মইদা লৈহাউগী ফজবা থর রাংলি।

মৈতৈ সাহিত্যদা মীনকেতনগা শীতলজিৎকগা নক্লবা মরী অসি খঙজিনবদা ফনা দরকার ওই। শীতলজিৎ মীনকেতনগী সাহিত্য মরুপনি; এডমায়ারারনি, শিষ্যদি নত্তে। অরাং ভারতা কোয়রুরবা দর্শন শাস্ত্র তম্নুরব। মৈতৈগী মরী মথোংদা মুম্না নৈনরিবা মীনকেতনবু শীতলজিৎনা পণ্ডিত হায়দবা ঙমদে, গুরুগুম ভক্তি তৌদবা ঙমদে।

অঙুবু ফমা য়াম্না নরুঙনস্থ তিম্নঙনস্থ অনিমক্কী জগত্তি তোঙাল তোঙালনি। মীনকেতনগী জগৎনা ধর্ম্ম সাহিত্য দর্শন অমস্থং মৈত্তৈগী পারী-পুরীগী অমম্বা শুরুংলোমদা কুমথৈ। শীতলজিৎনা ধর্ম্ম অমস্থং সাহিত্যগী মচংশিং অহ্ মযামদা পুরকতুনা য়েম্নবা লাক্লে। মীনকেতনগী সাহিত্য শুমাংদা শীতলজিৎ নিংতমনা শাম্নে পোত্থাই অমস্থং হকচাং তেকথৎহল্লি। অঙুবু মুমিং তারগদি য়ুমদা অমুক হললকই; অহিং লেক্লে। শীতল-জিৎকী থম্মোইদা অমস্থং রাখলদা মীনকেতনগী পুন্সী মিংয়েংগী মমি তাই। ফোংদোকরকপা ষ্টাইলদা অমস্থং সাহিত্য মিংয়েংদদি অনিমক তোঙান তোঙালনি। ইংরাজিগী রাহয় এগ্রি টু ডিফার খেন্নসি য়ানৈ হায়বঙনি।

শীতলজিৎকী সাহিত্য ইফুৎতি অমস্থং পুন্সী ইফুৎতি মীংচৎ নত্তে সমাজ নত্তে; মীওইবা ফাওবা নত্তে। ধর্ম্মনি। সংসারগী মায়াগী তথক তথকপা মচালদা মীওইবনা মশক খঙনদ্রবস্থ কোম্থংদ'দ ধর্ম্মগী লম্বেন্দা খরাইমক চঙলককনি হায়বসি শীতলজিৎনা চেৎনা থাজে। নোংচুপকী ম্যাটার‍্যালিজমনা ফনা য়াম্না হাইজিল্লক্লনস্থ ভারতবাসী পুম্নমক মরুদদি ধর্ম্মদা থাজে অমস্থং ধর্ম্মগী মীৎয়েংবু খক থাদোকপা ঙমলোই হায়বসি শীতলজিৎকী লেঙদ্রবা মতনি। সমাজগী সংঘর্ষ, জাতিগী সংঘর্ষ অমস্থং খঙবগী লোয়বা নাইদ্রবা মীগী থম্মোইগী সংঘর্ষদা শীতলজিৎনা থোইনা কুপ্না য়েংশিনদে। পম্থুংফমগীদমক লাওতক্লে; ফিদমগীদমক কম্না হোৎনৈ; থোঙচৎকীদমক থোয়না চিন্না তোদে। 'ইবুংঙো! কর্ম্মফলদা থাজদ্রা?' খঙহৌদনা ঐঙোন্দা হংখি।

ধর্ম্ম অধর্ম্ম পাপপুণ্য পূর্ব্বজন্ম কর্ম্মফল। চুমই মসিনি পুন্সী হায়ববু। মসিদা তাম্নবা মহাপুরুষ কয়া পোকলি অমস্থং অবতার কয়ানা মীওইবগী থম্মোইদা অঙকপা শক্তি পীররি। পরিজানায়

সাধুনাং ? থাংজৈশেংনমক তৌগনি। বিনাশায় দুস্কৃতাং ? থোকহন্দবা য়াদে। ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায় ? থমনাথককী ঈশিংকুম্নবা মীওইবগী পুন্সীগী য়াথন্দা, মিংয়েংদা অমসুং থবক্তা অসিমতং তৌরমদ্রবদবু অমসুং উৎলম-দ্রবদবু মীওইবগী পুন্সী করি কাম্নরিবগে ? আনন্দগী হৌরকপা আনন্দগীদমক লৈরিবা অমসুং আনন্দদা তিল্লগদৌরিবা পুন্সী খোঙচত্তা সত্যং শিবং সুন্দরমগী মঙাল থরদং জগত্তা উত্তনবু মীবু মীনি হায়ফম থোকপ্রা ?১.

বারী শারীরৈদা ভাব অমা পোকলকই অমসুং চান্দা তত্তনা থোরকখি ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্য; ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্য ধর্ম্মবু থোশানরকত্রবা নোংচুপকী সাহিত্য ইরৈদা মতমগী সাহিত্য চেস্থরিবনি। থাঙ্গেশেংবমক্তি হৌজিক ধর্ম্মগী জীবনা শক্তি অদু মাঙশিললক্লবনি। ধর্ম্মদি হৌজিক্তি মঙাল নত্রে ; মমিনি খোংজেল নত্রে; খোঙ্থাংনি। অরেপ্পা পাউখুম নত্রে ঃলোইবা নাইদ্রবা য়াহংনি। য়েংথিনবা অমসুং হাৎন চৈনবত্তনা থললবা ধর্ম্ম মীওইবগী থমোইবু থোশাদ্রবা ধর্ম্ম .পুন্সীবু অরুম্বা পোৎলুম ওইহল্লবা ধর্ম্ম অসিগী মমল কয়ানো ? মমল কয়ানো ?

শীতলজীৎকী ধর্ম্মদি অথুবা সাম্প্রদায়িক ভাবতা ফোংদোকপা ধর্ম্মগী মওং নত্তে। মীংথোল নাইনা শকওং লেপ্পা কাংবু থায়বা ধর্ম্ম নত্তে। পরমাত্মাগী সাগরদা তারগদৌরিবা জীবাত্মাগী ঈচেলগী অচুম্বা খোঙচৎ অদু ধর্ম্মনি। অসিগুম্বা ধর্ম্মনা সাহিত্যগা য়ুম্ফম ওইগদবনি। করিগীদমক হিংগদৌরিবনো ? শীতলজিৎনা থুম্নকনি জগৎ-হিতায় জগৎকী কাম্নবগীদমক। লোকসংগ্রহম্ সংসার অসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবগীদমক। পুন্সীগী পন্থংক্কম করিনো ? মোক্ষ অরানবা খুভম মুক্তি। শীতলজিৎনা ইংরাজীদা—We are all making pilgrim's progress towards that" ঐখোয় পুম্নমক মদোমদা তীর্থ যাত্রিক ওইরিবনি। সাহিত্যনসু লম্বেন অসিগী যাত্রিকশিংদা

মঙাল পীগদবনি, লম্বী তাক্নদবানি অমসুং পাঙ্গল হাপকদবনি। অচুম্বনি পুন্সীদি পিলগ্রিমস প্রোগ্রেসনি। ধর্ম ক্ষেত্রনি অমসুং কুরুক্ষেত্রনি।

অফবা লাইরিক কদায়বু কৌবগে? মীনকেতননা মৈতৈ উপন্যাসতা ইরি "মীওইবদা অনম অঙাল মশক তাকপা লাইরিকপু অফবা লাইরিক কৌই। শারমদা পোকপা মীওইববু লাইরম কারম তাকপা লাইরিকপু অফবা লাইরিক কৌই"। চুম্মম্বা য়াই। অচুম্বা অরুবদি লাইরমগী লম্বেল য়ামদ্র। শঙ্গারকপগী মতমদা অতংপা লৈতনা ওইরিবা মীওইবগী পুন্সীদা তামনা অঙাল মশক তাকপা ফনা লুই। ব্রাংলবা চৌংশাং পরেং অমসুং পাক্লবা অতিয়া ভিবদা বেদগী আর্য্যঋষিশিংগী থম্মোয়দগী তত্তনা থোরকপা ব্রাহং-কৈয়ে দেবায় হবিবা বিধেম করম্বা লাইদনো যজ্ঞগী ঘা কংকদোরিবসিবু? ব্রাহং অসি থম্মোয়দসু তত্তনা লাকই করম্বা লাইদনো? করম্বা লাইদনো?

মথক্কী সংজ্ঞা অসিগী মতুং ইন্নদি শীতলজিৎকী লাইরিক অয়াম্বা 'অফবা লাইরিক' ঙাক্কনি।

অচুম্বু সাহিত্য হায়বসি মরুওইবদি মীনস নত্তে এণ্ড নি, লম্বেন নত্তে, পম্বুংক্ষমনি সাহিত্যদা থিগদবদি অফবা নত্তে ফজবনি। কান্নবা নত্তে আনন্দনি। ফজবা থিবগী খোঙচংপু আর্ট কৌই, সুন্দরতাগী পুজারীবু শিল্পি কৌই। অফবা অমসুং কান্নবা থিবগী মওংনা নীতি শাস্ত্রনি, মোরেলিটিনি অনিমক অমতনি হায়বসু য়াই-মরুদদি সুন্দরম্সু শিবম্নি শিবম্সু সুন্দরম্ নি অনিমক আনন্দগী শকওংনি। মসিদি লাইরমলেনগী ব্রানি লাইরোম্নি। লাইরমলেন কৈরাক থাজ্রিবা মীওইবা ঐখোইগীদমক্তি সুন্দরম, অমসুং শিবম্ অনিমক তোঙানবনি লৌবনা ফগনি। শীতলজিৎকী লাইরিকশিংসি ফজবগী শরুকতগী অফবগী শরুক্কা হেল্লি।

অত্তংপা লৈতনা ওল্লকইবা সমাজনি। মতমগী সহিত্য মিংশেলদা। অনৌবা অমস্তুং অত্তকপা, অর্থীবা অমস্তুং ফজবা শকফম কয়া থোরকইবনি অমস্তুং মাঙখ্রিবনি। ব্রহ্মামক্না পোকত্তমদ্রবা মীওইবগী মপোক অসিদা থঙবা। ত্তমদ্রবা শক্তি কযা কয়ানা অঙকপগী মশক ফংনা শান্নরিবনি। শারমলেন মারমলেন অমস্তুং লাইরমলেনগী শক্তিশিংনা পুল্লবা মীওইবগী পুন্সীদা পুথোরকপগী লোইবা নাইদে! খম্বা নাইদ্রবা ঈফূৎনি। ময়াম অসিবু পুথোকতুনা উৎপ: অসি মতমগী সাহিত্যগী মহোৎনা অমনি। লম্ফাং য়াম্বা তাইবংনি মিংয়েং খায়বা পুন্সীনি।

শীতলাজৎকী সাহিত্য মিংয়েংদি শেংলে। ধর্ম্ম অধর্ম্মগী লম্বেন্নি। পাপপূন্যগী লম্বেন্নি। সত্যমেব জয়তে ওইরিবনি। ওইদবা য়াদে, ওইহন্দবা য়াদে।

মৈতৈ সাহিত্য চাওখৎননবা শীতজিংকী প্রস্তাব অমা লৈ। মসি ভারতকী মথম অয়াম্বদসু তৌনদে। লাইরিক ইরিবা পূন্ননমক অসি তিন্নতুনা এশোসিয়েসন অমা শেম্বা। মশা দি চামমুক্কী অশা তৌই। ময়ামতুনা পৈশা খরা খরা থায়নতুনা চহি খুদিংগী মথং মথং ওইনা লাইরিক খরা খরদং ফোংবা মচুম তৌরবদি অইবা মশা হেঙ্গৎকনি। কন্নমগী চোকথবা লৈবোই, লাইরিক মশা য়ামথৎলক্কনি। মসি মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী মালীশিংনা থাঙ্গৈশংনমক সিরিয়সলি খন্নবীবা য়াবা প্রস্তাব অমনি। পাঙথোকপা য়াগনি, ইমপ্র্যাকটিকেবল ওইরোই।

ৱারী শানদ্রিবৈগী মমাঙদা সমাজদগী লাপ্না চেম্থোকপা সাহিত্যিক অমা উনগনি নীংলমই। ঐহাক লাল্লমলে। শীতলজিৎ ময়ামবু মুংশি, ময়ামগী চংনরিবা মওং শঙই অমস্তুং ময়ামগী সেবা তত্তনা তৌনিংই। লম্বী অমদি লোরে—সাহিত্যগী লম্বা অমা পুন্সীগী লম্বী অমা ময়ামনা পাম্বীরে ফরে পাম্বীদরে অমাংবা নত্তে! স্বধর্ম্মে নিধনং শ্রেয় স্বধর্ম্মদা

শিবনা হেন্না কৈ। "লম্বেল পুম্নমক অমতদা চপ মান্ননা তিন্নরগনি" অসি ধর্ম্মগী অশেংবা লম্বেম্নি শীতলজিৎ কীম্ন অবেপ্পা বিশ্বাসনি।। সাহিত্যদস্ন মসিনি হায়না ঐঙোন্দা হয়খি।

মথক্তা শীতলজিৎকী অরেপ্পা লম্বী হাংথত্র ঐহাক লাল্লকপা য়াই। থাংগৈশেংনমক অরেপ্পা হায়বা য়াদ্রে। অরোইবা মিৎয়ং কৌবা য়াদ্রি সাহিত্যিক্কী খোঙচত্তি অসরোইদা পংথৌ ওইরে হায়নিংঙাই লৈতে। লোইবা নাইদ্রবা বিকাশ তত্নবা শক্তিরাকুবনি। বাংলাগী শরৎচন্দ্র অহনথংদা শাথিবা বিপ্লবী ওইরকই অমসুং লম্বাংনবকই। রবীন্দ্রনাথ—পুন্সী থাংমৈ মৎলমদাইদা অনৌবা মিৎয়েং থোরকই—মুংশি রাবী মুংশি কবিতা ইরকই অমসুং অরোইবা মীকুপকী শোরেংদা "নহাক্কী শুংশেমগী লম্বেনসে অডকপা নমথাক্কী জালনা কুপশিন্দুনা থমইদকো, ছলনাময়ী" হায়না ইরমই। শীতলজিৎ হৌজিক অহল ওইদ্রি; ইনবগী শক্তি মপুং ফানা লৈরি কনানা খঙগদগে—অতোপ্প সাহিত্যগী শকফম অমা, মৈতৈ সমাজগী অনৌবা এনালাইসীস অমা, মীওইবগী থম্মোইগী লোইবা নাইদ্রবা দ্বন্দগী শক্তম অমা পুথোরকপসু য়াই।

১৯৫২

# জিঃ সিঃ তোংব্রা

হন্দক এমঃ ডিঃ ইউনা দিল্লীদা মণিপুরী ড্রামাগী ফজরবা মশক অমা তাক্লবদগী হৌনা ভারতকী ড্রামা সভাদা মণিপুরী ড্রামাসু লেঙড্রবা আসন অমা ফংলবনি। লাইফদিবীগুম শেগায়রবা লুবাক মপুংদা লৈগদবা নত্রে। ফজরবা অতাংগুম মীয়াম মমাংদা লেপ্লবা তারবনি। অসিনা মণিপুরী পূম্নমক্না এখোয়গী লৈজরিবা অমসুং লৈজরম্বা ড্রামাগী মওং অসি খংবা তাই—য়াম্না চেকশিন্না, য়াম্না কুপথনা অমসুং মপুং ফাবা মীয়েংগা লোয়ননা। অসিগুম্বা মণিপুরী ড্রামা শকখঙবগী খোংচৎ অসিদা এপোয়না থেংনদবা য়াদবা, হুন্দোকপা ঙমদবা অমদি কনানো? জিঃ সিঃ তোংব্রা হায়না ময়ামদা উৎচরিব। শ্রীতোংব্রম গীতচন্দ্র সিংহ।

চহী কয়ামুক্কী মমাংদা জিঃ সিঃ তোংব্রানা চূড়াচান্দ হায় স্কুলগী কাচিন অমদা লোম্না থুপ্না লৈনখি—সেক্সপিয়ার, ইবসেন অমসুং বার্ণার্ড শো। অকোনবগী অসিনি গীতচন্দ্রনা য়াম্নমক হেক পামজবদি। জিঃ সিঃ হায়বা অসিমক জর্জ বার্ণার্ড শোগী জিঃ বিঃ এসঃ হায়বগী নমুনানি। থবাইনদি অতম খ্যানরকই-ফাগী তৌগনবা, কবেম্লগনবা চৎনরিবা সমাজগী তাৎপাৎ চঙদবা মীতা অমা ওইনা থর লৈরগদি পুথোরক্লে ড্রামা কয়ামুক সবজেক্ট জাং শুরে; কনাগী রাজনীতি, সমাজনীতি সাহিত্য পূম্নমক মহাক্কী ড্রামাদা য়াওরে। প্রেমভক্তি রসনা থল্লবা, শাবী-শানৌনী চুংশি-চুংঙন বারীনা হারবা মণিপুরী ড্রামা জনদমদা গীতচন্দ্রনা

লংশিল্লকই— ফাগী, করেম্নবা অমসুং বুদ্ধিনা তাশিন্দুনা শাগ্রবা অনৌবা ড্রামাগী বোম অমা। মুঙাইরবা মুর অমদা কুইনা উইহুবা লৈরম্নবা মণিপুরগী ড্রামা ভাবোকপু মীৎ থংপাং পাঙহল্লি। থরনা শাওই, থরনা নোকই, অকপ্পদি য়াওদে মাগী ড্রামা য়েংবদা। কপকদবা মী অমত্তং হায়রগা জি: সি: ভোংব্রা মশামক মহাক্কী বুদ্ধি অমসুং থম্মোইদা পাল্লিব; অদু মপূং ফানা কোংদোরবা, থাজহম্নবা লাক্কয়কপদা।

ভোংব্রাগী লীলা পূম্নমক কমেডিনি। অয়াম্বনা করেম্নবা লীলা ভাক্রনি: টলষ্টয়না হায়খি—বার্ণার্ড শোদি পুন্সীবু ফাগীদৌনা লৌই। শোনা খুমখি পুন্সী হায়বসি তশেংনমক ফাগীনি [ 'Life is indeed, a joke' ]। ভোংব্রাস্থ শোগুম্না হায়বা য়াই—পুন্সী অসি ফাগীনি। জি: সি: ভোংব্রাদি রাবা হৈনদে থম্মোই নৌথবা পামদে। নোকপা পামই সমাজগী ভৌনরিবা ঈরাংদা, মসুং মপানগী তিম্নবা য়াদবা ফিবম কয়ামুক্তা, শিংলে হায়না চৎচরিবা কয়াগী অপংবা ফিবমদা, ভাওরে লৌনরিবা কয়াগী অশিংবা মওংদা। মসিনি ভোংব্রাগী ফিলোসোফী গীতচন্দ্রগী মিৎয়েং। অদুগা মসিনি মহাক্কী ফাগীগী হৌরকফম। সমাজদা লৌনরিবা চৎনরিবা ময়াম—মুংশিনবা, য়ুমপানবা সমাজ সেবা তৌবা রাজনীতিনচিংবদা ময়াম্না পুনরিবা ভাবশিং অসি তৌশিল্লবনি, ভাংনি, ওইবা য়াবা নত্তে। অদুবু ময়ামসিনদি মহাকপু শাউহন্দে, নোক্লিংহল্লি। খোঙনা চৎলিবা ঐখোয়না কোক্লা চৎকে হোৎনরম্বা নিপা অমবু উবদা পোকফম থোকপা নোকনিংবা অদুগুম্না গীতচন্দ্রস্থ ময়াম্না তৌনরিবা অসি উবদা নোক্লিংলিবনি। মতাং অসিদি বার্ণার্ড শোগী প্রভাব গীতচন্দ্রদা ফনা য়াম্না তাই হায়বা য়াই।

অদুবু গীতচন্দ্রগী সবজেক্টতি মণিপুরী সমাজনি। ফনা হায়রুনস্থ মণিপুরী ড্রামাটিষ্ট অমা ওইগে হায়রবদি মণিপুরী সমাজবু মশক মুম্না শকখঙ-দবা য়াদে শো, সেক্সপিয়ারগী ফিজ্জী পায়কবা ভাক্তনা চৎনদে। অসিনা

হান্না ফজনা শান্তুনা লৈজরম্রবা মণিপুরী শুমাং লীলাগী লৈরাংশিং অসিগী মনমস্থু মহাক্কী ড্রামাদা ফজনা য়াওই। হায়নীংবদা হায়বা করেমননিংবদা করেমনবা শুমাং লীলাগী থাদোক্লবা য়াদ্রবা মণিপুরী ভাবোকনা থরাই তানা নোকচগ্রবা ফাগীগী মওং অদুম্ন গীতচন্দ্রনা মপুং ফানা শিজিন্নৈ। অদুবু মসিদি চুমনগা খুৎলায়নি ! শুমাং লীলানা য়ৌবা ওমদবা ভাব কয়ামুকপু ফোংদোকপসিনি তোংব্রানা মরুওইনা পান্নিবদি। চুম্নগী নোকহনবদ নত্তে, খঙহনবনি। খলহনবদস্থু নত্তে, মছুগী মতুংইন্না থবক পায়খৎহনবনি। হায়বদি সনাক্ষ সংস্কার তৌবনি। তম্নীবনি।

ঐখোয়না মুন্না খঙগদবা অমদি গীতচন্দ্রসি ব্রা, ডাওবা ফাগী তৌবা য়াম্না হৈ। অরোই অথম লৈতনা, য়ামনা মচং য়াওবা ব্রারী শাবা ওমই; মসিনি মাগী ড্রামাদা তওনা উৎলিবসি। বার্ণার্ড শো শুমনা য়াম্না য়াম্নমক ইন্টেলেকচুয়েল ওঙবা ওমদ্রবস্থু মহাক্না হায়নীংবা খরদি ফজনা পান্নহনবা ওমই। নোংথাংগুম্না ডান্থোকহনবা ভাব ব্রাহৈ ব্রাতা কয়ামুক ঐখোয়না তোয়ন মহাক্কী লীলাশিংদা থেংনৈ। অনৌবা ভাব কয়ামুক্লনা ঐখোইগী চেৎনা থনজরিবা ব্রাথল অমস্থুং ভাব কয়ামুক লৈডোইদা শাবা য়ুমগুম্ন কিস্থহল্লকই। অদুবু মুংডাইরিবদি ড্রামাদা য়াওরিবা কেরেক্টর [ চরিত্র ] শিংদুস্থু মখোয়গী অশোনবা, ওইদবা পুন্নমকতু মশা মশানা খঙজৈ। মসিননি গীতচন্দ্রগী ড্রামানা ভাবোকপু অভৎপা লৈতনা নোকহল্লিবা।

ড্রামাগী প্লোটতা চরিত্র চিত্রণ [ কেরেক্টরাইজেসন ] দা অমস্থুং চরিত্রশিংগী অন্তর্দ্বন্দদা তোংব্রানা মুন্না য়েংশিন্দে। মহাক্কী হায়ববু হায়দোকহল্লগা লোইরে Spontaneity is the thing। হায়ফম থোকপা থোক্তবা লৈতে, মতাংবু চারবদি কোক হেক্তা ফোংদোকহনবাময়াম্নু খঙহনবা, নোকহনবা নীংথৌগী ব্রাখলগী অমস্থুং থম্মোইগী হায়েন

পথাপ লৈবা চৌনদে। কেরেক্টর হায়ববু করিনো ? ঐনি। ঐনা হায়রিবসিনি। লিলাগী কেরেক্টরশিংনা মাগী মাগী মরোন্দা হায়গদবা নত্তে। ঐনা মথোয় অমমম ওইরগা হায়রিবনি মসিনি গীতচন্দ্রগী মত। অমসুং মসিদনি মহাকী ড্রামাগী লুরবা পরীক্ষা।

---

১৯৫৬

# শ্রীঅরবিন্দ

মীওইবগী থাদোকপা য়াত্রবা নিয়ম অমা লৈ। মতুদি মহাপুরুষশিংবু শকথণ্ডদে। খণ্ডল ফাওবদা মপূং ফানা ভশেংনা খণ্ডবা ঙমদে। অয়াম্বনা মানা মানা খণ্ডবা ঙম্বা শক্তিগী মতুংইন্না মহাপুরুষশিংগী শক তাকই। অসিনা যীশুখৃষ্ট মশীং য়ামই; বুদ্ধ মশীং য়ামই, কৃষ্ণ মশীং য়ামই। করি অমুক হায়গনি। মহাত্মা গান্ধী ফাওবা শকলোন কয়ামুক পুথোক্লরক্লে।

অমুক অরুবা অমনা মহাপুরুষশিংগী পুন্সীগী মরমদা ইবা য়াম্না লুই। চুমনগী লুবদা নত্তে ইঙম ঙমদে হায়বা য়াই। যোগীগুম্বগী পুন্সীদা, অবতারগুম্বগী পুন্সীদা, ঐখোয়না অনি থোক্লা য়েংবা তাই— মন্নুং অমম্নুং মপান, মপানগী খরদি খল্লাইনা মউগনি। মন্নুংগী শরুক্তি উবা ঙম্বা খরম্তনা পুথোকপা তাই। পুথোক্লফাওবদা উরবস্তু উদবা তারবস্তু তাদবা ময়াম্না শকখণ্ডদে। শেরাম্লনা অয়াম্বা লৌই। মরমদি মন্নুংগী মঙাল অতু উগে হায়রবদি অঙকপা শ্রদ্ধা চঙই; নোঙবা কোক চঙই; অকনবা তপস্যা চঙই—পুন্সী চুপ্পগী তপস্যা।

ঋষি অরবিন্দগী পুন্সীসু অতুগুম্বা অমনি। মহাক্কী পুন্সীগী রারী অমতং ইনবা হৌদোরকপদা মহাক্না খুমখি—"কনা অমতনা ঐহাক্কী পুন্সীগী মরমদা ইবা ঙমলোই। মরমদি মসি ময়াম্না উননবা, মপানগী শরুক্কা লৈতে"। থাঙ্গৈশেংনমক অচুম্বনি। ময়ামনা উরিবদি মহাক্কী

পোকপা শিবা অমস্থ' তৌরম্বা খবক খরতনি। তশেংনা পুন্সীগী মশক অদু থেংনগে হায়রবদি এখোয়স্থ মহাক্তৌনা সাধনাগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনবা তাই। মতুং ইন্নবা তাই অমস্থুং মহাক্না লমজিং লৌবা তাই।

শ্রীঅরবিন্দ ইংশোক ১৮৭১ গী আগষ্ট থাদা কলিকতা সহরদা পোকই। ময়াম্বা অনিগা লোয়ননা মহৈগীদমক চহি তরেৎ শুবদা ইংলণ্ডদা থাখি। ইংলণ্ডদা চহি তরামরি লৈরকই। মানচেষ্টরগী ইংরাজী পরিবার অমনা যোক্লদুনা অহানবদা লণ্ডন্দা ১৮৮৫ দা সেণ্টপালস স্কুলদা চঙই। অদুদগী বৃত্তিগা লোয়ননা কেম্বি্রজদা চহি অনি তমই। ১৮৯০ দা আই সি এসকী অফোংবা পরীক্ষাগী শরুক্তা পাস তৌই। অদুবু চায়েংবা মতম চহি অনিগী মতুংদা শগোলতোংবগী পরীক্ষাদা য়াওদদুনা সার্ভিস চঙবা য়াখিদে। মতম অসিদা বরোদাগী গায়েকবার অদু লণ্ডন্দা লৈরমই অমস্তুং অরবিন্দনা মহাক্না উনদুনা বরোদাগী সার্ভিসতা ফম অমা ফংহ ১৮৯৩ দা অরবিন্দ ইংলণ্ড থাদোকই।

বরোদাগী সর্ভিসতা শ্রীঅরবিন্দনা চহি ১৩ লৈরমই। অহানবদা রেভিন্যু ডিপার্টমেন্টতা মতুংদা ইংরাজাগী প্রোফেসার ওইনা। অমস্তুং কাইনথংদা বরোদা কলেজগী ভাইস প্রিন্সিপাল ওইনা। মতম অসি মহাক্কী আত্মাশিক্ষাগী অমস্তুং সাহিত্যগী খবক্তা অথোইবা মতমনি। ইংলণ্ডদা লৈরিঙৈদা অরবিন্দ ইয়ুরোপকী সংকৃতিগী মরমদা অওকপা জ্ঞান তানশিল্লি। গ্রীক, লাতিনগী অফাওব পণ্ডিত অমা ওইরকই। অওাং ওইরিঙৈদা মানচেষ্টারদা লৈরিঙৈদা ফরাসী লোন তম্লকই। মতুংদা পৃথিবী ফাওরবা গেটে অমস্থ দান্তেগী লাইরিক ফাওবা পাবা ওম্নবা জর্মন অমস্তুং ইটালী লোন খঙলকই। পুম্নমক অসি ইউরোপকী সংকৃতিগী জগত্তা থিজিনবতনি।

বরোদাদা লাক্লগা অরবিন্দনা সংকৃত তম্লে। অতৈ অতোপ্পা ভারতকী অথোইবা লোন খরস্থ খঙলে। হৌখ্রবা অমস্তুং হৌজিকমকী ওইরিবা

ভারতকী সভ্যতাগী তংশংবা ভাব অদু চুপশিনবা ঙমলে। মত্তাং অসিদা শ্রীঅরবিন্দগী শিক্ষা মপুং ফারে। নোংপোক নোংচুপ অনিমক মঙোন্দা তিল্লরে; গঙ্গা যমুনাগী অপূনবা ঈচেল ওইররে।

শ্রীঅরবিন্দনা ভারতকী রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা চহি ৮ লৈরমই ১৯০২ দগীনা ১৯১০ ফাওবা। বরোদাদা লৈরিঙৈদা অরোনবা রাজনীতিগী থবক তৌবা হৌখি—ফোংনা মপান্দা য়াওবা য়াদবা মরম্না। ১৯০৫ গী বেঙ্গল পাটিসনগী অকনবা অন্দোলনা মহাকপু বরোদাগী সার্ভিস থাদোকহল্লি অমসুং নৌনা লিংখৎলকপা বেঙ্গল নেসনেল কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইরে।

মতম অসিগী অহানবা শরুক্তা ভারতা স্বদেশী অন্দোলন হৌগৎলকুবা লায়ে লোন্না থুং: ময়াম খঙহন্দনা। মতুংদা মতম অদুগী ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী অতপ্পা খোংচৎকী নীতিদা পেন্দ্রদুনা কংগ্রেসকী মনুংদা লৈরিবা থবক য়াওশিনবা পার্টি নেসন্যালিষ্ট কাংবু, খরাইনদি এক্সট্রিমিষ্ট হায়না খঙনবা কাংবুদা য়াওই। অনৌবা পার্টি অসিগী মকোক্তা লোকমান্য তিলকপু ওইরম্লে কংগ্রেসকী ইতিহাসকী অথোইবা পন্দুপ অমা ওইখিবা মোডরেটশিংগা নেসন্যালিষ্টগা থেংনবা লান্দা অকনবা শরুক য়াই।

মোডরেটশিংনা ঔপনিবেশিক স্বায়ত্তসাসন পামই—অতপ্পা খোঙচত্তা চহি কয়ামুক্কী তুংদা। নেশন্যালিষ্ট পার্টিগী দাবীদা থীনদনা স্বরাজম অমসুং মদুগী মতুংইন্না সরকারগা মরী শুকলৈ লৈনদবগী পোলিসি। পূর্ণ অসহযোগ অমসুং মপানগী পোৎচৈ বয়কট অমসুং স্বদেশী পোৎচৈ শাবা অমসুং উৎসাহ পীবা কংগ্রেসপুসু লম্বী অসোমদা পুররুবা অরবিন্দনা কন্না হোৎনখি। 'বন্দেমাতরম' হায়বা নিত্তিগী চে অদুগী সম্পাদক ওই—চে অদুগী বাণী অদু ১৯০৭ তগীনা মহাক্কা জেলদা চঙজিবা কাওবগী মতম ১৯০৮ ফাওবা ভারতা শীনবা থুংনা য়েল্লি।

১৯০৭ তা রাজবিদ্রোহী অমনি হায়না মহাকপু কায় অমসুং মতুংদা থাদোকই। থবক শীনবা অইবা অমা ওইনা মসুংদা লৈরম্বদগী ফিবম্না য়ারক্লদুনা অরবিন্দনা বাঙ্গলাগী অখোইবা কংগ্রেসকী নেতা অমা ওই-রকই। ১৯০৭ তা সুরাটতা ফমখিবা নেসন্যালিষ্ট কনফেরেন্সকী সভাপতি ওই। অদুদা অকনবা দল অনি অসিগী খোংগায়নরকপা শক্তিনা কংগ্রেস মচোই মচোই কায়খি। ১৯০৮ দা অমুক মনাওনিপা বারীন্দ্রনা লুচিংবা বিপ্লবী দলগী মবীদা তৌবা আলিপুর ষড়যন্ত্রগী কেশতা মহাকপুসু চিংনদুনা ফায়। মতুংদা প্রমাণ মতিক চাবা ফংদদুনা থাদোকই।

আলিপুর জেলদা বিচার তৌরিবৈদগী লৈবা ওইনা চহি অমা লৈরুরগা ১৯০৯ দা থোরকই। থোরকপদা মহাকী পার্টিদি ফিবম য়াম্না ফত্তুনা লৈরম্নে—শক্তি য়াওরমদ্রে; নেতা লৈরমদ্রে অমসুং থবক অমত্তা পায়খৎপা ঙমলমদ্রে। অরবিন্দনা অমুক কম্না হোৎনদুনা ইংরাজী চে 'কর্ম্মযোগিন" অমসুং বাংলাগী চে "ধর্ম্ম" হায়বা অনি ফোঙই। অনিমক থাগী চে ঙাক্তনি। মমৈথংদা মাহাক্না পুখৎলক্লিবা আদর্শ অমসুং নীতি অদু ইনবা ঙমগদবা মতমদু জাতিগী ওইদ্রি হায়বা খঙলমই অমসুং ময়ামগী লমক্তিংবা অমা ওইরগদবদি মহাক নত্তে হায়বা তশেংনা খঙলকই।

আলিপুর জেলদা লৈরিবৈদা শ্রীঅরবিন্দনা থা তরানিথোই চুপ্না যোগগী সাধনা তৌখি অমসুং অধ্যাত্মিকী অঙকপা শক্তিনা মহাকপু অসুম অসুম ময়ামদগী থাপ্না কৌথোকপা হৌরক্লমই।

১৯১০ গী ফেব্রুয়ারী থাদা শ্রীঅরবিন্দনা চন্দ্রনগরগী অচিকপা মকম অমদা চঙশিনখি মতুংদা এপ্রিল থাগী হৌগৎলকপদা ফ্রেঞ্চ ইণ্ডিয়াগী মসুং চনবা পণ্ডিচেরী তাম্না চৎখিরমই। শ্রীঅরবিন্দনা বাঙ্গলা লৈবাক থাদোকপদি মতম চারগা অমুক ময়ামগী মরক্তা তিল্লগে হায়বগী রাখলদা থাদোকখিবনি অদুবু অধ্যাত্মিক ক্ষেত্রগী কল্লবা লানফমনা মহাকী

থরাই হকচাং পুম্নগী অকনবা তপস্যা দাবী তৌরমই। মতুংদদি রাজনীতিগা মরী লৈনদ্রে। ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী সভাপতিগী আসন হন্না হন্না লৌ হায়রফাওবদা লৌদ্রে। ময়ামদগী তুমিন্না পোত্থাখ্রে।

অচৌকপা সাধনাগী চহি মরিগী মতুংদা ১৯১৪ দা শ্রীঅরবিন্দনা 'আর্য্য' হায়বা দর্শনগী লইবা থাগী চে অমা ফোঙলকই। মহাক্কী অথোইবা লাইরিক অয়াম্ব খুদম ওইনা ইশা উপনিষদ, এসেজ ওন দি গীতা, লাইফ দিবাইন, সিনথেসিস ওফ দি যোগ অমসুং ফোঙদ্রিবা লাইরিক কয়াম্ব 'আর্য্যদা' মথং মথং হাপলকই। লাইরিকশিং অসি চুম্নগী বুদ্ধিনা ইবা নত্তে; যোগগী সাধনাদা ফাংলকপা মঙাল অদুনা কলমবু লমজৌংবনি। শ্রীঅরবিন্দগী অতৈ লাইরিকশিংনা তাক্লিবনা ভারতকী সভ্যতা অমসুং সংকৃতিগী মরমদা, বেদগী অশেংবা অর্থগী মরমদা, মীওইবা সমাজনা চাউখৎলকপগী মরমদা, কবিতাগী অশেংবা শকওং অমসুং বিকাশকী মরমদা অমসুং মীওইবগী জাতিনা অমুক্তং কন্না অমতা ওইনা লৈরনবগী শোয়ফদ্রবা মওংদা।

অহানবদা শ্রীঅরবিন্দনা শিন্য মরি মখোদগা লোয়ননা পণ্ডিচরীদা চীক্না সাধনা হৌগৎলি। মতুংদা মশাং অসুম য়ামখৎলকুনা পুন্সিগী লৈজবা পুম্ব থাদোক্লমতুনা মতুং ইল্লক্রবা সাধক কয়ামুক্কী পূন্না লৈবা য়াননবা মওং অম শিনবদা তারমই। মাসনা শ্রীঅরবিন্দ আশ্রমগী হৌরকপনি। থওইনা মসি লিংখৎলুবা নত্তে, ওইরক্লবা শেম্লুবা নত্তে। মশানা মতোমতা চাওখৎচরকপনি।

শ্রীঅরবিন্দগী আশ্রমদি ভারতকী অতৈ লৈরিবা আশ্রমশিংদগী তোঙানবা অমনি। অতৈ আশ্রমশিংদা ঐথোইন থেংনবা পূক্নিং অমসুং হকচাংবু য়ারিমথৈ লাকশিন্দুনা ফাজিনবগী মওং অদু লৈতে, সমাজগী থবক পুম্নমক অসিদা পাঙথোকই। মফম অসিদা কবি, পণ্ডিত, ঈশৈ

শকপা কলাকার, ফুরিৎতুবা, ইঞ্জিনিয়ার অসিনচিংবা কয়ানা সমাজগী থবক পুম্নমকপু চপমাম্নবা য়েংবা মিংয়েংগা লোয়নবা মাগী মাগী মথৌ তৌরি। তৌরকপা থবকশিংসু মাগী মাগী স্বভাবকী মতুং ইনবত্তনি; নমত্থনা তৌহনবা নত্তে। কবি ওইগে হোৎনরম্বা কয়াসু ফুরিৎ তুবগী থবক তৌরকপদা থোইনা ওককম লৈত্তে। থোকপমকসু অসুম্বা থোক্লিবনি।

আশ্রম অসিদা লৈরিবা চাউরাক্লা সাধক ৮৫০ মুক অসিগী অমত্তা ওইনা শান্তি অমসুং আনন্দগা লোয়ননা লৈননবা মওং অত্থুদি শ্রীঅরবিন্দগী করিসু খেন্নদে হায়না শ্রীঅরবিন্দ মশামক্না য়াববা আশ্রমগী সাধকশিংনা লাইগী শক্তি অমনি হায়না লৌববা শ্রীমানা শিল্লি। শ্রীমা ফ্রান্স লৈবাক্তা পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা দিব্যশক্তি অমনা লমজিংদুনা সংসারদা আত্মাগী পোৎথাকম কোইথি থিরকপদা মমৈথংদ' লাপ্লবা পণ্ডিচেরীগী আশ্রমদা শ্রীঅরবিন্দগা উনখি, আশ্রমগী থবক পুম্নমক শ্রীমানা শিল্লি। শ্রীঅরবিন্দদি মপান শুকথোক থোক্কে হায়বা য়াই। অথোইবা শিষ্য খর নত্তনা অতৈগা উনদে। চহি অমদা অহুম মবিরক্তুং মপান্দা থোরকই। আশ্রমগী সাধকশিংনা অমসুং থাপ্লবা কৈবাক্তুগী ফাওবা লাক্লুনা শ্রীঅরবিন্দগী দর্শণগীদমক থৌরাংতৌবা কয়া কযানা মতম খর অসিদা শ্রীঅরবিন্দবু মিৎনা উজবা ফংই।

আশ্রমদা অঙাংশিংগী স্কুল লৈ অঙাং অয়াম্বা সাধকশিংগী মচানি। অসিদা নিপা নুপী খুদিংমক য়ুমপানবগী মওংদা নত্তনা সাধক অমমম ওইনা লৈবা তাই। হকচাংগীদমক ওইনা হকচাং শাজেন ড্রিল চাং নাইনা তৌই। শামবা মখল মখাগী লৈ। ড্রামা, জগোই-নচিংবসু তৌই। নিতিগী অয়ুক্তা ময়াম পুম্নমক 'মার্চপাষ্ট' হায়দুনা মপান্দা পুম্না চত্তুনা শ্রীমাগী দর্শণ ফংজৈ। হন্দক্তসু জাতি পুম্নমক্না

লাকুম্না তম্লবা য়াবা শ্রীঅরবিন্দ ইন্টারনেশনেল ইউনিভর্সিটি অমা লিংথৎলে। অসিদা অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্কী ছাত্র লাকই ; ওঝা লাকই অমসুং মরু ওইনা আধ্যাত্মিক জগৎতা অশেংবা মঙাল থিরিবা কয়ানা পণ্ডিচেরীদা তত্তুনা থুংলৈ। মতম থরদং লৈনবগী লাকপা অতিথিশিংগীদমকসু য়াম্না ফজনা লাংই।

শ্রীঅরবিন্দদি সংসারবু ত্যাগ তৌরবা, সংসারবু মায়াগী মশক ওইনা মীনম্বনি হায়না লৌরবা সংসারদগী অতুপকী মতিক থুনা চৎথোকখিদুনা মুক্তি ফংবনা অথোইবা উদ্দেশ্য ওইরবা অতুগুম্বা সন্ন্যাসী নত্তে। মহাক্তি যোগীনি ঋষি অমনি। ভারতকী সভ্যতাগী আত্মাবু মন্নামদা পুথোক্লিবা ভারতকী সংকৃতিগী ইফুৎ ওইরবা বেদগী ৱাহৈবু অনৌবা অর্থগা লোয়নননা মপূং ফাহল্লিবা অতুগুম্বা ঋষি অমনি। পুন্সীবু লংশেকপা নত্তে তূক্কচনা। পুন্সীবু লৌশিনবনি মপূং ফাহন্নবা। লৈরিবা পুন্সী অসিবু লৌশিন্দুনা অমুক অনৌবা পুন্সী অমা শেমদুনা দিব্যজীবন অমা ওইহল্লকুবা হোৎনবনি।

মতাং অসিদনি শ্রীঅরবিন্দনা অতৈ ভারতকী চৎথরক্লিবা ধর্ম্মগী লম্বীদগী থেদোকখ্রবা। সংসার অসি পাপকী সংসার নত্তে। পূণ্যগী সংসারনি। মপুগী লীলা ফম্বাক্নি। অমম্বা জগৎ নত্তে, অমম-অঙানগী জগৎনি। অশেংবা মুক্তি হায়বসি অমুক পোক্লরোইদবা পোকপা শিবগী চক্রদগী নাম্থোকখ্রবা বুদ্ধগী "নির্বান" অতু নত্তে। শঙ্করাচার্য্যনা ভাক্লিবা ব্রহ্মদা তিনখ্রবা অতুগুম্বা জীবাত্মাগী ফিবম অতু নত্তে। লাইগী পুন্সী ওইরকপনি। অৱাংপা লৈতবা, অঙোবা য়াওদবা পোকপা শিবদগী নাম্থোকপা অতুগুম্বা পূর্ণ ওইরবা দিব্যজীবন অতুনি পুন্সীগী মুক্তি হায়বনু।

সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মনা অমম্বা জ্ঞানগী মশক লৌই। অমম্বা জ্ঞানদগী জড় লাকই জড়দগী হিনবা শক্তি প্রান লাকই। প্রানগী মতুংদগী

পুক্নীং লাকতুনা মীওইবগী পুন্সী ওইরকই। অমুক পুকনীংদগী হেন্না রাংবা অতি মানস সুপার-মাইণ্ড হায়বা অদু লাকনি। অসি ওসি লাকপস্তু য়াই; হয়েং লাকপস্তু য়াই; যুগ কয়াগী মতুংদা লাক-পস্তু য়াই। অদুবু লাকপদি শোয়দ্রে। মসি লাক্লবনি শ্রীঅরবিন্দনা হোৎনখ্রিবা অদু মদু লাক্লবতদা পুন্সী অসি দিব্যজীবন ওইরক্কনি অমস্তুং তত্তনা ফংগে হোৎনৱিবা আনন্দগী তশেংবা মঙালনা মীওইববু কুপশিল্লগনি।

অসিগুম্বা মপুং ফাবা পুন্সী অমা ওইরক্নবা হোৎনবদা শ্রীঅরবিন্দনা হকচাং, পুক্নীং অমস্তুং আত্মাগী সাধনাবু অমতা হন্দোকপা তৌদে। তৌবদবু পুম্নমক আত্মাগী অশেংবা মঙাল অমনা লমজিংগদবনি। ত্যাগ তৌগদবনি-পুম্নমক কৎথোক্কদবনি অমম অঙানবনা কুপশিল্লিবা ৱাখলগী লমজাং থাদোক্কদবনি। মসিনা শ্রীঅরবিন্দগী যোগগী লম্বেল্লি। আশ্রমগী সাধকশিংগী লম্বেল্লি। ময়ামগী নত্তে।

শ্রীঅরবিন্দবু যুগকী অবতার অমনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক্না পুন্সীগী অনৌবা অর্থ অমা পুথোরকই। বেদগী মাঙলুৱবা জ্ঞানবু অমুক ময়ামদা য়েনবীরকই। মহাকী লম্বেন্দা ভারত সভ্যতাগী শেংলবা মঙাল য়াওরে। মাগী খোঙচত্তা দিব্য জীবনগী শোয়ফত্রবা লমজাং য়াওরে। মীওইবগী শরুক পুম্নমকপু লৌশিল্লগা অমুক অনৌবা পুন্সী অমা, অনৌবা মীওইবগী সমাজ অমা, করম্না ওইহল্লকদগে হায়বদু শ্রীঅরবিন্দনা তাক্লি।

১৯৫০ গী ডিসেম্বরগী তারিখ ৫ দা শ্রীঅরবিন্দ লৈখিদ্রে। যুগাব-তারশিংদি ভারত্তা পোকপা ঐখোয়না শিদে হায়না লৌনৈ। চুম্নগী মপানগী হকচাং অসি হোৎবতনি; থাদোকপদনি। মখোইগী সাধনাদি লোইবা নাইদে; লেপ্পা লৈতে। ১৯৬০ গী ডিসেম্বরগী তারিখ ১৫ দা

আশ্রমগী অধিষ্ঠাত্রী দেবী শ্রীমানা আশ্রমগী সাধকশিংদা খঙহনখিঃ-
"ঐখোইবু মপানগী শকওংদা চময়হল্লোইদবনি। শ্রীঅরবিন্দনদি ঐখোইবু থাদোক্তে। শ্রীঅরবিন্দ অসিদা লৈ হায়গুম্না হিংনা অমসুং ঐখোইগী ইনাক্তা............"

শ্রীঅরবিন্দ শিদে। হোজিক ফাওবা লৈরি আশ্রমদা।

১৯৫৪

---

# খরাইরাকপম চাউবা

মৈতৈ সাহিত্য লাইরেম্বীনা খুত্তা কলম পায়দুনা পোম্বী চেক্লাগী ঈশৈ, লৈরাংশিংগী ফজবা মণিপুরগী থায়নগী রারী অমস্তুং থৌদোক্কী খোস্থাং অমস্তুং নৌরবা থম্মোইশিংদা সংসারগী অচুম্বা খোংচৎকী পাউতাক অসিনচিংবা পুন্নমক অসি গচ্ছদা অমস্তুং পচ্ছদা ফোংদোক্লক্লবদি অতৈ কনা ওইরোই—ঐখোইগী হন্দক্কা লৈখিদ্রবা খরাইরাকপম চাউবনি। মহাক্কা মৈতৈ সাহিত্যবু মশক অমা ওনহল্লকই। খোন্নোক অমা পীরকই। খোংচৎ অমা তাক্লকই। মহাক য়াওদনা মৈতৈ সাহিত্যগী মরমদা খনবা ওইথোক্কবনি। নোংঙাল্লমদাই অয়ুক্কী নিংথিজবা অদু প্রমান অমদা শিজিন্নগে হায়রবদি ঐখোয়না চাউবনা মৈতৈ সাহিত্যগী নোংঙাল্লমদাইগী ফজবা অদু পীবীরমই হায়বদা লাল্লোই।

চাউবনা মৈতৈ সাহিত্যদা থোরকপদি ধুমকেতুগী মওং নত্তে। অকনবা য়ুহারাহাবদৌনা মৈতৈগী থম্মোইবু অকিবা ফংনা নীকহল্লকপা নত্তে। ইপান থাদা মবুক থল্লবা তুরেলগী ঈচেলগুম্না চেম্থরকপনি। ছাত্রগী পুন্সিমু কনা হৌরকই। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মতৌগুম ছুটি চেন্নীংগনবা ছাত্রগী পুন্সি ওইরক্তে। ছাত্রগী মথংদা ওঝা। মতুংদা মতম পুন্নমক্কা অতৎপা লৈতনা থোরকপা রারেং শৈরেং। ঐখোয়না হৈনজগনবা লৈরাংলোমদা প্রমান তৌসি হায়রবসু চাউবগী সাহিত্যগী পুন্সি অসি মপুং কানা শাৎকাইরক্লবা লৈরাং থম্বালগী মওংনি। অয়েংবগী পুক্নিং

পেরৈ। পুখ্রিগী ফজবা হেক্সংহল্লি। চাউবগী গদ্য অমসুং পদ্যগী শিঙেল নাচোম উবদা ঐখোইদা তত্তনা অমদি ফাওগনি—মতুদি শান্তি। মিং-ফমদা শান্তি। রাখলদা শান্তি। শান্তি শান্তি।

মণিপুরদা বাংলা লোনগী ঈচেল কংথরকপা মতম্নি। বাংলাগী আনোক লৌথোক্তুনা ঐখোয়গী ঈরৈবাক্কী অরেপ্পা মচু অমসুং মওং খণ্ডনবা লাংতক্নরকই। য়াচঙবা মতমনি—অমম অঙাল শিন্নবা। মতম অসিদনি খরাইরাকপম চাউবা, হিজম অঙাহল, ডাক্তর কমল, অয়াম্বম দরেন্দ্রজিৎ, লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল, হরাইবম নবদ্বীপনচিংবা ময়াম্না য়েংখিবছ। মণিপুরগী হৌখ্রবা থৌদোকশিংদা, নীংথিজরবা চীংমুং মামুংদা, শংবান্নবা লৌবুক্কী ফজবদা, অত্তংপা লৈত্তনা চেল্লিবা তুরেলশিংদা কাউখ্রবা থৌশাবিখিদ্রবা আশা অমসুং রাখল কয়াদা—শন্না হায়রগা মৈতৈ জাতিগী পুন্সীগী ঈফুত্তা। ময়াম অসি মানা মানা ওম্বা মপুথোরকই। মীৎয়েং খেন্নবগী মতুং ইন্না পোৎশক্তি মথেরৈ। চাউবগীদি কলম্না বাংলাগী কলমনি। ইবনা মৈতৈরোন্দনি। প্রমাণ অমদা হায়রগা চাউবগী রাখল লৈরাংসি থেক্না খোয়মা জগোয় শাই। শাবনা মৈতৈ লৈকোন্দা। হুম্লকপা মুংশিংনা বাংলা সাহিত্য লোমদগী।

মতাং অসিদা ঐহাক্না খণ্ডহঞ্জনীংবা অনি লৈ। অমনা বাংলা সাহিত্যগী মৈতৈ সাহিত্যদা অচৌবা প্রভাব, অতোপ্পা অমনা ঐহাক্কী অলোচনা অসিগী মঙ্গ। বাংলাগী সাহিত্য, সাহিত্যদসু নত্তনা সংস্কৃতি অমসুং ধর্ম্মনা ঐখোয়গী রাখল অমসুং মীৎয়েংদা প্রভাব কয়ামুক পীবগে হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা মতাং অমনি। মসিগীদমক বাংলাগী লাইরিকশিংগা ঐখোয়গী লাইরিক কয়ামুকা চান্নতুনা থিবা তাই [মরু-ওইনা চাউবগী লাইরিকশিং]। চংনবী কয়ামুক য়েংনবা তাই। থাজনবা কয়ামুক চাংদম্নবা তাই। থাক্সেশেংনমক রিসার্চ তৌতুনা ডাক্তার উপাধি ফংনীংবা মৈতৈ মচাগী ফজরবা সবজেক্ট অমনি। অতোপ্পা

অমনা প্ৰমাণনা হাকমনবা ঐহাকী আলোচনাগী মহৌসিনি। মসি থওইনা হাপচিনবনি। আলোচনা অসিনা ইশাগী মীৎয়েং অমা উৎপদন্ন নত্তনা চাউবগী ৱাহয়গী খোম্মাং খরমু তাহল্লনীংই। ঐহাক্না তাকচ-রিবা ভদ্রলোক অসি প্ৰমাণ য়াম্না পামজৈ। ফজবা ৱাখল অমত্তং ফোংদোকপদা প্ৰমাণ য়াওদ্রবদি হৈনদবগুম তৌই। অদুবু মহাক্না? ঐখোয়মুনি। ঐখোয়গী সাহিত্যিকশিংমুনি। ঐখোয় মৈতৈ পুন্নমকমুনি। "ৱা অমত্তং হায়বদা প্ৰমাণ অমগা" হায়দুনা 'খুত্তামচানা লঙনবা "মনাও ইবুংঙো" হায়বদু ঐখোয় পুন্নমকমু ওইৱিবনি।

ঐখোই অয়াম্বনা খৱাইৱাকপম চাউববু কবিনি হায়নৈ। কবি কদাইবু কৌবগে? পাউথুম অসি স্কুলগী ছাত্ৰশিংনা চীনকা পুননবগী-দমক্তি অম অম হেক মহায়বা য়াই। থাজৈশেংনমক অৱেপ্পা সংজ্ঞা পীবা তাৱবদি পীদবনা খৱাইদগী অশিংবা ওইগনি। বিজ্ঞান্দদি সংজ্ঞা পীবা লায়; পীদবমু য়াদে। সাহিত্যগী লমদদি সংজ্ঞা পীবা য়াম্না লুই; অয়াম্বদমু ওইখোক্তবনি। মৱমদি থম্মোইগী ঈচেল হায়বসিদি হৌকমদি মত্তিন্নৱম্বা য়াই। ঈচেনদি তোঙাল তোঙাল্লি। ঈৱোং ফাংনা চেল্লি। অদুগী মথক্তা যুগকী যুগ ওল্লকপা মীৎয়েং অমমুং ৱাখলমু লৈৱি। হিমালয় চীংজাওগুমনা অসিমদি মতম চুপ্পা লেঙলৱোই হায়বা সাহি-ত্যগী মওং লৈতে। মীৎয়েং লৈতে। 'নানা মুনি নানা মত' হায়বদুনি। "খজৎপা শৈৱেং" গী ৱাহৌদোক্তা ৱণবীৱনা কবিতাগী মৱমদা হায়গদৌবমখৈ হায়ৱরগা গণতান্ত্ৰিক যুগনি হায়দুনা কবিতা হায়বসিদি য়ামদ্রবদা কুইনা নীংশিংবা ৱা-হায়-বুনি [ Poetry is memorable speech ] হায়দুনা লোইশিল্লি! গণতন্ত্ৰদা য়াম্না থাজবা ঐখোইগী পণ্ডিত ৱণবীৱগী মতসি লৌবীনিংবা কাংবুনা লৌবীবা য়াই। ঐহাক-কীদি অসিনি হায়দুনা ইশা ইশানা খজবমু য়াই। লৈকোন্দা লৈৱাং ময়াম শাৎপদা থৱাইনা তাবা অমত্তং হেকপবু কনানা কৱি হায়ৱগ-দগে? মসিমমু সাহিত্যদা গণতান্ত্ৰিক মীৎয়েং অমনি।

'ৰাখলগী ঈচেল' দা চাউবনা হায়খি—"কৱি হায়বসিদি ধ্যান তৌরিবা মুনি নত্রগা লাইতোংলবা মাইবীগুম্বনি"। সংজ্ঞা অসিমক লৌরগম্ব চাউবগী শৈরেংদা ধ্যান তৌরিবা মুনিগী ৰাখলগী ঈপোম্না পুক্নীং থ্‌মহংনখিবগী ঈঙ্গিং উদে লাই তোংলবী মাইবীগী চোইরোল অমম্বুং অঙাউবগী খুদম উদে। শৈরেং পূম্নমক ইচেল তপ্পবা নম্বুল তুরেলগুম্বনি। ৰাহয় ৰাতা ফজে। অনৌবা ফজবা য়াম্না য়াওই। পাবদা থম্মোই ঈংই। ৰাখলদা নুংঙাইবা পোকই। সাহিত্যগী লাই-গুরুশিংনা তাকপীরম্বা না-পু তাবা মাম্নতনবা, ছন্দগী মওং থক থুগায়হনা ইদে। প্রমাণ অমদা চাউবসি চন্দোন চবা থিন্দুনা ফিশেং শেত্তুনা কবিতাগী দেবাদা পুক্নীং চেৎনা খুকুমজবা ভক্ত অমনি। আসনা চাউবগী মত-তা চাউবসি কবিমক্তি নত্তে—কবিগুম্বা মীশক অমনি। অসিমকপু মহাকসি কবিনি হায়বদা থোইনা লাম্লোই। মরমদি মহাক্কী চুম্নগী কবিতা ইরম্বদা নত্তে। তত্তনা নীংশিংবা য়াবা শৈরেং কয়ামুকম্ব থনমই।

চাউবগী থাঙ্গৈশেংবা অকনবা খুৎলাইদি গদ্যনি। মহাক্কী ঐতিহাসিক উপন্যাসশিং অমম্বুং ৰারেং কয়ামুক পাবদা ঐখোয়না মতম অমগী বাংলাগী সাহিত্যরথী বঙ্কিমচন্দ্র অমম্বুং কালিপ্রসন্ন-নচিংবগী অইবশিংহু মহাক্না চুম্নগী লৌশিনবদা নত্তনা চুশিন্নবা ফাওবা ওন্নে হায়বসি থওগনি। মহাক্কী ৰারেংগী লাইরিক ময়ামসি মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা বাংলাগী সাহিত্য লৈহাও হাপ্তুনা শাংলকপা লৈরাংনি হায়বা য়াই। চাউবগী লাইরিকশিংনা ঐখোয়দা হৌপ্রবা মণিপুরগী মঙাল পুরকই। খোম্বাং তাহল্লি। থম্মোইদা শিংলিদা নুংঙাইবা অমম্বুং শিবা ফিদবা থৌনা পোকহল্লি। মহাক্কী অথম্নবা রচনাশিংনা পুন্সীগী অথুপ্পা কয়া ফোংদোকই। মীওইবগী লম্বেন তাকই অমম্বুং মক ওইনা মণিপুরগী নহারোলশিংদা থৌনা অমম্বুং লৌশিং পীনবা হোৎনবনা মহাক্কী অথোইবা লাইনীংগী মওংনি।

লাইরিকশিংগী মহ্যাদদি অসিমত্তদি হায়রা অতৎপা লৈতনা শোল্লবা লাইরিক য়াওদে। তৌজিক্কী শাবী শানৌশিংন ভক্তনা পানবা অমস্তুং শীজিন্নবা অমস্তং চৌনবা পুননা "মাধবী" অমুং লাইরিক য়াওদে। প্রকৃতিগী দৃশ্য নাংথক্কনা ফোংদোকই। কবি কবিংঅম্বা মতাংদা লাইয়েকপগা ভুরিনা ফোংদোকপা অদুং শক্তি ফাওবা য়ৌরকই। অদুবু প্রকৃতিগী পূজারদি নত্তে। কবি মতমগী প্রকৃতিগী মীওইবগী থম্মোইগা অতৎপা লৈক্কনা তিন্নহনদুনা অমত্তা ওইহনবা ফাওবা ওম্বগী শক্তি অদু মতাক্কা ফোংদোকপা য়ৌরদে। মীওইবগী থম্মোইবুদি মথওই। অদুনা থম্মোইগী অন্দা চৈথক্কচিংপাংদা ভক্তনা শান্নবদি চাউবগী শক্তি রাংমদনি। চাউবনা অভুবদা থংপা অমসুং ফোংদোকপদা য়ৌবা ওমদবা হীরম অমা লৈ। মদুদি যুবক যুবতী শিংগী প্রেম।

লাঙ্গেররবা মতৌ সাহিত্যনি। অদুবু ঐখোয়গী লেখক অয়াম্বসি শৈরেংদা নম্না হৈনৈ। নংথিজব রাবেং তাবদা হুংঙাইবা, য়েংবদা ফজবা রাবেং ইবা কয়া হৈনগনে। ডাক্তর কমলগী, "মাধবী" বুদি তোপ তোপ্পা অমনি। গদ্যগী ফিজেত্তা শেমজাপা কবতানি। "মাধবী" না ময়ামগী থম্মোইদা থমবা লৈতনা য়েংপদি কবিতাগী শরুক্কনি। মায়কৈ অসোমদা হরাইরাকপম চাউবগী গদ্যগী টাইল শীংথানকমনি। মহাক্কীসু তোপ তোপ্পা মদু লৈ। মীনফোংনগী ওয়াংগোই পরেংশিবা গদ্য নত্তে। শীতলজাংকা পুংগে ফিনেক লেপপ গদ্যসু নত্তে। ইংঙা থাগী নেম্না পাইবিবা নোংজম্না, ইচেল অপুবী লুঙ্গল তু রনগুম্না, থেকখোইনা চৎলিবা কাংভগা খোংথাংগুম্না চাউবগী গদ্যগী খোংচৎ অসি য়াম্না লেম্না চংলি। লুরবা রাখল কয়া, ফোংদোকপদা রারব থম্মোইগী ঈঙ্গিৎ কয়া মহাক্কী গদ্যনা ইবায় লায়না পুই। চাউবগী লাইরিকশিংসি ঐখোইনা অমুক পাবা তাই। হন্না হন্না পাবা তাই। মহাকতৌন ইনবা নত্তে। মতৌ তম্নবসু নত্তে। মহাক্কী চৈংলেম্বা গদ্যগী মশক্তু খণ্ডননবা ভাব চঙলবা রাখলগী লুরবা জগোয় অদু উননবা।

চাউবা হায়না ইবা হেক হৌরকপদা খঙহৌদনা কলমদা 'ওঝা' হায়বা অসি তত্তুনা লাকই। অদুদা ঐহাক্না ওঝানা ময়ামগী ওঝা ওইবা য়াদবনিনা অদুম লোতুনা থমজবনি। অদুবু পুন্সীগী অথোইবা শরুক পুম্নমক ওঝা ওইবদা লেনখ্রবা, ঐখোয় নহারোল অয়াম্ববু তম্বীরকপা চাউববু ঐখোয়না ওঝা চাউবা হায়বদা কয়ামুক কায়রগদগে? ছাত্রশিংবু মচাশিংগা চপ মান্ননা নীংবা ওম্বা ওঝানি। য়াম্না হৌনবী খঙবা, পুকচেলতপ্পা, উহয়না থল্লবা উপালঙুমনা মরু লুকপা নৌরবা গুণ কয়ামুক্না তিনবা অদুগুম্বা ওঝানি। অহিংসাগী শকফম [Non-violent face] কক হায়বা লৈরমগদ্রা খঙজদে। লৈরবদি মদু ওঝা চাওবগী শকফমনি। খরাইরম্বন কৈখেল ময়াইদা উরিপোক শোরোক্পী চিদাইদা মতমলৈবখিবিক্তা লু-লুকথদুনা তপ্পা চৎপা ওঝাগী শাক্তু ঐহাক্না শং শং উরি।

ওঝাগী ইন্দক অহানবা অকনবা অনাবদগী ফগংলকপদা মুংঙাই-জদুনা চিঠি অমদা ইজখি। "ওঝাদি হৌজিকককা নাবা য়াবা পোৎ নত্তে। ওঝানা চহি চাম য়ৌনা পুন্সিবা হায়বসি মৈতৈ সাহিত্যগী অকনবা দাবীনি।" অদুগা লোয়নননা বাংলাগী লাইরিক "শেষ লেখা" হায়বা অমসু পীজখি। বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী পুন্সী থাউমৈ মুৎলমদাইদা ইরম্বা অরোইবা কবিতা মচা কয়ামরুমগী নাচোম অমনি। ঐহাক্না আশানা—নাবা ফগংলকপদা অমৃতগুমনা শেংলবা কবিতাশিংদুনা ওঝাগী রারবা থম্মোইদা শান্তি পীসনু। অদুবু ওস্লোকপনি! রবীন্দ্র-নাথক্না অরোইবা শৈরেং পাবগা লোয়নননা ঈশ্বর হায়বা অথোইবা কবি অদুনা লেংলক্লিবা ওঝাগী পুন্সী শৈরেংসু মতাং অসিদা লোইখ্রে। খঙহৌদনা পাউ তারে—খরাইরাকপম চাউবা লৈত্রে, ওঝা চাউবা লৈত্রে।

১৯৫১

# শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস

## ( ১ )

"ঈশ্বর উবীরবরা ?" যুগ যুগ কয়াগী বাহংনি। লোইবা নাইদ্রবা প্রশ্ননি।

"হোয়, ঐহাক ঈশ্বর উরে। ইমাংদা নহাকপু উরিবা অস্মুমনা মহাকপু উরে। থরজুন হেন্না য়োঁশিনবা ভাবতা ঐহাক্তি উই নঙোন্দা উৎপস্মু ঙমগনি।" কয়াদা ঈচং থোৌনা খুমখ্রবা !

হংলিবা নিপা অসি নরেন্দ্রনাথনি। জগৎ শীনবা থুংনা ফাঙরবা পৃথিবীগী ধর্ম্ম সভাদা ভারতপু শক তাক্লবা মহাপুরুষ-স্বামী বিবেকানন্দ। খুমলিবা অসিনা কনানো ? যুগকী অবতার ভগবান শ্রীরামকৃষ্ণ।

শোক ১৮৩৬ কী ফেব্রুবারী তাং ১৭ ব্রহ্মমুহূর্ত্ত। হুগলী জেলাগী কামারপুকুর খুঙ্গংদা গদাধর পোকই। ধর্ম্ম লৈরবা মপা খুদিরাম চট্টোপধ্যায় পূণ্য চেল্লবী মমানা চন্দ্রণিদেবী।

চহি ৫ দা পাঠশালা। লাইরিক্তা পূক্নীং চঙদ্রে! খুনগী চিদাইদা হৈনৌ মখোঙদা ফমতুনা থুম্নবা খোঞ্জেলদা শকই—রাখাল কৃষ্ণগী শঞ্জেন ঈশৈ। চহী ১০ শুবদা যাত্রা পাটি অমদা 'শিব' শাই। খঙহোদনা মিত্তগী পি, চপ লেপ্তুনা জ্ঞান মাঙখিহুনা সমাধি—মহাদেবগী ভাব। ভাবোক্না মখোঙদা তুখি ভক্তিগা লোয়ননা।

কাম্নদ্রে মসিনদি মী ওইররোই। ময়াম্বনা কলিকাতাদা পুবীরক্রে। দক্ষিণেশ্বরগী কালী মন্দিরদা কলিমাইগী সেবা চৎহল্লে। অহানবদা বিষ্ণুগী সেবারী। মথংদা কালী ভক্ত।

তৌরিবসিবু করিনো ? মুত্ত অসিবু চুম্নগী মুংলা নত্রগা থাঙ্গৈশেংবা জগৎমাতারা ? গদাধরনা চিংনবা হংখি—অতৎপা লৈতবা। মুমিৎ শীংবুম কয়ানি; লোইদাম থাবুম কয়ানি। ইমা! নহাকপু অসিদা লৈত্রা ? নংদি মফম পুম্নমক্তা লৈ হায়বদাই ? ঐনা উত্রিবা অসিদি করিগীনো ? নহাকনা জগৎকী মাতা ওইরবদি ঐহাক্তি নচা নত্রবরা ? লাইরিক হৈজদে, শাস্ত্র খঙজদে। তাকপিয়ুনে ইমা ঐঙোন্দা ! অশেংবা, অরেপ্পা।

ময়ামনা খন্নরে। গদাধর ঙাওরে—ওহোকপনিদা নহা অসি! পাগ্লইদা।

ইমা! ঐঙোন্দা নন্নো অৎ উংল্লবদি ঐহাকতি আত্মাঘাত তৌরনি—। মফম অসিনক্তদা হৌজিকনক। পাড় পায়খংলে ওবশম য়োরকলে। খঙহৌদনা থাদগ্রে থাড় নিংকী পি মরিক মরিক্কা লোয়ননা জ্ঞান মাঙখ্রবা হায়খ্রে। জগৎমাতান মুত্তি ওইনা মমাংদা লেপ্লরে। বর পীরম্নগা কালাগী মুত্তি লোইশিনখ্রে মসিনা অহানবা সাধনানি—ঈশ্বর উনবনি মতুংদা অতিং থংখিল তত্তনা জগৎ মতাগী মুত্তি অসি গদাধরনা উখি অহানবগী মতোংগুম্না :

ব্রাহ্মণ ওইবসি অপনবা ওইরে হাই শিংপা হরিজন অমগী য়ুমদা চঙই। নৌরবা মথংনা চোংবা কোক্কী শম্না মোৎলবা পোঙজাও অচু তৈথোকই। অহংকার জয় তৌরে। নাপল মাঙখ্রে। মসিমসু সাধনাগী মওংনি

মথুৎ নামদা সনা, নামদ লেপাক। মাটি টাকা টাকা মাটি। অনিমক তুরেন্দা লংথখি অনিমক চপমান্নখ্রে। মতুংদদি সনা লুপা শম্নবা য়াদ্রে। অওকপা সাধনা মওংনি।

নোংমা মহাকপু ওক্রবী মুপী অমগী ময়মদা পুশিল্লি। পরীক্ষাগী-দমকনি। ঐগী ইমা দেবানা ইমাংদা ওক্রবী মুপীগী মশক লৌছনা লেপ্পীরে। মুপীত্বু খুরুমই—ভক্তি কংলি। মতুংদা সমাধি। মুপী পুম্নমক্কী মফমদা লৈরিবা দৈবীশক্তি—"ইমা" অত্তু থেংনখি। মুপী পুম্নমক ইমানি!

ওন্থোক্লা য়ামখ্রেদা ধর্ম্ম ময়ামসি, সম্প্রদায় ময়ামসি। পুম্নমক অসি মথং মথং য়েংগে কনি ফংগে? করম্বনা অশেংবনো? তান্ত্রিক সাধনা হৌগংলে। দৈবী শক্তি উনখ্রে। খর লৈরগা ব্রহ্মচারিনী ভৈরবীগী মফমদগী বৈষ্ণব সাধনা মহাভাব, রাধাভাব বৃন্দাবনগী শ্রীমতি রাধিকাগী মফমদা পোকখিব: নদিয়াগী শ্রী:গৌরাঙ্গগী মফমদা ওইখিবা।

খরা লৈরগা থেংনরে—জ্ঞানযোগী তোতাপুরী। মঙোন্দা দীক্ষা পী--মিংথোনখি রামকৃষ্ণ পরমহংস। মঙোন্দগী তমই—অদ্বৈতগী সাধনা। মুমিং ৩ নিদা ফংই সচ্চিদানন্দদা থুম্বা নির্বিকল্প সমাধি। ইয়েক্যা দৈবী মায়া! তোতাপুরীগী ওকপা থেংখ্রে। ঐহাক্লা চহি নিফু চঙনা হোৎনবা। রামকৃষ্ণনা মুমিং হুম্নিদা!

মুসলমান ফকির উনরে—গোবিন্দ রায়। আল্লা লাউই, নামাজ মুত্তীগী থী, পাঙনগী ফিজেৎ শেৎলি। ঙাওরব্রা রামকৃষ্ণসিবু? ময়াম্না ঙক্লখি। মুমিং ৩ নিদা আল্লা শকথঙখি। মতুংদা খৃষ্টিয়ানগী ভাবতা থেংনখি—হকচাং পুম্বা দিব্য জ্যোতি, ফজরবা শকফম—যীশু। ঐহাক্না যীশুগা অমত্তনি।

শ্রীরামকৃষ্ণনা পুথোকখি। ধর্ম্ম পুম্নমক মশক্তা থেম্নবত্তনি। মমুংদদি অমত্তনি। লম্বী তোঙান তোঙানবত্তনি। পম্থুংফমদি অমত্তনি। তোঙান তোঙানবা তুরেননি—তারুগদবদি অমতা ওইবা সমুদ্র। মচু মচুগী

শরবীনি—থোবকপা মখোমদি অমত্তনি। ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মীশিংনা মঙোন্দা ভক্তি কৎলি। পাণ্ডনশিংনা, বৌদ্ধশিংনা, গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা, কালীগী ভক্তশিংনা, কৃষ্ণ নীংবশিংনা, শৈবশিংনা, শিখশিংনা—পুম্নমকনা মহাকপু লৌই মহাপুরুষ ওইনা, অবতার ওইনা। রাম ওইরম্বহ্রু কৃষ্ণ ওইরম্বহ্রু হৌজিক্তি ভক্তশিংগীদমক্তা রামকৃষ্ণ ওইনা অবতার তৌরকলে—মশামক্তা নোংমা খঙহৌদনা হায়দোকখি।

শোক ১৮৮৬ আগষ্টকী তাং ১৫ নোংমাইজিং অরোইবা সুমিংনি। সমাধিগী মতম নত্তে সন্ন্যাসীসা! হৌগৎলু! নিপা থোকউ। সংসার অসি নখোইগী কর্ম্মভূমিনি। পুম্নমক্তা ঈশ্বর লৈ। জীবগী সেবা তৌ। সেবা, সেবা, লায়রবা অনংবা কয়াগী সেবা, দরিদ্রনারায়ণগী সেবা। মতুংদা ওইরকই রামকৃষ্ণ মিসন ভারততা বর্ম্মাদা, শিঙ্গাপুরদা, অষ্ট্রেলিয়াদা, কানাডাদা, আমেরিকাদা ইংলণ্ডদা, ফ্রান্সতা পৃথিবী শীনবা থুংনা।

মহাত্মা গান্ধীনা হায়খি রামকৃষ্ণ পরমহংগী পুন্সীসি থবক ওইনা উৎপা ধর্ম্মগী ৱারীনি মহাক্কী পুন্সীনা ঐখোইবু ঈশ্বর মায়োকনবা ঙমহল্লি। ( His life enables us to see God face to face. )

স্বামী বিবেকানন্দনা হায়খি। শঙ্করচার্য্যগী মফমদা বুদ্ধি, শ্রীচৈতন্য দেবগী মফমদা থম্মোই। বুদ্ধি অমসুং থম্মোইগী অপুনবদি শ্রীরামকৃষ্ণগী মফমদা। থাঙ্গেশেংনমক শ্রীরামকৃষ্ণদি অবতারনি। পরম পুরুষনি।

১৯৫৪

---

# শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস

## ( ২ )

নোংপোক নোংচুপ পূম্নমকনা খঙনখ্রবা ভারতকি স্বামী বিবেকানন্দনি। পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তা শানথুংনা লৈরিবা রামকৃষ্ণ মিশননি। মীওইবা জাতিগী সেবাদা পৃথিবীগী শীংখানবা য়ারিবা ধর্ম্মগী সংস্থান শিংগী মরক্তা আখোইবা ওইরিবা—রামকৃষ্ণ মিশন। জাতি বর্ণভেদ লৈতবা, ধর্ম্ম পূম্নমকপু য়াবা, সংসাবদা ময়ুম ওইববা অদুগুম্বা লম্বোইবা কয়ামুক্তা দরিদ্রনারায়ণগী সেবাদা শরুক কংলবা অদুগুম্বা সংস্থান—রামকৃষ্ণ মিশননি।

অদুবু পাক্কবা ঈচেল অসিগী তৌফমদি কদায়দনো? মরুদি কনানো? লাইরিক ময়েক মৃন্না খঙদবা বাংলা দেশকি লাইরব্রবা ইমুং অমদা পোকখিবা ব্রাহ্মণ--গদাধর। মমৈথংদা জগৎনা খঙনরকই—পরম পুরুষ শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস।

অঙাং ওইরিঙৈদগী অদুম ওইরকই—কালী প্রেমদা পাগল। অদুদগি তৌরকই যোগগী সাধন পূম্নমক। হেংলকই ধর্ম্মগি লম্বী পূম্নমক। লোইশিল্লি তন্ত্রগি সাধন ওইরকই তান্ত্রিক। মথংদা পায়খৎলি--বৈষ্ণব সাধনা। উৎলকই বাৎসল্য ভাব অমসুং মাধুর ভাব। মথং মথং লৌখৎলি সন্ন্যাস অদুদগি ইসলাম ধর্ম্ম অমসুং ইরোই লোইবদা খৃষ্টান ধর্ম্ম। করি কংলকপগে?

সর্ব্ব ধর্ম্ম সমন্বয়—ধর্ম্ম পুম্নমকসি লোইনা চুমই। লমথুংকমদি অমতনি। থেন্নরিবসি হৌফম অমম্বং লম্বেলনি। তোঙান তোঙানবা তুরেলনি—হৌফম থেন্নবা ঈচেল মান্নদবা। অদুবু তাররিবদি অমতদনি—সমুদ্র। তোঙান তোঙানবা শনবীনি—অমুবী, অঙাংবী, য়োংমানবী। মখোমদি অমতনি- অঙৌবা শঙ্গোম।

মসিদা তাকনবা পোকলকপনি শ্রীরামকৃষ্ণ। মীপোক নত্তে লাই-পোকনি। মীনা লাই ওইখিবা নত্তে। লাইনা মীগী রূপ লৌদুনা পোকপনি। যুগকি অবতার অমনি।

শ্রীরামকৃষ্ণগী দেহ ত্যাগকি মতমনি। নাক্তা লৈরিবা স্বামী বিবেকানন্দগী পুক্লিংদা চিংনবা অমতং পোকখি চপ চাবা কনা ওইরিগবা প্রভূসিবু ? অসিমতং অরেপ্পা খঙহল্লমলবদি।

খঙহৌদনা হায়দোরকই শ্রীরামকৃষ্ণনা। ত্রেতাগী রাম, দ্বাপরগি কৃষ্ণ অনি অদুনা চঙলকপনি দেহ অসিদা রাম কৃষ্ণ ওইনা। বিবেকানন্দ ঈকায়বনা মরু লুকথখি।

হায়দোরকপা পুম্নমক য়ামনা চমই ; প্রমান ডাকতা ওই। পোং শক অমতং তাকলকপদা অরুবা ব্রাহ্ময় শিজিন্নদে পণ্ডিতশিংদোনা চন্না হেক্তা হায়দোরকই ব্রারি মচা অমা প্রমাণ তমা। অদুদগি অমুকন্থু মথং মথং। লুপ্তবা তত্ত্ব দু লায়না পুথোকই।

অমথক্তং য়েংসি ব্রাখল য়াম্না থম্বা বিচারগী মরমদা। হায়রকই শ্রীরামকৃষ্ণনা "ঐ চিনি ওইবা পামদে; চিনি চাবা পামই। কদৌ-ডৈদন্থু হায়নিংদে ঐহাক ব্রাহ্মণ। ঐদি হায়রিবসিনি নহাক্না ভগবান্নি ঐনা মনাই। নহাক্কি নাম গুণ গান তৌবসিতনি ঐহাক্না পামজবা।" অমুকন্থু হেন্না লায়বা ব্রাহৈদা "বিচার হাকমল্লবদি লোইনা মাঙই।

পুথিগী ঈশিংসি মথক খজিক্তং হায়দোকউ অরুবা ঈশিং কংগনি। অা মসুং য়ৌনা থুং ওৎলু অনৈবা ঈশিং থকনি।" অমুকস্তু "ৱিচারনা লোইখিবা মফমদো ব্রহ্মজ্ঞানগি হৌফমনি।" অদুদগি প্রমাণ মওং অমদা "কর্পূর নৈ থারবদি চাক্তুনা তোকখি; মথি অমফাওবা তাহৌ-রোই।" ..... প্রমান অমদা বিচারবু লেপ্লবদি দর্শন উবা। মদুদদি রা লেপথরে। থিয়েটর হোল মসুংদা রারি কয়া শানৈ লোইবা নাইদবা। পর্দা হেক হায়দোকশীবদা পুম্নমক চুপ চাপ। কুম্মৈ য়েংবদা অদুম ময়ামদু লুপনৈ।" দরকার ওইরিবসি ৱিচার নত্তে; বিশ্বাস। তর্ক নত্তে; প্রেম। কয়াদা লায়না পুখোকখ্রবা ভাবনো!

স্বামী বিবেকানন্দনা হায়রম্মি "শ্রীরামকৃষ্ণগী মীৎয়েং অমত্তনা মী অমা পুমওন ওল্লহনবা ঙমগনি।" থাজৈশেংনমক অচুম্বনি।

ভক্তি, জ্ঞাণ অমসুং কর্ম্মগী ধারানা অত্তংপা লৈত্তনা শিনবা থুংনা চেল্লিবা পূণ্য ভুমি ভারতনি। শ্রীকৃষ্ণগী গীতাগি রাহয়দা-অসুম তৌনা ধর্ম্মনা মরায় চায়থরক্লবা মতমদা থোরকই অবতার কয়া, মহা-পুরুষ কয়া মথং মথং। শ্রীরামকৃষ্ণসু অদুগুম্বা যুগকি অবতার অমনি। মীওইববু লানবিনবা পোকলকপা মহাপুরুষ অমনি।

১৯৫৫

---

# শ্রীমা সারদা দেবী

নহাক্না ঐবু সংসারগী লম্বেন্দা পুশিনগদৌরিবরা ?

ঈশ্বর প্রেমনা ঙাওরবা নিপা অতুনা হংখি। চুমত্রিং য়াহংনি। পুন্সীগী সাধনাগী পরিক্ষানি। "করিগীদমক মতুদি ? ধর্ম্মগী লম্বেন্দা তেংবাংবা লাকচরিবনি।" অহমনা খুমখি-ঈকাই থীরবী সারদানা রামকৃষ্ণগী মফমদা।

জন্মদিন—তাং ২২ ডিসেম্বর ১৮৫৩। মপানা রামচন্দ্র মুখোপাধ্যায়। মামানা শ্যামাসুন্দরী। চহি ৫ শুবদা লুহোংবা। রামকৃষ্ণগী চহিনা ২৩। ইমা ! নখোয়না নমৌ থিরিবত্রু চৎলু জয়রাম বাটি খুন্দা। বাকুঁরা জিলাদা। মতুদা লৈবনি। মতম অতুদা সারদাদি শান্নরি। লাইফাদবা নত্তে কালী অমসুং লক্ষ্মীগী মুত্তিগা।

চহি ১৮ শুবদা দক্ষিণেশ্বরদা লাক্লে। রামকৃষ্ণদি মতুদা লৈরি-কালী সেবাদা, ঈশ্বর ভক্তিদা, অঙাওবগী মওংদা। সংসারগী চৎনরোল য়াওদে। ঈশ্বরগী চৎনরোলদা মখঙই। হুমীৎ চুপ্পা মা কালী, মা কালী, কয়া কুইনা, কয়া কুইনা ! ঐবু উহল্লুনে ইমা ?

"ঐবু করম্না উবগে ?" নোংমা সারদানা থোঙ নোইনা নোইনা রামকৃষ্ণদা হংজখি—খুদক্কা খুমখি "লাংচরিবা জগৎজননীনা ঐবু হৌজিক খোঙ নোইবিরি। নহাক্না ইমা কালীগা করিমতা খেন্নদে। চান্নবী নত্তে; জীবন সঙ্গিনী হায়দে; সহধর্ম্মিনী পন্দে। নহাক্তি মা কালীনি নীংজরিবী দেবীনি।

ময়ামনা সারদাবু লওনবীরে। অপওবী নচা পামদ্রা? য়ুম-কৈ পানবগী মওং তৌররোইদ্রা? সারদানা নোংমদি রামকৃষ্ণদা হায়খি। ময়ামনা ভাওনরে। ইচা অমত্তং পামহ। নত্রবদি কমদৌনা সংসারদা লৈমিন্নগদগে? অচম্বা থম্মোৎনি। অওকপা প্রার্থনানি।

মসিদি মহামায়াগী চাতুরীনিনা। রামকৃষ্ণনা পুক্লিংদা নোকখি। করিগী রাবগে? নচা অমত্তা নত্তে। চাম লাকখিনি—মহাকপু কৌ-শিল্লনি—পোত্থাফম খওলোই। মহাক্কি জীব ময়ামগী মমা ওইরনি। বিশ্বজননী ওইরনি। ঈশ্বরগী সংসারসিদা পরমানন্দগী মন্দির অসিদা মহাক্কি ইমাগী মশকনি

অমাবস্যাগী থেংলবা অহিংগী ষোড়শা পূজা। মা কালীগী আসন ময়াদা সারদা ফমহনা লৈরি। খংহৌদনা রামকৃষ্ণনা হায়রকই ফিদা অসিদা ফমউ, চওশিল্লকউ। জ্ঞান তাদনা সারদা চওশিল্লকই-কমই। পূজা তৌরে—থুরুমলে। সারদা অমম্বুং রামকৃষ্ণ অনিমক জ্ঞান তাদনা সমাধিদা লৈখি। জগৎমাতানা মুপীগী মশক লৌহনা লাকপনি। বিশ্বজননীনা সারদা ওইনা থোরকপনি। মসিদি অয়োবী সাধনানি। শিষ্যগী মফমদা গুরুগী ভক্তি। মুপীগী মফমদা মপুরোইবগী পূজা!

দক্ষিণেশ্বরদা লাকপগী লম্বৈন্নি। অমম্ব অহিংনি। নাকন্দগী রাং চাউবা নিপা অমনা—"নং কনানো"। সারদা জ্ঞান মাওদে। থুমখি—নচা মুপীনি, নমাক্কী মখুমদা চৎলিবনি। নচা মুপী! মুংমুক কল্লবা ডাকুগী থম্মোইহু মহী চেনখি। লাউ ইবেম্মা! ঈপা খিনবীগে। মতুংদা মশক উনখি। রামকৃষ্ণদা চওজখি।

অবতারগী মশক ওইরবা শ্রীরামকৃষ্ণনি। অহুবু সারদানা য়াদনদি অসিগুম্বা পুজ্জী অসি ওইরমলোই। কনাগুম্বনা হায়নৈ—সারদাদি

মীচমনী, রামকৃষ্ণগী মঙান্দা ঙানজবনি। রামকৃষ্ণনা মাবু লংহনবনি। মসিদি অরানবনি, "মুপী পুম্নমকসি ইমানি। অদুবু নহাক্না পাম্নবদি মুপী অমা ওইনা ঐবু পুশিললু—মায়াগী সংসারদা।"

কয়াদা চাউখ্রবা ত্যাগনো? পুক্নী চুপ্নগী সাধনা সারদাগী মফমদা কংথোকলি। রামকৃষ্ণগী মঙাম্না সারদা ঙানবা নত্তে। মঙান অনিগী তিন্নবনি। মুমিৎকা থাগা নত্তে! মুমিৎকা মুমিৎকা তিন্নবনি।

শ্রীরামকৃষ্ণনা হায়খি। 'মহাক্তি সারদানি, সরস্বতীনি। জ্ঞানদান-গীদমক লাক্লিবনি। মহাক্তি ঐহাক্কী শক্তিনি। মহাক্না ঐঙোন্দগী তোঙান্দে।' রামকৃষ্ণগী সারদা, সারদাগী রাম কৃষ্ণ। থানবা য়াদে—অমতনি। অমনা পরম পুরুষ, অমনা পরমাপ্রকৃতিনি।

সারদানা মচাশিংদা নোংমা হায়খি 'মহাক্কা ঐহাক্কা অমতনি—( I and the Master are one ) খেন্নবা লৈতে। ঐঙোন্দগী বর কংলবা মখোইহুদি মুক্তিগীদমক চিংনফম লৈতে।

দক্ষিণেশ্বরগী কা মচা নহবৎ হায়বা মফমতুদা তুমিন্না লৈ। নোম্বগী পোত্থাবা লৈতে। ময়ামগী সেবাদা লেপপা লৈতে। অদুবু মপান্দি খক থোক্কে। "ঐদি মাবু মপান থোকপা শুকউ উত্রিনা।' রাম-কৃষ্ণনা নোংমদি হায়খি। অহিং পুং ৩ তারে চেক-মোক লাউখিদ্রে। মপানগী সিড়িদা ফম্লতুনা সারদানা জপ তৌরি। ঙসিদি রামকৃষ্ণগী খোংউপ মখোল তাখিদ্রে। থাদা ওনশিন্দুনা প্রার্থনা তৌখি—"নহাক্কী থাবল মঙালগুম্না ঐগী থম্মোইসি শেংহনবীয়ু।"

রামকৃষ্ণনা লৈখিদ্রবা তুংদা সারদানা অরাং ভারতপুম্বা অনি-অহুমলক তীর্থ যাত্রা তৌখি খা ভারতস্থ য়ৌই। মচাশিংগা লোয়নন্না বৃন্দাবন, হরিদ্বার, গয়া, কাশী রামেশ্বরম। মঙোন্দা জাতিবর্ণ থায়দে।

নকুবা লাপ্পবা লৈতে। পুন্নমক্কী মমানি। য়ুমপানবশিংগী মমা, সন্ন্যা-সীশিংগীসু মমা, ভোল্লবা লাইরবশিংগীসু মমা।

অরোইবা মিকুপনি। মচা সন্ন্যাসীময়ামনা কোয়শিল্লি। ইমা! ঐখোয়বু ছান্দোকপিরনগদৌরবরা? "করিগী রাবগে! ঠাকুরবু নখোই খঙলেদনা. জগৎ অসি নখোয়গী ওইয়ু।" ১৯২০ গী জুলাই তাং ২১ দা মহাসমাধি ফংখি।

সিষ্টর নিবেদিতানা হায়খি। ইমা সারদাদি ভারতকী নারীগী আদর্শগী মওমদা রামকৃষ্ণগী অরোইবা ৱাহয়নি—"To me it has always appeared that she is Ramkrishna's final word to the ideal of Indian womanhood."

সংসারসিদা পোকপদগী সন্ন্যাসী ওইখিবা মশীং রাত্তে। য়ুম পাল্ল-মগা সন্ন্যাসী ওনখিবা মহাপুরুষ কয়াসু লৈ। ভগবান বুদ্ধ, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-নাচংবা। অদুবু য়ুম পান্না পাল্লা সন্ন্যাসী ধর্ম চৎপা, সংসারদা লৈনা লৈনা সংসারবু ত্যাগ তৌবা লৈখোমদা লৈনা লেনা থম্বাল শাংপা। শ্রীরামকৃষ্ণ অমসুং শ্রীমাসারদাগী পুন্সী অসি অতাওবনি। য়ুম পানবা পুন্সীগী খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কি।

১৯৫৪

# শক্তি পূজা

—(O)—

ইমা ! কয়াদা নুংশিথ্রবা য়াহয়নো । নুংঙাইরে ইমা, য়ারে ইমা । পঙলবস্থু ইমা ; শিংলবস্থু ইমা । মহারাণীগী ফিজোল্দস্থু ইমা, চাক্লিবগী ফিজেত্তস্থু ইমা । মমানা কোনবিরবস্থু অঙাংনা কৌই ইমা । মমানা ফুবিরবস্থু অত্তুম মকপই ইমা ইমা হায়না । সংসার অসিদা ঐথোইনা লেপ্পুনা নুংশিবা ঙম্ববু কনা লৈরিবগে ইমা নত্তনা ?

শক্তি পূজা হায়বসি ইমা পূজানি —মাতৃ পূজানি । ঐ, নং, মা, মগী ইমা । জগৎ মাতানি ; বিশ্ব মাতানি । "ইমা" হায়বা মন্ত্র অসিনা ভগবান রাম কৃষ্ণনা জগৎপু জয় তৌখ্রিবনি ।

বৈষ্ণবশিংদি "ইবুংঙো পূজা তৌই জগন্নাথ পূজা তৌই ; প্রভূ পূজা তৌই । রাধাভাবনা ভাম্থোইরবা বৈষ্ণবশিংগী থম্মোইনা অত্তংপা লৈতনা কৌজে— প্রাণনাথ ! অদুবু হিন্দু ধর্ম্মগী অঙকপা সমন্বয় শক্তিনা মণিপুরী ঐথোয়স্থু কৌজরি "ইমা" হায়না দূর্গা পূজা মঙ্গুংদা । জগৎ মাতাদা মতেক অমতং প্রার্থনা তৌজনবা মতম ফংজরি দেবী পূজা মঙ্গুংদা ।

ভারতকী অয়াম্বা পণ্ডিতশিংগী মততা শক্তি পূজাগী মরুদি বেদদা য়াওরি । ঋগবেদগী দেবী-সুক্ত নত্রগা বাক-সুক্তদা ঋষি অম্ভৃণগী মচা নুপী বাক-দেবীনা শক্তি নত্রগা কাল শক্তিগা থানবা য়াত্রবা মরী

লৈনহুনা পরম ব্রহ্মগী শক্তম লোবা থেংনৈ। নারায়ণ উপনিষদতা ঐখোয়না থেংনৈ—কন্যাকুমারী নত্রগা দূর্গা। অদুগা মৈরীনা কূপশিল্লবা পরম ব্রহ্মগা থানদনা লৈমিন্নরিবী দূর্গাসু থেংনৈ। মহাশক্তি ব্রহ্ম বিদ্যানি। সংসারবু পার তৌবীরিবনি—মুক্তি দায়িণীনি।

কেন উপনিষদতা ঐখোয় থেংনৈ—উমা হৈমবতী। মহাক্কা ইন্দ্র-বায়ুনচিংবা দেবশিংদা ব্রহ্মজ্ঞান তাক্লি। আচার্য্য শঙ্করনা মহাকপু ব্রহ্মবিদ্যাগী মূর্ত্তিনি হায়রি। মহাভারততসু ঐখোয়না শক্তি পূজাগী মতাং ফন য়াম্না থেংনৈ

অদুবু শক্তি পূজাগী মরু ওইবা হৌফমদি মার্কণ্ডেয় পুরাণনি। মদুদা বিশ্বমাতা চণ্ডিকা দেবীগী মতিক মগুণ ফোংদোকপা দেবী মহাত্ম্য হায়বা শরুক অমা য়াওরী। অসিনি ময়াম্না চণ্ডীপাঠ হায়না তৌরিবদু। শ্লোক চাতরেৎনা শাই হায়দুনা সপ্তশতি হায়নসু খঙনৈ। ভারতকী মফম পুম্নমক্তা শাক্তশিংগী লাইশং থুদিংমক্তা ঐখোয়না তত্তনা থেংনরি—চণ্ডী পাঠ।

প্রজা ময়াম্না তাম্থোকপীরকপা নিংথৌ সুরথনি। উমংদা পোথারি অশ্রাম অমদা। খঙহৌদনা উনরে সমাধি। শাগে নাতৈ মরূপ মপাং-শিংনা মরন মথুম মুনবিথ্রবা বৈশ্যনি। অনিমক্কা আশ্রমগী ঋষি মেধসগী মফমদা চঙজরি।

তাকপীয়ু হে ঋষি! ঐখোয় অনিনা থুম্বা ওমত্রবা রাহং অমা লৈরি। প্রজাশিংনা তাম্থোকপীরব্রবা নিংথৌ ঐহাক্লি; অদুবু মুংশিদবা ওমদে মখোয়বু হৌজিক। মখোয়গী দমক্ত ঐহাক্কী থমোয়সি লাওক্লরি। বৈশ্য অসিসু মাবু কাওথোকপীরক্লবা মুপীশিং, মচাশিং অমসুং শাগে নাতৈশিংদুগী দমক্তা অতৎপা লৈতনা রারি। চুমদে হায়বদি খঙই; অদুবু রাথল অসি থাদোকপদি মঙমদ্রে। অসিনি চণ্ডীগী হৌরকপা রারি।

তাও হে নিংথৌ ! জ্ঞান ভাক্তনি সংসারসি । অদুবু সংসারগী জ্ঞান হায়রবা অমা লৈ.রি—শা চাদসু, তীন কাংদসু মীওইবদসু য়াওবা । য়েংউ ! মবুক লাম্লবী উচেক মপীনা মচাবু মখোম ইল্লি ; মপা কয়ানা মচাশিংবু ৱানা য়োক্লি অহল ওইরক্লবা মতমগী সেবাগীদমক । পূন্নমকসি "মমতা" দগী থোকপনি ; মহামায়া কৌই । সংসারগী জীব পূন্নমক্কী থম্মোইবু অসিগুম্বা অজ্ঞাননা কুপহল্লিবা, মায়াগী লাংদা থুহল্লিবা পরম ব্রহ্মাদুগী শক্তিনি । মসি মহাক্কী যোগনিদ্রানি । মহাক্কনা পূন্নমক থোকহল্লিবনি । শক্তি অসিবু পূজা তৌ নীংজবা থুংগনি ; ব্রহ্মবিদ্যা ফংগনি । চণ্ডীকা দেবীদি মহালক্ষ্মীনি । সত্ত্ব রজঃ, তমঃ গুণ অহুমগী আধারনি ।

অহানবদা তমো গুন্না ওমদুনা ওইরকই মহাকালীগী রূপ । মহাকালীগী মত্তংনা ভগবান বিষ্ণুনা ব্রহ্মাবু হাংকে তৌরম্লবা মধু অমসুং কৈতভ অসুর অনিবু হাংলি ।

অনিশুবকপদা থোরকই মহালক্ষ্মী রজো গুণনা ওমদুনা । মহিষাসুর হাংলি ।

ইরোই লোইবদা সত্ত্ব গুণগী শকক্তা ওমদুনা থোরকই মহাসরস্বতী । মতাং অসিদা শুম্ব অমসুং নিশুম্ভ অসুম মচিন মনাও অনিবু হাংলি । অসুম তৌদুনা চণ্ডীকা দেবী তোঙান তোঙানবা রূপ লৌদুনা জগৎসিবু ভাক্লি । অসুরসিংবু মায়থিবা পীরি ।

ৱারীসিংশিগী অর্থ করিনো ? সংসার অসিদা ঐখোইনা উবা ফংজবা দৈবিক শক্তি অমসুং আসুরিক শক্তি অনিগী তত্তবা লানফম লৈরি । হিংচাবগী শক্তিনা ভুমক্কাদোরবা মতমদা তত্তনা চোংথোরকই চণ্ডীকা দেবীনা । দৈবিক শক্তিগী জয় ওইরি ; ধর্মগী জয় ওইরি । মীওইবগী থম্মোইদসু অসি মঙাই । লোইবা নাইত্রবা লানফমনি ।

নিংথৌ অমসুং বৈশ্য অনি অদু চৎখ্রে অমসুং দেবী পূজা তৌজক্করে—অকনবা শ্রদ্ধা অমসুং তপস্যাগা লোয়ননা । দেবীনা থোরকুনা

পীথি নিংথৌদনা মরেবাক অমস্তুং মুংভাই য়াইফর। অদুগা বৈশ্যত্বদনা পীবিথি মহাক্না পামজবা মুক্তি মতাং অসিদা ঐগোয়না খঙ্গদবদি দেবীনা পীবিবসি মুক্তিদা নত্তে; ভোগমুনি। লৈবাক হায়বদি ভোগনি, নিংথৌ সুরথনা মহাক ফংজরগা ভোগতুবু ত্যাগনা হায়বদি "মমতা" (ঐগী) হায়বা অসি য়াওদনা মথৌ পাংথোকাদোরিবনি। ঋষি অমুনা তত্তনা হায়রি—মমতা থাদোকই মসি অবিদ্যানি, মায়ানি। চণ্ডী দেবীদা চংজৌ।

বাংলা লৈবাক্তা দেবীগী মূর্তি লেপাক্না শাবা চংনরি, মণিপুরদসু চংনৈ। মূর্তি অসিদা হরোঙ হিংচাবা হাৎপগী শকক্ষমদা (মহিসাসুর মর্দ্দিণী) ময়াম্না পূজা তৌনরি। দেবীগী অকোয়বদা লৈরি—কার্ত্তিক, গণেশ, সরস্বতী অমসুং লক্ষ্মী। কার্ত্তিকনা তাকলি—শক্তি, দৈবিক শক্তিনা অধর্মবু মাংহনবা অদুবু হকচাংগী শক্তিনদি চংনদে; থম্মোই অমসুং পুক্নিংগী শক্তি চৎই। অমসুং লৈরি সরস্বতী, মহৈগী মথো। শক্তি অনিসিনা পুল্লগদি পোরকই পম্মকী মকোক-লুচিংবা অমা গনেশ, গণপতি।

অমুম তৌনা শক্তি পম্মক অসিন পুল্লবতদা ওইরকই মঙ্গল অমসুং চাওখৎপা পৃথিবীদা। অদুনা লৈরি লক্ষ্মী। দেবীগী খুং তরাসিনা মাইকৈ পম্মক্তা ভাগ্নি জগৎ সংসারসিদ। মসিওইবগী থম্মোইগী আসুরিক শক্তিশিংবুসু মাঙহল্লি।

অসিনি দূর্গা পূজাগী অর্থ। জগৎ মাতাবু পূজা তৌজবা অমসুং মত্থগা লোয়নবা হকচাংবু আত্মানা জয় তৌবা। ভৌতিক শক্তিবু অধ্যাত্মিক শক্তিনা জয় তৌবা। সংসার অসিগী মন্নংদা অমসুং মপান্দা লৈরিবা ফজরবা অধর্মগী আসুরিক শক্তিশিংবু মাঙহনবিয়ু হায়না দেবীগী খুয়াদা চত্তজবা মসিনি ঐগোয়গী পূজা! মসিনি ঐগোয়গী অরোইবা প্রার্থণা

মাতেব পুত্রান রক্ষস্ব
ঈশ্ব প্রজ্ঞাং নিধেহিন:

১৯৫৫

# শ্রীচৈতন্যদেব

শতাব্দী মঙামুক্কী মমা'দনি। শোক ১৪৮৬ কী ফেব্রুয়ারীগী তারিখ ৪। দোল পূর্ণিমা চন্দ্রগ্রহণসু তৌরি। নদিয়া জিলাগী গঙ্গাগী মপান্দা লৈবা নবদ্বীপ সহরদা জগন্নাথ মিশ্রগী ইমুংনি। শচীগী গর্ভদগী তরাশুবা মচা নিপা অমা পোক্লে। অহানবগী মচানুপী নিপাল অঙাং ওই-রিঙৈদা শিখ্রে। মাপনশুবা মচা বিশ্বরূপ চহি ১৬ শুবদা লুহোংডা তকুরুবদগী সন্ন্যাসী ওইখ্রে। অকোনবগী মমিংদি নিমাই-নিম মখোঙদা পোকই হায়দুনা। গৌরাঙ্গ-গৌর বর্ণ দেহনি হায়দুনা। মতুংদা অবতারনি খঙনরক্লবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য।

মপানগী হিন্দুশিংনা নুমিৎ নিনি উৎসব তৌই—হোলি কৌই। মৈতৈশিংনা নুমিৎ মঙানি নুংঙাই-য়াউশং কৌই। হোলিনা কমদোনা য়াউশং ওনখ্রিবনো? থন্নবা যাবা মতাংনি। মমিংগা থবক্কদি চান্নদ্রে।

হোলি হায়বসি ইহান হানবদা কামদেবগী উৎসবনি। ভারতকী মমাংঙৈগী মদন-মহোৎসবনি। পুন্সী ধারণ তৌরিবা কাননি। মমাংঙৈগী মীশিংনা জগোয় অমসুং ঈশৈগা লোয়ননা কামদেব ১ সুং মহাক্কী চান্নবী রতিগী মফমদা পুন্সীগী নুংঙাইবা ফোংদোকচবনি। পুক্লিং শেংনা নুংঙাইজবনি।

ময়ামগী য়ারীসু লৈরি। হিরন্যকশিপুনা ভক্ত প্রহ্লাদবু মাঙহনবা ঙমত্রবদা মৈচঙদবী মচন মুপী হোলিকাগী মত্তেং লৌখি। হোলিকানা প্রহ্লাদবু পমহুনা মৈরক্তা লৈখি। অদুবু য়েংউ মৈচংদবী হোলিকা উং ওইখ্রে। প্রহ্লাদগী তুবুম অমা ফাওবা চাকখিদ্রে। অসিনা হোলিদা মৈ থারিবসি ফত্তববু মাঙহনবনি। অধর্ম্মগী শক্তিবু জয় তৌবনি।

মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং বৃন্দাবনগী লীলাশিংগা লোয়ননা শিন্নরে। আবির তৈনরে; পীচকারী কাপনরে। অদুবু অসিগুম্বা ধর্ম্মগী উৎসব অসিগী খ্বাইদগী অথোইবা মরুদি মুমিং অসিদা শ্রীচৈতন্যগী আবির্ভাব ওইখি। মসিনা বৈষ্ণবশিংগী মফমদনি।

শ্রীগৌরাঙ্গনা মাংওইবদা করি ভম্বিরম্মী? ভক্তি অমসুং প্রেম। ভক্তি মখল ৫ নি-শান্ত দাস্য সখ্য বাৎসল্য অমসুং মধুর। ব্রহ্মদা পেঙ্গবা অমত্তা ওইবগী জ্ঞান, নির্লিপ্ত—মসি শান্ত ভাবনি। শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা হনুমান—মসি দাস্য ভক্তিনি। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অর্জুন—সখ্য ভাবনি। যশোদাগী মফমদা উদ্ধবনা হায়খি—ইমা নহাক্কী কৃষ্ণদি সাক্ষাৎ ভগবাননি, মহাক্তি জগৎ চিন্তামণনি। যশোদানা খুমখি—"নখোইগী চিন্তামণি ঐ মশক খঙদে। ঐহাক্কী গোপাল কমদৌরিবগে মহুদা তমউ!" মসি বাৎসল্য ভাবনি।

মধুর ভাবতি শ্রীমতি রাধাগী ভাবনি। গোপী ময়ামগী ভাবনি! অঙকপা ভক্তিনি। মথুরাদা থোঙঙাকপদা হায়জহুনা উচিননাচিন্না ময়াম সভাদা চংলক্লে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি কদাইদা? কৃষ্ণগী মফমদা পুশিল্লকই। কোক্তা পাগড়ি য়েত্তুনা কৃষ্ণ লৈরমই। গোপী ময়ামতু লু লুকথৈ। মহাক্কা য়ারী শাহুনা ওক্তবী তারগদ্রা? কাম্নদে হল্লসি। থ্বাংদা কিগে থোনবা মোহন চূড়া হাপ্পা ঐখোইগী কৃষ্ণতু কদাইদনো? ঐখোইনা পাম্নিবদি মহাক্তনি।

শ্রীচৈতন্যনা মরু ওইনা তন্নীরমইবদি মধুর রস। ঈশ্বরদি মাধুর্য্য স্বরূপনি। মধুর রস হায়বদি শ্রীকৃষ্ণদা লৈজবা পুম্বা কংথোকপনি। ভাবকী তুংনকমদি মধুর ভাবনি। অয়োৌবী ভক্তিনি; রাধা ভাবনি মহাভাবনি।

ভক্তি পোক্লকুবগী লম্বেল ৬৪ নি। অথোইবদি মঙানি (চৈতন্য চরিতামৃতগী মততা) "সাধু সঙ্গ নামকীর্ত্তন ভাগবত শ্রবণ। মথুরা বাস শ্রীমূর্ত্তির শ্রদ্ধায়ে সেবন" সাধু সঙ্গ তৌবা, নাম কীর্ত্তন তৌবা, ভাগবত পাঠ তৌবা, মথুরাদা লেবা, শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিবু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পূজা তৌবা। মঙাসিগী মনুংদা থরদনম্বু কৃষ্ণ ভক্তি পোকহনবা য়াই। মঙামক পূল্লবদি সনাগী মথক্তা তঙ্কা থিনবনি।

শ্রীগৌরাঙ্গগী অথোইবা বাণীদি—"নামে রুচি জীবে দয়া"। ঈশ্বরগী নামবু পামজবা অমসুং জীব পূন্নমক্কী মফমদা দয়া উৎপা অথোইবা মন্ত্রদি-পুন্সী চুম্পদা থানবোইদবা মন্ত্রদি হরিনাম। থাঙ্গৈশেংনমক শ্রীচৈতন্যদি হরিনাম মূর্ত্তিনি।

১৯৫৪

---

# অগষ্ট ১৫ গী ৱাহং অমা

অগষ্ট ১৫ অথোইবা নুমিৎনি! নুমিৎ অসিদনি ভারতনা স্বাধিনতা ফংখিবা। নুমিৎ অসিদনি ভারতকী ঋষি শ্রীঅরবিন্দগী আর্বিভাব।

ৱাহং অনি থোরকই। ভারতকী ভবিষ্যৎ করিনো? অসুম হংখিসি। ঐখোয় পুম্নমক খুমনৰা হোৎনখিসি। যুগ যুগ কয়াগী লোইবা নাইদ্রবা ৱাহংগীদমক যুগ যুগ কয়া চঙনা জবাব পীফম থোকই। ভারতকী ইতিহাসপু খুমহনসি।

অনিশুবা ৱাহং—শ্রীঅরবিন্দ কনানো?

ভারতকী রাজনীতি ক্ষেত্রদগী নীংবা কায়না বিদায় লৌখিবা বাঙ্গালী ঋষি? সংসারগী লানফমদগী কিহ্না চেনখিবা পণ্ডিচেরীগী যোগী? ময়ামগী সেৰাদগী মতোমতগী সেবাদা লুপথরবা লাইনিংবা অমা?

শক খঙবগী লোইবা নাইদে। খঙদবগীসু লোইবা নাইদে। শ্রীঅরবিন্দ যোগীনি ঋষিনি। অদুবু ময়ামবু শাগৎখ্রিৰা অচম্বা অমা নত্তে। ময়ামগী মরক্তা থোরকপা অমনি। হায়বদি চুমনগী যোগী, খ্বাইনা লৌনারিবা ঋষি নত্তে।

বেদবু মানিদবা ঋষি নত্তে। বেদান্তবু লৌদবা যোগী নত্তে। অদুবু শ্রীঅরবিন্দদি শঙ্কর, মাধব, বুদ্ধ, রামকৃষ্ণ, বিবেকানন্দ নত্তে।

অনৌবা অমনি। মীওইবগী মুক্তি কদায়দনো ? করম্বা মকমদা ফংগদগে পরম শান্তি পরমানন্দ ?

ভারতকী যোগী ঋষি অয়াম্বনা খুমলি—অসিদা নত্তে, অসিদা নত্তে, অত্তোপ্পা মফম অমদা, রাংমদা।

অদ্বৈত বেদান্তনা খুমলি- সচ্চিদানন্দগী মশক ওইরবা ব্রহ্মদা তিনবা, অমত্তা ওইবা ব্রহ্মসত্যং জগৎমিথ্যা।

বৈষ্ণবশিংনা খুমলি সংসারসি লীলাভূমিনি। অদুবু নিত্যলীলাদি গোকুলদা। শ্রীধাম বৃন্দাবনদা

বৌদ্ধশিংনা খুমলি-- পোকপ শিবগী চক্রদগী নাম্থোকপা নির্ব্বাণ।

ঋষি অরবিন্দনা খুম্লি--পুন্নমক মপুং ফাদ্রি মুক্তি হায়বদুদি সংসারদগী নাম্থোকপা নত্তে অনুংদান মীওইবগী মপোক অসিমক্তদা মুক্তি ফংবা য়াই। অজ্ঞাননা থললবা মীওইবগী স্বভাব অসি পূমথণ ওন্থোক্তুনা দিব্য জীবন ( Life Divine ) অমা ওইরকপা য়াই মাওংগদবনি হায়না লৌনরিবা হকচাং (Body) জীবনী শক্তি (Life force) অমসুং পুক্নিং Mind) অদুমাসমক দিব্য স্বভাব লোমদা পূমথণ ওনবা য়াই। অমর ওইবা য়াই।

ইহান হানবদা অজ্ঞান (Inconscience) মথংদা জড় (matter ) মথংদা জীবন (Life ), মথংদা পুক্নিং (Mind) ১ সুং মমৈথংদা বিকাশকী লোইশনবদা অতিমানস (Super mind)। মসিনা মীওইবগী পুন্সীদা চঙকলবদদা লাক্কনি-অশেংবা আনন্দ, পরম শান্তি, মুক্তি।

মসি পুথরকনবগী অমতা ভাইবা লম্বীদি- পূর্ণযোগ (Integral yoga)।

চহি নিফুমুক মতোমতা সাধনা তৌদুনা যোগ সিদ্ধি ফংখরবা শ্রীঅরবিন্দনা হায়খি- অসিগুম্বা অতিমানসকী বিকাশ পুরকপা অসি ঐহাক্কী লম্বেল্লি। অদুবু থাইদোকপা অনৌবা নত্তে। বেদগী ঋষিশিংনা উরমলবা, মরক্কী দর্শন শাস্ত্রশিংনা থনবদা য়ৌখিদ্রবা, অমুক মতমনা

লোয়নন্না পুশিল্লকপা শোয়রয়োইদবা বিকাশকী লম্বেননি। মসিনি বেদগী অশেংবা অর্থ ।

মসিদা ওইরক্কদবা মীওইদি–চুমনগী কলচর য়াম্না লৈরবা মীওং নত্তে । কলাকার নত্রগা দার্শনিককী শকফম নত্তে । গীতাগী গুণাতীত অবস্থা, স্থিতপ্রজ্ঞগী লক্ষন য়াওবা পুন্সীদুদগী ফাওবা হেন্না মপাং ফাবা পুন্সী অমনি ।

ঐখোইনা খেংনরিবা মীওইবগী থাক অসিদগী হেন্না রাংবা । পরমাত্মাগা মতম পুম্নদা তিন্নুনা লৈবা অমসুং স্বভাব কী উংথোকপা মওং থুদিংদা অধ্যাত্মিককী মঙাল য়াওবা য়ামনা তুশেংনা, চপ চানা ।

চুম্নগী ঈশ্বরদা লুপ্লবা ভক্ত নত্তে । সংসার ত্যাগ তৌরবা সাধু সন্ন্যাসী নত্তে । পোকপা শিবগী চক্রদগী লাম্থোক্লিংলিবা যোগী নত্তে । দিব্য জীবন্নি । সৃষ্টিগী বিকাশকী চরম সীমানি ।

অয়াম্বনা মসি থাজদে । ওইবা য়াই খন্দে । ধর্ম পুম্নমকনা হায়রকত্রিবা অনৌবা বাণী, দর্শন পুম্নমক্না য়ানত্রিবা অসিগুম্বা খোল্লেল,

অবতার অমত্তনসু লাউরমত্রিবা অসিগুম্বা খোম্থাং—অসিবু ওইথোকপা য়াত্রা ? থাজনিংঙাই ওইত্রা ?

শ্রীঅরবিন্দনা চিংনব লৈতনা খুমলি—শোয়দনা ওইরক্কনি। ওইবা য়াই নত্তে । ওইবা শোয়দ্রবনি ।

ঋষি অরবিন্দগী মতম চুপ্পদা লৈরগদবা লাইরিক "লাইফ দিবাইন" (The Life Divine) অসি নোংচুপলোমদা কল্লা নৈনরি। অমেরিকাগী বিশ্ববিদ্যালয় কয়াদসু মসিবু থওইনা টেক্সবুক ওইনা তমনরি। হন্দকসু ভারতকী প্রোফেসার অমবু চহি অনিগীদমক ওইনা আমেরিকাগী ইউনিভার্সিটি অমনা কৌখ্রি। বানারস হিন্দু ইউনিভার্সিটিনা শ্রীঅরবিন্দগী দর্শনবু ফিলোসফী সবজেক্টতা য়ান্দহন্দুনা ভারত্তা অহানবা লময়াম্লি। মসিদা রিসার্চ তৌদুনা ডোক্টরেট ডিগ্রী ফংখিবা মভা তরুকসু য়াওখরে ।

ঐখোইনা কাউরোইদবা হায়ববু শ্রীঅরবিন্দ যোগীনি। চুমনগী দার্শনিক নত্তে। বুদ্ধিনা লমজিংবা অমসুং বুদ্ধিদবু থাজবা ফিলোসফার নত্তে। সিদ্ধি ফংলবা, এক্সপিরিএন্স লৈরবা ঋষি অমনি

অসিনা মহাক্কী বাণীদি চুম্নগী বুদ্ধিনদি লাপ্না ফংলরোই। অনুভব তৌবতাই। মহাক্কী যোগকী মতুং ইন্দুনা লোইবা নাইত্রবা মনুংগী লান কয়া থেংনবা তাই।

মসিগী খোঙচংসিদনি—কবি দার্শনিক অমসুং মখল খুদিংগী কলা-কারশিংনা পণ্ডিচেরীগী আশ্রমদা পুন্সীগী চঙজফম লৌরিবা। যোগদা লুপ্লিবা। পৃথিবীদা সুপ্রামেণ্টল মেনিফেস্টেসন (Supramental Manifestation) পুরকনবা। দিবা জীবনগী মঙাল ফংননবা।

মসি মীওইবগী রাখলগী জগত্তা থোরকপা অঙকপা মঙালনি। অনৌবা লম্বীনি। লোইবা নাইত্রবা পুন্সীগী রাহংগী পাওখুমনি।

১৯৫৪

# শ্রীশ্রীচণ্ডী

ময়ায়বক থীরব নিপা অনিথক উমং অনদা ওক্নৈ। অনিমক পুম্মাং মাওনরবনি। অমনা— মরৈবাক, অতোপ্পা অমনা—লৈজবা মরল মথুম। মুনি অমগী মক্মদা চঙজরকই। হংলকপা রাহং পুন্নমক থুন্নকই; চিংনবা পুম্বা কোকংল্লকই অমম্বুং অরোইবদা অনিমক অতুদা তাকপীরকই দুর্গা পূজা তৌ। অনিমকনা চপচানা পাওথোকই—ধ্যান্দা লুপই অমম্বুং তপস্যা তৌই চঙী অহুম চুপনা। মমৈথংদা দেবী মশানা চোংথোকপীরকহুনা মথোয়গী নিজবা ফংজহনখি। সুরথ হায়বা ক্ষত্রিয় অহুনা মাওলুরবা লৈবাক, সমাধি হায়বা বৈশ্য অহুনা জ্ঞান—পরম বিদ্যা। মসিনি-শ্লোক চাতরেৎনা শারবা শপ্তশতী হায়নস্ব খঙনরবা মার্কণ্ডেয় পুরাণগী শ্রীশ্রীচণ্ডী হায়বহুগী রারীগী অহৌবা।

শক্তি পূজানা মতম অমদদি ভারত শীনবা থুংনা লৈরম্নবনি। হৌজিক ফাওবা দেবী মহাত্ম্য নত্রগা শ্রীচণ্ডী হায়না খঙনরিবা লাইরিক অসি শক্তিগী মন্দির খুদিংদা অতৎপা লৈতনা থীরি। তন্ত্র শাস্ত্রদা শ্রীচণ্ডীমুক মরু ওইবা লাইরিক অমা লৈতে। শ্লোক খুদিংমক মন্ত্র-শুমনা লৌই। শ্রীমদ্ভাগবতগীতাগী মথংদা খ্বাইদগী ময়াম্না খঙনবা ধর্ম্মগী অথোইবা লাইরিকনি। চুম্নগী তুমিন্না পাগদবা লাইরিক নত্তে। চপচানা থীগদবনি।

চণ্ড হায়বা রাহয়গী অর্থদি দেশ অমম্বুং কালনচিংবনা সীমাগী মশক ওইরবা কূপশিল্লিবা ব্রহ্মহুবু খঙনৈ। অসিনা চণ্ডীদি ব্রহ্মশক্তিনি।

অসিগুম্বা সৃষ্টিগী শক্তম লৌরকপা ব্রহ্মগী শক্তি অসিবু কৌনৈ—চণ্ডী, আদ্যাশক্তি নত্রগা মহামায়া। শক্তিশিং গী মকমদদি মহাশক্তিদি ব্রহ্মগী স্বরূপনি। বৈদান্তিকশিংনা ব্রহ্ম কৌবা অদু তান্ত্রিকশিংগী মকমদদি জগৎকী মমা ওইরবী মহামায়ানি। অনিমক অসি থাদোক্লবা য়াদে; অমতনি। শ্রীরামকৃষ্ণনা তাকপীরমই --"ঈশিং অমসুং মদুগী মহী লাওবা, শক্তোম অমসুং মদুগী অঙৌবা, মণি অমসুং মহাকী মঙাল, সমুদ্র অমসুং মহাকী ইপোম-থাদোক্লবা য়াদবগুম্বা ব্রহ্ম অমসুং শক্তিদি খেন্নবা লৈতে। কালী হায়বদু ব্রহ্মনি। নিপাগী শক্তমদা ব্রহ্মধর্ম্মনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব ওইরকপগুমনা মুপীগী স্বরূপ্তা ওইরকপতনি—আদ্যাশক্তি, মহামায়া।

চুম্নগী দেবী পূজাগী নিয়ম তাক্লকপদা নত্তনা মেধা হায়বা মুণি অদুনা নিপা অনি অদুদা তাকপীরকই— সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ—গুণ অহুমনা পুল্লবা দেবীগী মথং মথং ওল্লকপা শক্তম অহুম অমসুং মদুগা কোম্নবা য়ারী অহুম।

অহানবা তমঃ গুণনা প্রধান ওইদুনা থোরকই দেবীগী শক্তোন অমা— মহাকালী। হরিগী যোগ নিদ্রানি দেবাসুরগী সংগ্রামদা মধু অমসুং কৈতভ হিংচাবা অনিনা ব্রহ্মাবু হাৎকে তৌরকপদা ভগবান বিষ্ণুনা মহাকালীগী মতেংনা হিংচাবা অনি অদুবু হাৎলি।

মথংদা সত্ত্ব গুণনা প্রধান ওইরকপদগী থোরকই দেবীগী হকচাংদগী মহাসরস্বতী। মতাং অসিদা শুম্ভ অমসুং নিশুম্ভ হায়বা হিংচাবা মচিন মনাও আনি হাৎলি।

অসুম তৌদুনা থোকপ্রে—মহাকালী অমসুং মহাসরস্বতী; অমসুং মদুগা লোয়ননা সত্ত্ব অমসুং তমঃ গুণ। লেমহৌরিবদি রজঃ গুণ; অদুদগী শক্তিনা ওইরকই মহালক্ষ্মী। শ্রীশ্রীচণ্ডীগী অনিশুবা অধ্যায়দা মহালক্ষ্মীনা মহিষাশুর হায়বা হিংচাবা অদু হাৎপগী য়ারী য়াওরী।

পোকপা শিবা নাইদ্রবা, জগৎ শীনথুংনা লৈরবা মহামায়ানা লাইশিংগী থৌদোক কয়াবু পাংথোক্নীদমক তোঙান তোঙানবা শক্লোন লৌরকইবনি। পৃথিবীদা পোরকইবনি। অস্মুম হায়না মেধা মুণিনা শ্রীশ্রীচণ্ডীগী অহানবা আধ্যায়দা তাকই। মসিমস্মু রারাশিংশিগী অর্থনি।

বাংলা লৈবাক্তস্মু অমস্মুং মণিপুরদস্মু দুর্গাপুজাদা লৈথোমনা শাবা দেবীগী মুত্তিগা লোয়ননা ইরোই-হিংচাবা ( মহিষাস্মুর মর্দ্দিণী )হাৎপগী শক্তমদা পুজা তৌনৈ। মসি ভারতকী মফম অয়াম্বদস্মু চৎনৈ। জাভা দ্বীপ্তা ফাওবা মুর্ত্তি অসি উই। থুংশাগী মশিংদি—অনি পানবা, মরি পানবা, নিপাল পানবা তরানিথোই অমস্মুং তরানিপান পানবা ফাওবগী তোঙান তোঙানবা মুত্তি মমাংথৈগী মতমদা লৈরমই। অদুবু হৌজিক্তি তরাপানবা (দশভুজা )মহিষ মর্দ্দিনী মূত্তিনা অয়াম্বা মফমদা চৎনরি।

শ্রীশ্রীদুর্গাদেবীগী অকোয়বদা ঐখোয়না দেব দেবীগী মুত্তি কয়ামুক—কাত্তিক গণেশ, সরস্বতী অমস্মুং লক্ষ্মী। কাত্তিকনা লাইশিংগী শক্তি থওনৈ—সেনাপতিনি অধর্ম্ম, অন্যায় অমস্মুং ফত্তবা কয়াবু মাঙহন্দুনা ধর্ম্মরাজ্য অম পুরক্লবগীদমক থোরকইবনি—কাত্তিক। অমুক মপুং ফাবা শক্তি ওইরক্লবা চওই—কলা অমস্মুং অতৈ বিজ্ঞানশিং অনিসি থাদোক্লবা য়াদে। অসিনা থোরকই মহৈ অমস্মুং অতৈ ললিত কলা কয়ামুকী মবেম্মা ওইরিবী—দেবী সরস্বতী

অদুবু অসিগুম্বা মপুং ফারবা সংস্কৃতি অসিগী মুর্ত্তি ওইনা চোংথোকপা তাই—গণেশ, জীব ময়ামগী মপু অমস্মুং প্রজা ময়ামগী নেতা ( গণপতি ) ওইনা। পূজা থুদিংগী অহানবদা ঐখোইনা শামু মকোক পানবা গনেশ দেববু পেলহন্নবা হোৎনরিবা অসি মীওইবগী মশাদা লৈবা দৈব শক্তিগী অহানবা পুজানি। অস্মুম তৌদুনা ময়াম পুমনমক্কা মথক্কী গুণশিংসিগা লোয়ননা মপুং ফারবা পুন্সী অমা ওইরক্লবতদা থোরকই মুংঙাইবা অমস্মুং লনথুমগী মবেম্মা ওইরিবী লক্ষ্মী। দেবী অসিনা পৃথিবীদা পুরকই—

শান্তি, মুণ্ডাইবা অমসুং চাওখৎপা। দেবীগী থুৎশা তম্না অসিনা থঙনৈ। মায়কৈ পুন্নমক্তা লৈরিবা আসুরী শক্তি কয়ামুক সংসার অসিগী মপান্দসু অমসুং মীওইবগী থম্মোইদসু অতৎপা লৈতনা অনৌ অনৌবা শক্রোন লৌরিবা মাঙনবগী মশক ওইবা পাপকী শক্তি কয়ামুক অসিবু দেবীনা ডাক্লি—ঐখোয়না মতিক চাবা সংযম অমসুং পূজা তৌজরবদি।

মসিনি দুর্গা পূজাগী অর্থ পূজাগী মরু ওইবা অর্থদি—আত্ম সংযমনি; ধ্যাননি অমসুং তপস্যানি। অসিগুম্বা তাঙনা ফংজরবা মুমিৎ অসিদা ঐখোয় পুন্নমক চঙজফম থোকই - দশ-ভুজা, মহিষমর্দ্দিনী দেবীগী মফমদা।

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু মাতৃরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ॥

১৯৫৬

---

# শ্রীশ্রীসরস্বতী

বেদগী মতমদা ভারতকি ঋষি শিংনা মমিত্তা উখি। মুমিং, খা খরানমিচাক, চীং তুরেল পূম্নমক অসিগী মনুংদা মিংনদি উদবা জ্ঞান্নদি উবা ফংবা দেব দেবী কয়ামুক লৈরি। মখোইহুনি সত্য হায়বহু—অচুম্বা হায়বহু। মখোয়হুদা কৎচখি বেদগী ঋষিশিংনা অতৎপা লৈত্তবা যজ্ঞ। থোরকই সরস্বতীদেবী তুরেল অমগী মমিংদগী।

মতুংদা ওইরকই মহৈগি মবেম্মা বাগদেবী। ইমা বীণা পাণি-থুত্তা বীণা পায়রিবী। বীণাগি অর্থ করিনো? শব্দ ব্রহ্মাগি শক্তি উৎলকপনি। নাদগি মশক ওইরব। ব্রহ্ম অহু সরস্বতীগী বীণাদা ফোংদোরকপনি। মহু জ্ঞান স্বরূপনি-- জ্ঞাননি।

মহৈগী মবেম্মা হায়বগী অর্থসি তশেংনা খঙগদবনি। মহৈ হায়বদি বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎপা পরীক্ষা য়াম্না পাস তৌববু খঙনদে। মহৈ হায়বদি জ্ঞান হায়বনি. জ্ঞান হায়বদি মহু খঙলগা পূম্নমক খঙবা মহুবু খঙব্রবদি অতৈ অমতম্ব খঙদবা। হায়বদি ব্রহ্মজ্ঞান—য়াম্না নক্কবা ইংরেজী ৱাহয়দ। স্পিরিচুযেল নোলেজ। সরস্বতী জ্ঞানগী দেবীনি।

করি ফি শেংপগে? করম্বা মচুগি ফিজেত্তা ইমা সস্বরতীদা ঐখোইনা বন্দনা তৌজবগে? গুলাপ মচু-হঙ্গাম মপান অমত্তা নত্তে। ইমাগি কুচু করিনো?

মত্র অমদা ঐখোইনা থেংনৈ। মোগারা (লৈ মথল অমনি) লৈগুম্না ঙৌবা, থাগুম্না ঙৌবা, উনগী লৈপরেংগুমনা ঙৌবা অঙৌবা ফিগে খোল্লিবী। পূম্নমক অঙৌবা ঙাক্তা। মসিগী অর্থ য়াম্না লৈ।

অঙৌবা মচুনা খঙনরিবা অসি অশেংবনি—শেংলবা হকচাং,শেংলবা ৱাখল অমসুং শেংলবা থম্মোয়। জ্ঞান ফংগে হায়রবদি শেংদবা য়াদে। অমকপা ৱাখলনা অমম্বা থম্মোইনা অমসুং শেংদবা পুন্সীনা জ্ঞান ফংদে।

মসিনি অঙৌবগী অর্থ। মসিনি জ্ঞানগী অর্থ। অসিনি সরস্বতীগী অর্থ।

১৯৫৬

# বৈষ্ণব ধর্ম্মগী সমস্যা

ধর্ম্ম হায়বসি পোকপা নাই ; শিথরকপা নাই। অসিগুম্বা ধর্ম্মগী শিথরকপা মতমদা অমুক মপুং ফাহল্লকনবা অবতার অমমম থোরকই হায়না গীতাদা হায়রি। সমাজগী মশক মতুং ইননা ধর্ম্মগী মশক লেপই অমসুং হোংলকপা সমাজগী মতুং ইননা ধর্ম্মগী মশকসু হোংবা তাই। যুগকী ঈচেল মতুং ইননা মাওইবগী সমাজদা পুশিল্লকইবা সমস্যা কয়ামুকতু চংলিবা ধর্ম্মনা সমাধান তৌবা তাই। মাহং কয়ামুকসু মপুং ফানা খুম্বা তাই। অতুতদা ধর্ম্মগা সমাজগা অমতা ওইনা মপুং ফানা চেস্থমিন্নবা ওমগনি। ধর্ম্মনা হিংবা ওমগনি।

হৌজিক অসি বিজ্ঞানগী যুগনি—অতংপা লৈতনা মাহং হংবগী যুগনি। মরমবু চাদনদি লৌশিনবা ওমদবগী যুগনি। সমাজদা লৈরিবা আচার, চংনবী, বিশ্বাসনচিংবা পুমনমক অমুক পরীক্ষা তৌবা তাই। মখোয়হুগী অনৌবা অর্থ পুথোকপা তাই। মতুদবু ফেইল ওইরবদি মখোয়শিংহু লৌদবা।

অসিগুম্বা মিংয়েং অসিদা অয়াম্বনা ধর্ম্মদা থাজবা মাংলকলে। মসি ধর্ম্ম মশাগী দোষ নত্তে। ধর্ম্মগী হৌজিক ওইরিবা ফিভমগী দোষনি। ধর্ম্মগী চুপলি পায়রিবশিংনা মশাদা থিজগদবনি কদায়দনো ঐখোয়গী ধর্ম্মনা মাংলিবসি? করি মরমনো ময়াম্না চংলিবা ধর্ম্মদা থাজরকতবা? মসি যুগ অসিগী তৌদবা য়াত্রবা থবকনি।

গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম—ভারতকী শীংথানবা য়াবা ধর্মনি। লৃম্বা ভক্তিগী ঈচেলদা, শেংলবা কৃষ্ণ প্রেমগী ধারাদা জীববু লানবীগে হায়চুনা য়ুগকী অবতার শ্রীচৈতন্যনা পুথোকাপরম্বা ধর্মনি। নামে রুচি জীবে দয়া—হরিনামদা পুকনিং লৃপশনবা, জীবশিংবু দয়া তৌবীবা হায়বা মন্ত্রবু শন্দোকলিবা মীওইবগী ধর্মনি। ব্রাহ্মন চণ্ডাল খায়দনা,মুপী অঙাং থিদনা পুম্নমককী ওইবা য়াবা অতুওমবা ধর্মনি। অতুবু ঐখোইনা ল্লেশদবদি অসিগুম্বা ধর্ম অসিনা য়ুগকি মতুং ইননা ওল্লকইবা মৈতৈ সমাজগী সমস্যা অমম্বং য়াংং কয়ামুকসি মপুংফানা খুম্বা ঙমলিবরা ?

মৈতৈ সমাজদস্তু লৌকিক অনৌ অনৌবা য়াখল কয়ামুক চঙলকলি। মমাংইগী মতৌগুম্না চুমনগী শ্রদ্ধা থরা লৈরগা পেল্লবা চৎনবী থরবু অর্থ খণ্ডদনা ইনবগী মতম নত্রে। লৌকিক য়াখল থরবগী য়ুগনি। বৈজ্ঞানিক ওইবা মিংয়েং মীওইবগী অমত্তা ওইরকপগী য়াখল কয়া কয়ানা মৈতৈ সমাজদস্তু য়োররিবনি। ন্যায় অন্যায়দা, হৌনবা তৌনদবদা মতিক চাবা য়াখল লৈনরক্লবনি। অসিগুম্বা য়াখল লৈনরিবা মৈতৈশিংদা বৈষ্ণব ধর্মনা মপুং ওইবা য়াংং কয়ামুক খুমবা ঙমত্রবদি ধর্মগী গ্লানি শোয়দনা থোককনি। থোকপমকস্তু থোকলিবনি। ময়ামবু কোনশিনদবা, য়াংনদবা য়াদে। ময়ামবু হেক য়ানিংহল্লকতবদা ধর্মগী মরায় চায়থরকনি।

ঐখোয়গী মণিপুরী সমাজদা অসিগুম্বা ধর্মগী সমস্যা অমা থোরকলে। মসি বৈষ্ণব ধর্মগী অরাংপা নৎতে। মণিপুরদা ওইরিবা বৈষ্ণব ধর্মগী দোষনি। চৎলিবা বৈষ্ণব ধর্মনা মতমগী লাকলিবা য়াংংদা মতিক চাবা পাওখুম পীবা ঙমদবনি। অসিনা থোরকই—অর্থ য়াওত্রবা ধর্মগী শকফম অমা, মপানথোংদদা মওইবা মহুংদদি য়াওত্রবা, মশা মশাতগী খননবা, সমাজগী অপুনবা শকফম উংপা ঙমদবা অতুওমবা বৈষ্ণব ধর্মগী মশক অমা। ভারতবাসী খুদিংমকনা—পামই—লাগে

জাং খায়দবা, অরাংবা অনেম্বা কাংলুপ খায়দবা অচুগুম্বা সমাজ অমা অদুবু ঐখোইগী মৈতৈ সমাজদা মতুংগী মমি কয়া য়ামনা ভারি? ব্রাহ্মনশিংনা ব্রাহ্মনগী চপ চাবা থবক, চেনফম থোকপা গুপ মখোয়দা চেক্ৰবদা বর্ণাশ্রম ধর্ম্মগী অর্থ করিনো? জীবে দয়াদি হায়রগা কয়া হাও-ময়াং-মৈতৈ খায়রি? মুসলিম অমসুং চীংগী ইচিন ইনাওশিংগা চামিন থকমিন্নদবা, তিন্নদবা, য়ুমদা ফাওবা পুশিনদবা—মসিগী অর্থ করিনো? সমাজগী খোকলিবা অরাবা অমসুং নুংঙাইবা ময়াম অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মনা করম্বা পাউথুম পীরি? হৌজিক হরিনাম খর শোল্লগা চন্দন খিল্লগা য়ুমদা ফমদুনা লৈবা য়াবা যুগ নত্রে। সমাজগী ওইবা থবক অমসুং মিৎয়েং অমসুং মৈতৈ খুদিংগী রাখন্দা য়াওদ্রবা য়াদ্রবনি। মাসদা বৈষ্ণব ধর্ম্মনা করি তৌরি?

অসিগুম্বা যুগকী লাকলিবা রাহংশিংদা মণিপুরগী বৈষ্ণব সমাজনা খুম্বা ভাই; মরুওইনা ধর্ম্মবু প্রচার তৌরিবা মণিপুরী ব্রাহ্মণশিংনা মপুংফানা খুম্বা ভাই। বৈষ্ণব ধর্ম্ম—ভাবতদি য়াম্না রাংই; অদুবু সমাজগী মিৎয়েংদদি রাংলে। শ্রীচৈতন্য মশামকসু চুমনগী কৃষ্ণভক্ত ওইবদা পেনজখি! অদুগা নুংঙাইবা ইন্দ্রিগা মপুং ফাহনবগী মায়কৈদগী অরাংবা রাধা-ভাব লোমদা চৎখিবা ধর্ম্মগী লম্বী ওইবনা ঐখোয় অয়াম্বনা অনেম্বদা নুংঙাই; শান্নে। ইন্দ্রিগা খোরাংবা কোকহল্লি। চীংদোনগী শেংলবা নুংশিত্তি ফংবা ভুমনদ্রদুনা চাংখাগী অমোৎপা নুংশিত্তা ঐখোই অয়াম্বা শাননরি। মসিবু কমদৌরগা ফগৎহনব য়াগদগে? কমদৌরগা শোম্বরক্লবা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা অনৌবা শক্তি অমা পীবা য়াগদগে হায়বদু অংশংবা বৈষ্ণব খুদিংমক্না মুননা খম্ববা খিন্দনমক দরকাররনি। ভক্তিগী ধারাদা লুপলবা বৈষ্ণবশিংনা কর্ম্মগী ধারাদসু মপুংফানা লংগুবা য়াদ্রবনি।

যুগকী লাকলিবা রাহংদা পুম্বা ভুমদবা, মীওইবগী রাখলবু পেনহনবা ভুমদবা, সমাজগী মীপুম খুদিংদু হাপ্পিংহন্দবা ধর্ম্মদি হিংবা

ঙমলোই। বৈষ্ণব ধৰ্ম্মনা মৈতৈ সমাজবু অমুক পাঙল হাপপিৰা, হিংগৎহনবা ঙমগনি। তৌৰদদি মতমগী ৱাহংদি-ধৰ্ম্ম প্রচারক লূচিংবশিংনা খূমহন্না ময়াম্বু য়াহনৰা তাই। মণিপুরী বৈষ্ণবনা স্নামহি ধৰ্ম্ম চংলূবগী দৰকাৰদি লৈতে। অদুবু স্নামহি ধৰ্ম্মনা হংলিবা ৱাহং খৱহুদি চপ চানা বৈষ্ণবশিংনা খুম্বা তাই। হৌজিকমক ঙমদ্রবা ফাওবদা ঙম্মনবা হোৎনবা তাই। মৱমদি হৌজিকসি বিজ্ঞানগী যুগনি। ৱাখল খনবগী যুগনি। ময়ামবু য়াহনবগী যুগনি।

১৯৫৫

# ভারতকী জগোই

ইউরোপকী ফাওরবা পণ্ডিত অমনা হায়রকই—লোল অমথক্তা খঙবা মী অচুদি অমা ফাওবা খঙদে। থাঙ্গৈশেংনমক অচুম্বনি। অমা খঙগে হায়রবদি ময়ামস্ু খঙবা তাই। ময়ামগা মান্নবা খেন্নবা ময়ামদগী হেনবা রাংপা খঙলকনবা। মণিপুরী ডান্সকীস্ু অসিমগুাই। ভারত্তা শীংথানবা য়ারিবা অতৈ ক্লাশিকেল ডান্স অহুমশক লৈরিবচুস্ু খঙবতাই—ভারত নাট্যম, কথাকলি অমসুং কথক। মখোয় মরি অসিনি ভারতকী মতম কুইনদগী লোয়নররুবা জগোয়গী প্রতিনিধি। ভারতকী সংস্কৃতিগী মপুং ফাবা মশক উগে হায়রবদি অমা উবনদি চংনদে। অমা খঙবনদি য়ারোই। মরিমক অসি প্ন্না য়েংবা তাই। খঙবা তাই। থগ্নোইনা পানবা ঙমত্রফাওবদা রাখলদদি য়োইহনবা তাই।

স্বাধীন ফংলবা ভারতনদি জগোয়বু অমুক অরাংবা থাক্তা পুখৎনবা লাকনরি। জগোয়গী স্কুল কলেজ কয়া লিংখৎলি; পৈশা কয়া খরচ তৌরি। অচুবু অরাবা অমদি ভারতকী জগোয় অসি শিথরক্লে। ভারত নাট্যম জগোয়বু ময়ামদা ফজনা পুথোক্ত্নুনা অরাংবা থাক্তা য়োৎশক্লিবী শ্রীমতি রুক্মিনী দেবীনা হায়খি - ভারতকী ফিবম অসোমদগী য়েংলবদি ভারতকী অশেংবা জগোয়দি মাঙথরকপা য়াবগী খুদোং থীবা অমা লৈরে। [ If we judge by the present, we can only say that there is a great danger of the true dance of India almost disappearing once again–Rukmini Devi Arundale· ] হৌজিকী সভ্যতানা মপানথোংগী ঙাক্তা ওইনা চংপা;

ঙাইহাক মুংঙাইথোকপদা তাউবা। ভারতকী মনুংদা চেল্লিবা সংস্কৃতিগী শেংলবা ঈচেল অমু খঙবা ঙমলক্কবা।

মসি ভারতকী জগোয়গী ওস্থোল্লা লুরবা সমস্যা অমনি। মসিমু মমুং হুনথনা খনজিন্দুনা অশোয়বা মেনশিন্দ্রবদি ভারতকী জগোয়দি কুইররোই। মতমদা ঙাইহুনা লৈরবা অনাবনি। হিংবা নত্রগা শিবা। মসি ভারতবাসীশিংগী মথৌত্তা লৈরে।

জগোয়গী উদ্দেশ্য করিনো? থোইদোক্লমু পৃথিবীদা শীংথানরিবা ভারতকী সংস্কৃতিগা কোম্নরিবা জগোয়গী অর্থ করিনো? চুমগী মুংঙাই-থোকপা নত্তে। ঙাইহাক্কী ঈরাংদা লুপ্পা নত্তে। তশেংবা উদ্দেশ্যদি যোগনি। মীওইবগী আত্মাগা পরমাত্মাগা তিম্নবকপগী লম্বেন্নি। শারমচং কয়ানা তিল্লবা পুন্সীসিবু লাইগী লম্বেনলোমদা পুখংনবা লাক্লবকপনি। পৃক্লিং হুকচাং অমসুং থম্মোই অসি কংথোকপনি নীংজরিবা দেবতাগী মফমদা। জগৎকী পিতাগী মফমদা, সংসারসিবু ঙাকশেনবীরিবা ঈশ্বর-মুগী চরণদা। ধর্মগা থোদোক্লবা য়াম্রবা কবি অমসুং যোগীশিংগী লম্বেনগা নক্লবা পুন্সী লম্বেন তাকপা ভারতকী জগোয়নি।

হৌজিক ফাওবদা মণিপুরগী কলাপ্রেমীশিং অয়াম্বগী মিৎয়েংদা অরানবা অমা লৈ। ভারতকা ক্লাশিকেল ডান্স মরি লৈরিবসিগী মনুংদা মণিপুরী ডান্সতবু লৌথৎপা অমসুং মসিনা খ্বাইদগী হেল্লি লৌবা। মতুংগী ফলনা অতৈ জগোয়বু উশিত্তবা থৌশাদবা, খঙলুহুনা করি কান্নগবনো খল্লকপা। মিৎয়েং অসি মফম অতৈদসু লৈনৈ, মাগী মাগী জগোয়দনা জগোয় ওইররোই খনবা। অদুবু অরানবা বাখলনি। কনানসু খঙবিদনা লৈরম্বা মণিপুরী জগোয়নি। মসিবু মরু ওইনা ভারত্তা ঙালহল্লবদি বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথনি। মপান্দা উৎলুবদা রুশিয়াদা য়াম্নমক ফজরুই; অদুবু চীনাদদি ভারতনাট্যমনচিংবা অতৈ জগোয়না হেন্না ফজখি। মসিদা জগোয় অমতনা ফজবা পুমহেল হেল্লি খ্বাইদগী হেন্না মপুং কায় হায়রবা করম্মসু ঙমগনি? মানা মানা পামজরুবা হায়রবহুনি।

হৌজিকমকীদি ভারত্তা জগোয় প,য়্রমকী মরক্তা ভারত নাট্যমবু খ্বাইদগী হেন্না ব্যবহার তৌনরি। অহানবা মরম অমনা মীচংকনবা। অনিশুবা অমস্মুং য়াম্নমক মরু ওইবা মরম অমনা ভরত মুনিগী "নাট্য শাস্ত্র" অমস্মুং নন্দিকেশ্বর মুনিগী "অভিণয় দর্পণ" হায়বা ভারতকী জগোয়গী লাইরিকশিং অসিগী শাস্ত্রগী পথাপ অতু কায়দনা চৎথরকপা। ভারত নাট্যম হায়বা মমিংসিমক থোরকপা কুইদ্রি। চহি কয়াগী মমাংদদি খা ভারত্তা, থোইদোক্লম্ তাঞ্জোর হায়বা মফমদুদা লাইশাংদা মন্দিরদা লৈজবা প,য়্রমক কত্থোকচরবা দেবদাসীশিংনা শারমই। মতমগী মতুং ইন্না, দরবারদা লুহোংবনচিংবদা শারকপা অমস্মুং দেবদাসীশিংগী লমচৎ মকথরকপগী মরম্না জগোয় অসি শিৎরুরে। অতুদগী শ্রীমতী রুক্মিনী দেবী অমস্মুং কৃষ্ণ আয়ারনচিংবা খরনা হোংনবদগী অমুক মপ,ং ফারকপনি ভারত নাট্যম হায়না মমিং থোন্দুনা।

জগোয় অমগী শরুক অনি লৈ নৃত্ত অমস্মুং নৃত্য। অনি অসিগী খেন্নবা খণ্ডরবদি ভারতকী ক্লাসিকেল ডান্স মশক খণ্ডলোয়। ফিভম কনবা, থোইদোকপা অর্থ য়াওদবা হকচাংগী খণ্ডহৌদনা থোকথিবা লৈতেং ওইনা তৌবা জগোয়গী মশকপু নৃত্ত কৌই। অর্থ য়াওবা অমস্মুং অর্থপা কোন্নবা, খুৎকি মুদ্রানচিংবগা লোয়নবা হকচাংগী অভিনয় অতু-বুনা নৃত্য কৌই। জগোয় খুদিংমক্তা নৃত্ত অমস্মুং নৃত্য অনিমক য়াওই। খেন্নবদি য়াওবগী শরুকনি।

'অলারিপু' হায়বসিনা ভারত নাট্যমগী ইহান হানবা আইটেমনি। মঙ্গলাচরণগুম্বনি। উৎলকদৌরিবা জগোয়গী মশক তাকপগা লোয়ননা ইহান হানবদা শারিবা আর্টিষ্টতুনা য়াথল অমস্মুং হকচাং প,বা জগোয়গী মকুংতো "শিব"দা কৎথোকপনি। হেক মথংদা 'যতিশ্বরম্'—য়াম্না অথুবা অমস্মুং অকুপ্পা থাওথাং ঈশৈগা কোন্নবা। অনিমক অশেংবা জগোয়নি।

হায়বদি নৃত্ত ওাক্তনি। মথংদা লাকই—'শব্দম্'! ঈশ্বরগী মগুণ কোংদোকপা ঈশৈগা কোন্নবা নৃত্তনা মপ়ুং ওইরগা নৃত্যগী শরুক খজিক্তং য়ান্নকপা। অসিগী মথংদদি ভারত নাট্যমদা খ্বাইদগী লুবা অমস্থং খ্বাইদগী হুংওাইবা—বর্ণম। মসিদি চপচাবা নৃত্যনি। ভাব রাগ অমস্থং তালনা পূল্পা অমত্তা ওইনা চৎমিন্নবা অভিনয়না থম্মোয়গী লুরবা নৌরবা ভাবশিং অহু কোংদোক্নবা লাক্নবা কর্ণাটিক সঙ্গীতকা কোন্নগদবা অহুগুম্বা জগোয়নি। মথংদা খোঙথাং খরদং তপথরকপা, ঈংথরকপা অমস্থং নৌথরকপা অভিনয়গা কোন্নবা 'পদম্'। লোইশিনবদা চুমনগী ছন্দদ মকোংদোকপা তশেংবা নৃত্তগী শকফম—'তিল্লনম্'। মতুংগা অনি থোকনা "শ্লোকম্" —য়ামনা ঈংনা ঈরেং লেঙদনা অভিনয়দা উৎপা অমস্থং 'নর্ত্তনম্ আদিনার'- শিবগী তাণ্ডব জগোয়গা কোন্নবা অমস্থং লোইশিনবনা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীনা।

কথাকলি জগোয়দি চপচানা ডান্স ড্রামানি। লীলা ওইনা শান্নবনি। কেরালা লোমদগী মহাকবি বলাথোল হায়বহুনা মপ়ুং ওইনা পুথোরকপনি। মসিদা চঙই—অঙকপা ফংনা য়াম্বা অমস্থং কুপ্পা মুদ্রা (মপ়ুংদি ২৪) মাই মিৎ ওক অমস্থং মিৎয়েংনচিংবা ফাওবা অকক্লবা মুভমেণ্ট মশিং। অথ য়াওরবা মচুশিংগা কোন্নবা মতম চঙলবা হকচাংগী মেকঅপ। মরোল লোল্লবা হকচাংগা অভিনয়নি। বা ওাংবগী শরুক য়াওদে। নিপাগী জগোয় (তাণ্ডব) না মপ়ুং ওইবা জগোয়নি। রামায়ণ মতুংগা মহাভারতকী মতুংইন্না শান্নবা, রাম, রাবণ, ভীম হনুমান্নচিংবনা খোরক্তুনা পুং মরিরোম চুপনা শান্নরগদবা জগোয়নি।

কথক জগোয়দি উত্তর ভারত লোমদগীনি। ভরত মুনিগী নাট্য শাস্ত্রগী মতুংইন্না চৎথরম্বা জগোয়নি। ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অমস্থং রাধা কৃষ্ণগী প্রেমভক্তিগা তিন্নরম্বা জগোয়নি। অহুদগী মুসলিমগী প্রভাব চঙলক্তুনা দরবারনচিংবদা অমস্থং অঙম্বশিংগী মমাংদা অস্থম অস্থম

শাহল্লকপদগী জগোয় অসি অমাংবা, ইন্দ্রিবু পেলহল্লবা জগোয় ওই-রকই। অদুবু অমুক অনৌবা ভারতকী জাগ্‌তিগা কোম্লনা থোইদোক্লস্থু মহারাজ বিনাদিন হায়বদুনা কল্লা হোৎনবদগী অমুক হান্নগী ধর্ম্মগী অশেংবা ভাবলোমদা পুশিল্লকপা জগোয়নি। অথুবা অমস্থুং অকুপ্পা খোঙথাংদা কথককা পাবিনবা অতে জগোয় লৈতে। খোঙথাং অসি চক্রগুম্না উরু উরু লৈ অককনবা তাল মশিংগা কোম্লনা। ডান্স টেকনিকী মরমদদি ইহান হানবদা হকচাংগী ফিরেপ "থাৎ" ওক অমস্থুং থুৎকী মুভমেন্টকা মিংকা কোম্লনা পুল্লপনা লয়দুনা শারকপা "রোক"। অদুদগীদি অদুম। অহানবা চৌদোকপা জগোয় অমদা ইহান হানবা মুভমেন্টতি "সলাম" নত্রগা থুরুম্বা-- মসি মুস্লিমগী প্রভাবনি।

মণিপুরী ডান্সকী থাইদগী ফজবা অমদি মসি হৌজিক কাওবা ধর্ম্মগা থাদোক্লদ্রি। লাইমাংদা, মাগুবতা শাবদগী হেন্না ময়ামগী পেন্নবা মুংঙাইনবা শাহন্দ্রি। মসিমকনা জগোয়গী অরুবা অমস্থুং ফজবা কয়া-মুক করিমতা কায়হনদনা লৈরি। ভক্তিগা কোম্নবা ভক্তিগা থানবা য়াদবা, য়ারিবমথৈ ইন্দ্রিগী অপেনবগী মশক ওইব শরুক লৌথোকপা জগোয়নি। অসিনা মিংকী ময়েং অমস্থুং মুভমেন্ট অয়াম্বা লৌথোকই। মায় ফাওবা থুমজিন্দুনা শারিবা জগোয়নি বাসতদি। ঐখোইনা কুপথনা নৈনগদবা মতাং অমদি মণিপুরী ডান্স হায়বসিনা করম করম্বা ডান্সপু খণ্ডন-গদৌরিবনো? ক্লাসিকেল হায়রবনিনা নাগা ডান্স, থাবল চোংবাদি য়াওররোই। অদুবু লাই হরাওবদি কদোমদা—ফোক নত্রগা ক্লাসকেল? অয়াম্বা মপানগী মীনা লাইহরাওবদু ঈশম শমনা হেক্তা কৌ-শিল্লি—ফোক ডান্স। মসি য়ামনা মুন্না নৈনগদবা মতাংনি। হন্দক্তা ইণ্ডিয়া গভর্ণমেন্টনা ফোংবা ইণ্ডিয়ান ডান্স হায়বা লাইরিক মচা অদুদা ক্লাসিকেল জগোয় থুদিংগী খনগংলবা মীশক থরনা ইরি। মদুদা শ্রীমতী ঠাকুর [ Srimati Tagore ] হায়বী অদুনা মণিপুরী ডান্স হায়রগা মরিথক্তং লৌরি [ক] লাইহরাওবা [খ] অস্ত্র বিদ্যা [গ] চলন

গঠন অমসুং [ঘ] রাসলীলা। য়ামনা মরুওইবা রাকম অমদি লাইহরাওবা জগোয়রবু ক্লাসিকেল ডান্স কৌই। গুরু সূর্য্যবর সিংহনা মরু ওইনা পুথংলমদুনা মপান্দা খওহল্লম্বনি হায়নসু শ্রীমতী ঠাকুরনা ইরি। মতিক চাবা খুদমগা লোয়ননা শ্রীমতী ঠাকুরনা প্রমাণ তৌরি— লাইহরাওবদি ক্লাসিকেল ডান্সনি। মতাং অসিমতং মণিপুরী জগোয়গী গুরুশিংনা খীন্দনা লেপথোকপা দরকার ওই।

১৯৫৬



# মণিপুরী ফোক ডান্স

সংস্কৃতকী শাস্ত্রদস্থ জগোয় অসি অনিথোকনা থায়দোকই—মার্গী অমস্তুং দেশী। মার্গীনা পঞ্চম বেদ ওইবনা নাট্যশাস্ত্র রোমগা তিননবা। লম লমগী ওইবা অমস্তুং ময়াম পুন্নমক্কী পুক্নিংগী পেননফম ওইবা অদুবুনা দেশী—অস্থুম হায়না খণ্ডনৈ। হন্দক্তা স্বাধীন ফংলবা ভারত্তা লাক্লিবা জগোয়গী ঈহৌদা মমিং অমগা থোরকই—ফোক ডান্স। হন্দক্তস্থ ভারত সরকারনা "ফোক ডান্স ওফ ইণ্ডিয়া" হায়দুনা ভারতকী ফোক ডান্স ময়ামগী মরমদা ইবা লাইরিক মচা অমস্থ ফোংলে। মসিগী মমাংদা ফোংগ্রবনি "ইণ্ডিয়ান ডান্স" হায়বা মরুওইনা ক্লাশিকেল ডান্সকী মরমদা ইবা লাইরিক মচা অমা। সংস্কৃতকী "দেশী" হায়বদু ঐথোয়না মতমগা চুননা ফোক ডান্স হায়দুনা মিং কৌবতনি।

ফোক ডান্স হায়বসি ময়ামগী ওইবা অপুনবা জগোয়নি। অপুনবগী মুংঙাইবনি। অয়েংবস্থ অশাবস্থ থম্মোই অমতা ওইবা, ভাবোকা জগোয় শারিবা মীগী মরক্তা লৈরিবা চৈথল অদু মাঙলকপা। মসিদদি য়াম্না ফজ্জৈ হায়বগী রা লৈতে। হক্চাংগী থুৎথেক শাথেকনা অভিনয়নচিংবা উৎতুনা তোঙান তোঙানবা থম্মোইগী ঈহৌ ফোংদোক্লবগী তাঞ্জা ফংদে। ঐগীদি য়াম্না ফজ্জৈ হায়রসনু হায়বগী রাথলসু থোইনা লৈতে। পুনবা তিননবগী মুংঙাইবনি; পুন্না শারকপগী ফজবনি। করিগুম্বা জাতি অমগা নত্রগা কাংবু অমগা হৌদোকমিননরবনি। য়াম্না লায়বা জগোয়নি হায়রুরবদি অকায়বা থর লাকই। অদুবু ক্লাশিকেল ডান্সকা চাংদম্ন-বদদি তাললনচিংবনা পৌরপনা চৎপনিনা পঙলু লুই হায়বদি য়াদে।

ভারতকী ফোক ডান্স অয়াম্বদি ধর্ম্মগা মরী লৈনৈ। ধর্ম্মগা অয়াম্বা হৌদোরকপা ঙাক্কনি। মতুংদা ধর্ম্মগী মরায় চায়থরকই অমসুং সামাজিক ওইবা মওংদা অসুম অসুম চওশিল্লকই। অদুবু ধর্ম্মগী ভাব য়াওদবা জগোয়সু লৈরি। লৈরু লৈরুবা লমদাগী মতুং ইননা জগোয় মওং কয়াসু থোরকই। পুন্সীগা কোননবা ফোক ডান্সনি।

মনিপুরগী ফোক ডান্স করি করিনো ? অয়াম্বনা (মমুংদসু মপান্দসু) হেক্তা হায়নৈ থাবলচোংবী অমসুং লাই হরাওবা। ধর্ম্মনা হৌরকপা থাবলচোংবীনি—অহানবদা পাখংবা সনামহিগী ওইনা কেক্রে কে কেক্রে চোংলমই। মথংদা লমদা থাগী পুর্ণিমাদগী হৌনা মহাপ্রভুগী মগুণ শক শোনবা ওইনা চৎনৈ। হৌজিকতি বেণ্ডপারটি—থোইদোক্না খোন-জেল কবা ঈশৈ হনবগী অমসুং খুম্বগী দরকার ওইদ্রে। ধর্ম্মগী শরুক লোইখ্রে।

লাইহরাওবা হায়বসিসু মখল কয়ামুক লৈরি। মণিপুরগী মফম খুদিংদা হরাওবা অসি অতুম থর থর খেননৈ। জগোয় শাথেকতি মপুং অমা ওইনা লৈরবসু লম লমগী থর থর অতুম হাপচিল্লকপা হায়বসিদি হৌনশানি। মসিদি চুমনগী জগোয়সু নত্তে, জগোয়গা ভ্রামাগা পুনবনি অমসুং পুন্নমক্তা মথক্তা ধর্ম্মগা শাগোম্নরিবা লৈশেম্বা মীশেম্বা অসিনচিংবগী মমুং হুনজিনবা তত্ত্ব য়াওরি। লাইহরাওবদি অত্তৈ লমগী ফোক ডান্স কুমনা ঙাইহাক মুংঙাইরগা তোকপগী মওংদি নত্রে। হকচাংগী খুৎথেক শাথেকর্কা অর্থ কয়ামুকসু য়াওরি। মরম অসিদগী কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা লাইহরাওবগী জগোয়শিংগী অর্থ অসি পুখোক্করবদি অমসুং মতুনা নাট্যশাস্ত্রনচিংবা ভারতকী ক্লাশিকেল ডান্সকী মুমফম ওইরবা লাইরিকশিংগা য়াম্না নকুবা মওং অমদা পুথৎপা ঙমল-বদি লাইহরাওবা হায়বা জগোয় অসিসু মওং অমদা ক্লাশিকেল ডান্সনি হায়বা য়ারবা য়াই। অদুবু মতু হৌজিকমক্তি থোকদ্রি। লৈখিজবা

শুরু সূর্য্যবরদনদি ক্লাশিকেল ডান্সকি মওংদা নাট্যশাস্ত্র য়োমগা নকননা পুথৎলমই। মচু নৈনবা দরকার ওই। অসি নৎতবা মমাংঙৈদা শান-রমবা, হৌজিকসু থোশাবীত্রবা জগোয় কয়ামুকসু লৈরি। মওং কয়ামুক থোক্না লৈরিবা "শরোয় খাংবগী জগোয়" অসিমসু অশেংবা ফোক ডান্সনি। অদুগা হন্দক্তা রূপমহলনা পুথোরকপা অন্নোনচিংবা মফমগী অঙোম শলাইগী লৌ হুল্লমদাইগী জগোয় (তিনমু লাইমু তাম্বোক্লবা—চেরেকারে) তশেংবা ফোক ডান্সনি। অসি নত্তবা মওং কয়ামুকসু ময়াম্না খঙনদবা লৈরমগনি।

চৈংগী লমগী জগোয়দি নাগা ডান্স হায়না খঙনরিবা অমা (মসিমসু মওং কয়ামুক থাম্নরি) অমসুং তাংখুলগি জগোয় অমা অমসুং মিজো ডান্স হায়বা অমগা—মসিদগী হেনবদি ঐখোয় পঙউ উত্রি। অদুবু থিজিন্নুরবদি মথল খরসু লৈরমখিগনি।

১৯৫৬

# মণিপুরী ফোকসোং

ফোকসোংগী অর্থদি লোকগীত নত্রগা লোকসঙ্গীত। থরগা হেন্না মৈতৈরোল তাবা লোন্দাদা হায়রগা ময়ামগী ওইবা ঈশৈ। ইংরাজী সংস্কৃতিগী প্রভাব হায়বসি অঙকপনি! স্বাধীন ফংলবা ভারতকী পূম্না ঈহৌমিন্নরকপা ঈচেলদ ইংরাজী ৱাগয় ঙাক্তনা অতুন ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী মশক তাক্লক্লি— ফাক ডান্স, ফোক সোং, ফোক ড্রামা, ক্লাসিকেল ডান্স অসিনচিংবা। ঐখোয়স্থ অসিগুম্বা ৱাহয়শিং অসি কয়া তাবদা হৈনত্রফাওবদা অস্থুম শিজিন্নবা তম্বা তাগ। নাকোংদা চঙশিন্নবা থম্মোয়দা পান্নবা। নত্রবদি মীমান্নরোইদৌরি ৱাহয়শিং অসিনা চপচাবা করি করি খঙনরিবনো হায়বত্থু মণিপুরগী কলাপ্রেমী পূম্নমক্না অমত্তা ওইনা খঙনবা দরকার ওই।

জগোয় ফাওবগী মরমদদি ভারত সরকারনা করম হায়না খায়দোক্লি হায়বত্থুদি ফোঙলকপা লাইরিক অনিমক্না মশক ফনা শেংনা উংলে। অসিফাওবনা ক্লাসিকেল জগোয়নি, অতুফাওবনা ফোক জগোয়নি হায়বত্থুগী চাওরাকপা মশক খঙনরে। হৌজিক অশেংবা খঙনদ্রিবসি ফোক সোংগী মতাংসিনি। মসিগী মরমদা হৌজিক ফাওবা লাইরিক অমত্তা পোকত্রি ভারত সরকারলোমদগী। অসিনা কমদৌনা মশক লেপ্পিবনো অরেপ্পা খঙদ্রি। ড্রামাদা ঐখোয়না বাংলাগী প্রভাবত্তগী লৌনরমই—পৌরাণিক, ঐতিহাসিক, সামাজিক। দিল্লীদা উংখিবা ড্রামা ফেষ্টীভেলদা থরদং খেন্নন চংনরকই - ফোক, ট্রাডিসনেল অমস্থুং মোডর্ন। অস্থুমত্তৌনা ভারত পূম্বগী ওইনা চংনরকপা মশক অমা ঙাইদবা য়াদ্রি।

অহুবু চাওরাক্লা অস্নুম খন্নবা য়াই। কনাগুম্বনা অনি থোক্কনা থায়দোকই– উচ্চাঙ্গ সঙ্গীত ( ক্লাসিকেল সোং ) অমসুং অয়াংবা ঈশৈ ( লাইট সোং ) মসিমদি লায়মনখ্রে। মসিগী মহুত্তা—ফোক, ক্লাসিকেল অমসুং মোডর্ন অসুম হায়না অহুম থোক্না থায়রবদি? ঐহাক্কী মত্তদি মসিসু ময়ারে হায়না নিংঙ্গে। অহুবু ভারত সরকারনা করি হায়রক্কবা?

মথক্কী অসি হক সোখিবদা গুম্লোকপা রাখলগী অন্দোলন অমা থোরক্কদৌরি। মতুদি হৌজিক ফাওবদা আধুনিক হায়দুনা নহারোলশিংনা শকুরিবা অসিসু নঙবা মণিপুরদা হেক লেরিবা ঈশৈ মখৈ ফোক লোমদা লোইনা চিংখিব ত্তারে। মরমদি ক্লাসি কেল সঙ্গীত হায়বসিদি মণিপুরগী হান্নগী লৈজবা মরল নত্তে ভারতকী সংস্কৃতিগী দাননি। অমসুং মণিপুরদা চংনরিবা ক্লাসিকেল সঙ্গীত অসিদি অরাং ভারতলোমগী খুদোলনি। ভাবকা গাম্ভীর্য লেবা, থম্মোইগী ভাব মওং কয়ামুক পুখোকপা ভম্বদা অমসুং অকক্লবা রাগ রাগিনীনা পুন্দুনা থম্বা ঈশৈগী মওংদদি ক্লাসিকেলগুম্বা ঈশৈ লৈত্তে; খ্বাইদগী হেল্ল হায়রবসু য়াই। অহুবু মসি মণিপুরগী ওইবা মণিপুরীশিংনা পুথোকচরকপা মণিপুরী-শিংগী পুন্সা অমসুং থম্মোইদগী থোরকপা ঈশৈদি নত্তে।

ফোক সোং হায়রগা এখোই অয়াম্বনা খঙনৈ—লাই হরাওবা মওং কয়াগী শৈশকশিং, পেনাগী শৈশক অমসুং ময়েক, খুল্লং ঈশৈ ( নত্রগা খুৎলং ঈশৈ ) গী শৈশক। মসিরাইদগী পওহেন হেন্নদ্রি। ঈশৈ থরসিবুদি শোয়দ্রে। মণিপুরীশিংগী থম্মোইদগী চপচানা থোরকপা অমসুং লাইরিক ময়েক্লচিংবা শন্নদ্রিঙৈদা লৈজরম্বা অমসুং লৈজরিবা তাঙলবা সাহিত্যগী মরননি। অসিগুম্বা সুংওম্নবগী মশক ওইরবা স্নুরনা দিল্লীগী ভাবোক ফাওবা ঙকহনবা ঙমথ্রবনি।

খোংজোম পর্ব্বগী শৈশক্তি? মসিমসু ফোক কৌবা য়াই। থরদি থেঙনা চঙলক্লবসু। মসিমসু মণিপুরগী ওইবা মরননি। মণিপুরগী

চীংয়া তময়া অমস্তুং লরাই থবাইদা শীন্দুনা লৈরিবা ঈশৈগী সুরদগী লৌশিন্দুনা খোংজোম লানগী মতুংদা মৈতৈ কবি খরনা মওং অমদা শক্লথা শৈশক্লি।

হৌজিক য়াম্না মরু ওইবা অমনা—নোট পালাগী ঈশৈশিংদি করি ওইগনি? অগোয় রাসতা শক্লিবা ঈশৈগী সুর কয়া পালা চলনগী ঈশৈ শৈশক কয়া—শম্না হায়রবদা সঙ্কীর্ত্তণগী ঈশৈশিং। ক্লাসিকেল অমা হায়রুবা য়াদ্রে। আধুনিক হায়বা অমা ওইদ্রে। অতুনদি অতুম মশানা তাজরি—ফোক সোং। হন্দক্তা ভারতনা ফোংলকপা ফোক ডান্সকী লাইরিক্তা—বাংলাগী কীর্ত্তণবু বাংলাদা খ্বায়দগী হেন্না পান্নবা ফোক ডান্স হায়না কৌই। কীর্ত্তণগা মরি লৈরবা মণিপুরগী নোটকী ঈশৈদি ফোক কৌরবা তাই।

ফোক হায়রগা থায়নগী ওাক্তা খওনদে। হৌজিকমক চৎনরিবস্তু ময়ামগীবু ওইবা য়ারবদি ফোক কৌগনি। মণিপুরগী ঈশৈগী লৈজরিবা মথৈবু ফোক কৌরগদ্রা নত্রগা কদাই ফাওববু ফোকসোং কৌফম থোকপগে হায়বসি পীন্দনা লেপথোকহৌবা দরকার ওইরে।

১৯৫৬

# মণিপুরগী ফোক ড্রামা

ফোক ড্রামা হায়বনা অমনি। অহুগা হৌজিকী স্তেজ য়াওবা ড্রামাগী কাংলুপশিংগী মন্নুংদা ফোক কাংলুপ (ফোককেটেগোরি) হায়বনা অমনি। ফোক ড্রামা হায়বদি মণিপুরীশিংগী মশাগী ওইজরবা মতম কুইনদগী হৌরকলা মণিপুরীশিংগী থম্মোয়গা অমতা ওইনা থাদোক্লবা য়াদনা উংলিবা লীলাশিং অহুবুনি। হৌজিকী ড্রামা হায়বসিদি গুরাং নহালদা মণিপুরদা চঙলকপনি। কুনগুবা শতাব্দীগী হৌরকপদা বাবু পাড়াগী বাঙালীশিংনা পুথোকপনি। বাঙলা লৈবাক্তনা তরানিপাল গুবা শতাব্দীদা কলিকতাদা ইউরোপিয়ান ভদ্রলোক অমনা নোংচুপলোমগী ড্রামাগী মতৌ পুশিন্নকপনি। ভারতকী সংস্কৃতিগা তিন্নদবা পুমতোপ তোপ্না নোংচুপকী ড্রামা মওং অমনি।

ভারতকী নাট্য শাস্ত্র লৈরি। চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী কালিদাস অমসুং শুদ্রকনচিংবা ভারতকী শীংথানরবা য়ারবা নাট্যকার লৈরমই। কাওরবা ড্রামাগী লাইব্রিক কয়াসু ইনরমই। মরক্তা মধ্য যুগতা ঈচেল লেপলুরে। অহুবু ময়ামগী ওইবা ফোক ড্রামাগী শকং কমদা নোংপোকলোমদা "যাত্রা" ওইনা হিংলি—থোইদোক্লগ বাঙলা লৈবাক অমসুং মণিপুরদা।

থাইনগী ভারতকী ড্রামাগী চঙদবা য়াত্রবা কল্পনাদা লূপশিনবা রসকী মুত্তি অমসুং সুত্রধারনচিংবা অহুদি মণিপুরদদি জগোয় রাসতা কনা য়ান্না কজনা লৈরি। চপ চাবা ডান্স ড্রামা কৌবগী মহুতা

ওপেরাগুম্বগী মওংদা জগোয় অমম্তুং ঈশৈনা মপুং ওইনা ৱারী-ৱাতাই শাবনচিংবম্ না ৱাওনা শান্নবা লীলা মওং অমনি হায়না লৌবা য়াই। মতমগী ইরৈনা অম্তুম অম্তুম পুশিল্লকপা "শনশেনবা" "উদুখল"নচিংবম্ অদুম ওপেরাগুম্না লৌরবম্ য়াই। পুম্নমক অসি লীলাদা থোকলিবা গোপ গোপীশিংগা বৈষ্ণব ওইরবা থম্মোইশিংগা অমত্তা ওইনা ময়ামগী ওইবা থায়নগী ড্রামা মওংদা হৌজিক ফাওবা লৈবি। ভারতকী মহৌ-শাগী লৈজরম্বা ক্লাসিকেল ড্রামাগী ঈচেলদা মণিপুরীশিংগী লৈজরম্বা ঈশৈ জগোয়গী ঈচেলগা অমত্তা ওইনা তিন্নখিবনি।

ময়াম্না মণিপুরদদি "যাত্রা ৱালী" হায়না খঙনবা ভশেংবদি "যাত্রা" হায়বসি ভারতকী সংস্কৃতিনা মশক ওন্দুনা থোকপা মণিপুরগী ফোক ড্রামা অমনি। চহি চা কয়াগী মমাংদা মণিপুরদা ইহান হানবা করম্বা যাত্রা ৱালী শান্নখিবগে হায়বতুদি লেপ্লদ্রা ফনা লুনা থোক্লে অদুবু রামায়ণ মহাভারতকী ৱারীশিংনা মপুং ওইনা অহানবদা শান্নরমই। অমম্তুং মমৈথংদা যুগকী শিংলকপা মুংশিংকা লোয়ননা লীলাগী মশক্তি লেঙড্রবম্ বিষয় ওল্লকই হায়বসিমদি য়েংনবা লৈতনা য়ানরিবনি।

মতম অসিদা লাংথবান্দা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তকা অমম্তুং চীংমৈরোংদা মহারাজ চুড়াচান্দগী হাক্তকুম্ "কালীয়দন" শান্নতুনা অথোইবা কুম্মৈ ওইখিবা শীংথানবা য়াই। তরামাপল শুবা শতাব্দীদম্ মণিপুরগী মহারাজগী মতমদা শান্নখিবা যাত্রা "সভা পর্ব্ব" হৌজিক কাওবা শান্নরি।

অতুদগীদি মণিপুরগী মচি মচিদা ইম্ফালদা পার্টি কয়ামুক্তা লাইমাংদা লম্পাক্তা অমম্তুং মাগুবতা শান্নরকপা যাত্রা কয়ামুক হৌজিক কাওবম্ তান্নবা ওমদ্রবা ফোক ড্রামা ওইনা ময়াম পুম্নমকী থম্মোইবু চিংশিল্লি। মতমগী ঈরাংনা ধর্ম্মগী শরুক্তগী সামাজিক ওইবা শরুক্তা নম্না অমম্তুং

হন্দক মরক্তি অমুকন্সু মণিপুরগী ইতিহাসকী মশক য়াওনস্থ শান্নরকপা থ্বাই পুন্নমক উনরি। যাত্রাদি তশেংবা মতমগা চুনরবা ফোক ড্রামানি। নোংচুপলোমগী ড্রামাগী মওং ষ্টেজ য়াওবা থিয়েটরনা ফনা য়াম্না মণিপুরদা ফাওগৎতুনস্থ মণিপুরীশিংগী মমাংঙৈদগী হৌনা লৈজরক্লবা যাত্রাদি হাল্লদগী হেন্নবু মপাঙ্গল কনখৎলকই হায়বদা হায়মনবা থোক-লোই। ওন্নকইবা সমাজগী মিংশেল অমস্তুং সমাজবু নোকহনবগা লোয়ননা করেমনবস্থ ওন্না অমস্তুং য়ামত্রবদা খনখহনবা ওন্না মণিপুরগী যাত্রানি। হৌজিক্কী মণিপুর ড্রামাদা লৈবগুমনা যাত্রাদদি হিংবা শিবগী সমস্যা লৈতে। মপুং ফানা হিংলি।

১৯৫৬

———— ————

# গুরু অমুদোন শর্ম্মা

কেতুকিগী মনম, মণিগী মণ্ডাল—চৎতুনা মীভোন্দা ভাকলুবা নত্তে। মশানা অতুম ফোংদোকচরকই। মীওইবগী গুণগী অমাওবা লৈত্তে। ইম্ফালগী নোংপোকলোমদা কাচিন অমদা ঈংনা চিকনা লৈরিবা ওঝানি—শ্রীঅমুদোন শর্ম্মা। ফনা কুইনা লাংতুনা লৈরমলবনি। হন্দক্তা বোষেগী পুষ্পবীত সবিতা মেহতানা পুথোকখি। অসিদা লৈরে এনা তমগদবা ওঝাদি। মতুংদদি খঙনরকলে মনুংদস্থ মপালদস্থ। শ্রীগোবিন্দবু পুন্সি চুপনা থৌগন তৌরকলিবা ওঝা, মণিপুরী জগোয় রাসকী মমাংঙৈদগী চেনথরক্লিবা ঈচেলবু করিমত্তা নৈহন্দনবা হোৎনরিবা ওঝা, হৌজিকমক হিংলিবা জগোয়গী শিংথানবা য়ারিবা অথোয়বা গুরুশিংগী মরক্তা অমা—গুরু অমুদোন।

মীরোল মশা শুনা ওঝাগী শাগৈনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌবদা য়াওজরকলবনি। লৈখিদ্রবা ওঝা কাহ্লাই গুরু অমুদোনগী য়ান্না নক্লবা মরীনি (ঈপলনি)। অতুদগী অসুম অসুম কাখৎখিদুনা স্বরূপানন্দ রসানন্দনচিংবা লৈখিদ্রবা ওঝাশিংগা অতুম গুরু অমুদোনগী থৌরানী শাবীনচিংবা অহল-লমলশিংগা অমত্তা ওইনা লৈখিবনি। অসিনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী হৌরকপা জগোয় রাসকী শেংলবা থান্না অমসুং মরককী ওঝাশিং খরনা হাপচিল্লক্লবা পাকথোকলক্লবা ভঙ্গি মণ্ডাগী ঈচেল অসি করিমত্তা য়াল্লহন্দনা শেংনা থম্লিবা কাংবু অমদি গুরু অমুদোনগী শাগৈনি।

লৈখিদ্রবা মহারাজ বোধচন্দ্রগী মতমদা করিগুম্বা মরম অমদগী লুংঙাইনদহুনা চহি তরামুক কোম্লুং চঙলুদ্রে। অহুবু করা কুইনা

শ্রীগোবিন্দনা মনাই ভক্তবু হন্দোকপা ঙমগনি ? মহারাজনা অমুক কৌখৎলকতুনা শ্রীগোবিন্দগী অচানবা মনাই ওইনা অমুক থৌগন তৌজবা ফংখি। তশেংবদি কৌখৎলকপা নত্তে ;হায়জখিবনি।

থায়নগী ওঝা গুরুশিংনা চেৎনা হুদিদা কোল্লমবা ভঙ্গি মণ্ডাসিদা খোঙ্গাং অমা ফাওবা হাপচিললোইদবনি হায়বসি গুরু অমুদোনগী মতনি মত্তমগী ঈরাং চঙবা য়াদে। শেংলবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ভক্তিগী মূর্ত্তি অদুদা ঐখোয়না করি অমুক হাপচিল্লগনি ? অসিনা মহেশোদগী চৎথরকলবা ঈশৈগী স্বর অমস্তুং ময়েক শারিবা জগোয়গী শাথেক খুথেক অমস্তুং তাল—পুন্নমক অসি করিমত্তা কায়হনদনা থনমবা লাকনরি। গুরু অমুদোনদি পুংস্থ চপ চানা মপুংফানা য়েবা ঙমই। থায়নদগী শক্করিবা তাঙলবা ইশৈগী লাইরিক ( কোর্বেক ) খরম্তু য়াম্না চেৎনা পায়রি। অদুবু নোংমদি তাকপিরকই-"ঐদি করিমতা খঙজবা নত্তে।"

জগোয় ঈশৈগী বিদ্যাদদি অথোইবা ওঝা ওইবিরি। অদুবু গুরু অমুদোনদি ওস্তোক্লা চমলবা শেংলবা পুন্সি লেল্লি, মত্তমগী লাক্লিবা ঈরাংগী খজিক্তা ফাওবা ওঝাগী থম্মোইদা মমি তাহনদে। নোংমা ঐহাক গুরু অমুদোনগী শঙ্গায়দা চৎচরুই। ঈশৈগী মতাং অমা হংজরুবদা লেপখৎতুনা চন্নবা ফিজেত্তা জগোয়গা লোইননা শক্ককই।

অমুকা হেন্না ঙকপদি ভক্তি ভাবনা ঙমখিদুনা ওঝাগী মিৎলুদগী পি শিন্নগদৌই। কয়াদা চেৎত্রবা ভক্তিনো ! মাঙ্গোন্দা লৈরিবা ময়াম, শেংলিবা ফিজেৎ অমস্তুং মকম মতম পুন্নমক কাউথোকখিদুনা রাধা কৃষ্ণগী প্রেমদা লুপখ্রিবনি। অসিগুম্বা ওঝাগী মকমদা লৈরিবা জগোয় রাসনবু লেম্না মাঙগদ্রা ? মপোক কয়ারকী মতুংদা অসিগুম্বা শেংলবা ভক্তিগী থম্মোই অসি ফংজররিবনি।

হন্দকস্থ অমুক বোম্বেদা কুমারী সবিত্তা মেহতানা কৌদুনা চৎলুরে। মতিক চাবা সম্মান ফংলকই। মতম খরগী মমাংদস্থ বোম্বেগী মণিপুরী

জগোয়গী গুরু বিপিনসিংহনসু ওঝাদগী ঊমজবা খর লৌজখি। ঋবেরী মচিন মনাওশিংসু ওঝাগী মাওদা শাজহনা অশীর্বাদকা লোয়ননা চংশ্রবনি।

হৌজিক কানগী মফম অয়ামবদা শানরিবা শিখরকলবা জগোয় রাসকী মরমদা নোংমা গুরু অমুদোননা মুংঙাইত্তনা শোনখি—"খঙদ্রে কদোমদা ওইরকদৌরিবনো জগোয়সিবু—হান্নগীসিবু হিংবা ঊমখিগদ্রা নত্রগা হৌজিক কনাগীসিনা ঊমগ্রগদ্রা ?" থাংস্নেশেংনমক অরুবা রাফম্নি। অদুবু পাওখুমদি কনানা পীবা ঊমগনি ?

শ্রীগোবিন্দবু চেৎনা কোঞ্জবা হায়বা অসিনা ওঝা অমুদোনগী অথোইবা গুণনি। শক্তিনি অমসুং মিংচৎনি। থায়নগী জগোয়গী লাই-গুরুশিংদা অচেৎপা শ্রদ্ধা লৈবা হায়বসিমখু, কংঙমত্রবা তাঙলবা গুম্নি। চহি হুমফুত্তরা য়ৌশিন্নরুবা গুরু অসিগী জগোয়গী বিদ্যাগী মঙাল অসি মনিপুরদদসু নত্তনা ভারত শিনবা থুংনা মতম কুইনা ঙাম্বোকপা ওইসনু।

১৯৫৬

---

# গুরু অমুবী

গুরু অমুবীনা নোংমা তাকপিখি --"ঐনা ইহান হানবা জগোয়গী মণ্ডাল ফংজবদি ঐবু পোকপী ইমাদগীনি "। মহারাজ ঈশ্বর ( চন্দ্রকীর্ত্তি ) গী হাক্তক্তা মণিপুরী জগোয়গী অঙকপা ঈচৌ লাকখিবা অতুদগী হৌরবুনা গুরু অমুবীগী ইমুংদি শ্রীগোবিন্দবু অতুম থৌগল তৌজরক্লবনি। মখাবু পোকপা মৈশ্নাম শামুসিংহসু মণিপুরী লান্মীগী অচৌবা ওফিসার ওই-রমই। মণিপুরগী স্বাধিনতাগী অরোইবা লানফমদা অকনবা শরুক য়ারুবদগী আন্দামানদা ( কালাপানি ) থাবদা য়াওরুই। অসিনা মণিপুরগী সংস্কৃতিগী অকল অথোগী ঈচেল অমস্তুং থোংলবা নৌরবা জগোয় ঈশৈগী ঈচেলনা পুননা গুরু অসিগী শিংলিদা, রাখলদা অমস্তুং থম্মোইদা অতংপা লৈতনা চেল্লিবনি। লাইগুম্লবা মখা কয়াদগী জগোয়গী বিদ্যা অসি তম্লরবনি। অদুবু মখানা তোয়না শোনবা জগোয় ঈশৈগী গুরু অমদি ওৱা সনাজাউবা (নিত্যাইবাংকী সুখ্বা )।

গোমুখিগী নাপোমদগী ভাগীরথী গঙ্গানা ঈচেল ফাংনা পূন্যভুমি ভারত্তা চেন্থরকপগুম্না শেংলবা মণিপুরী জগোয় অসিসু শ্রীগোবিন্দগী ইচ্ছাদগী থাপলবা ভারতকী কাচীল কয়া য়ৌনা চেল্লুহুনা থম্মোই কয়াবু জয় তৌখ্রবনি। মায়কৈ অসোমদা পুন্সী কংথোকপীরুবা মণিপুরগী অথোইবা মখা অনিদি—অমনা গুরু অমুবী অমস্তুং অতোপ্পা অমনা গুরু অতোম্বনি। চহি কুম্থাগী মতুংরাইদা চংলুই—বোম্বেগী অহমেদাবাদকী খাওলা হায়বা মফম অদুদা। মুংশা শামনবা অদুনা থা থরগী মতুংদা হল্লকখি। তুংদা ভারতকী কাওরবা ইমপ্রেসরিয়ো হরেন ঘোষনা কলিকাতাদা শীনবা মণিপুরী জগোয়গী শো অমা

উৎপদা য়াওরুই। অদুদগী উদয় শঙ্করনা কৌজখি-গুরু ওইবীনবা মহাক্কী ভারতকী জগোয় পুম্নমক্কী তমফম ওইরবা মফম "আলমোরো" দা। মতুদা চহি ফনা য়ামনা কুইনা ওঝা ওইবীরুই। উদয় শঙ্করনা ভারত শিনবা থুংনা চৎপা মহাক্কী টুরদসু গুরু অমা ওইনা য়াওবিরম্বনি।

উদয় শঙ্করনা আলমোরাদা উৎলম্বা মহাক্কী বুদ্ধি অমসুং থম্মোইগী অওকপা শক্তিশিং অদু গুরু অমুবীনা তত্তনা শোললি অমসুং থাগৎলি। ভারতকী ক্লাসিকেল ডান্স ময়ামগী ওঝাশিংবুসু য়েংহল্লগা মহাকনা ছাত্র ময়ামদা জগোয়গী পরীক্ষা তৌই। আত্তরগুলাপ অমতং হেকপা ভারবদা কমদোনা জগোয়দা উৎকদগে হায়বনচিংবদুগী কৃপাশিনবা জগোয়গী থুংথেক শাথেকশিং অদু আলোচনা তৌবৈ। মসি উরুবদা গুরু অমুবীগী পুক্লীংদা ফাওখি জগোয় হায়বদুদি অসিনিদনা।

ওঝাগী ছাত্র ছাত্রীদি ভারত শানবা থুংনা লৈখ্রবনি। উন্নিপোক্কা লৈরিবা ওঝাগী য়ুমদসু মপানদগী কলাকারন তোয়না লাকুনা তমজরৈ। মণিপুরগী লৈখিদ্রবা মহাবীর, হৌজিকমক লৈরিবা শ্রীথিংবাইজম বাবু-ওঝাগী অথোইবা ছাত্রনি। মপাল্লোমদা উদয় শঙ্কর, শ্রীমতি অমলা শঙ্কর, কপিলা অমসুং বোম্বেগী ঝবেরী মচিল মনাওশিং। ঝবেরী মচিল মনাও-শিংগী মনিপুরী রাস জগোয়গী মপুংফাবা বিদ্যা অমসুং উৎলকপা ফজরবা থুংথেক শাথেক্কা পেনখ্রদুনা ওঝানা নোংমা ময়ামগী মমাংদা শোনখি- "শ্রীগোবিন্দনা কমদোনা থাল্লব বোম্বে লেবাক্তা লৈরিবা মচিল মনাওশিং অসিগী থম্মোইদা অসিগুম্বা জগোয় হৈনিংবগী উৎসাহ অসি হাপ্পিরুরিবনো খল্লুবদা পি তাখিগদৌই।" হৌজিকমকসু মণিপুরী জগোয়গীদমক লৈরিবা ডান্সকলেজদা অথোইবা গুরু অমা ওইনা চহি হুমফুক্তরা হেজিল্লরুবা পুজ্ঞাগী পোক্লকম লমদমদা হজিল্লকপগী মুংভাইবগা লোয়ননা মণিপুরগী হৌগৎলক্লিবা আর্টিষ্ট কয়াবু অমসুং মপান্দগী লাকপা ছাত্রশিংবুসু শেমগৎপিরি।

ভারতকী তীর্থ কয়াগী ঈশিং থকলুরবা অমসুং জগোয় কয়াবু উরম্বগী তুংদা গুরু অমুবীগী পুক্লিংদা অসিগুম্বা রাথল অমা পোক্লকই।

লাইগুল্লবা ওঝা কয়ানা থম্বিরম্লবা ভঙ্গি মঙা অসিমদি কায়হল্লগা চপ চাবা মণিপুরী জগোয়গী খুৎথেক শাথেকতা অতোপ্পা অনৌবা খর পুথোরকপদা করি কায়বগে ? রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদসু ভঙ্গি অচৌবদা মরৈরমই। হায়রিবসিনা ভাব অমসুং রসতদি করিমত্তা কায়হল্লকদবা নত্তে। হাপতুনা য়েংলকই -- আবীর খেলনচিংবা জগোয় অমনিদা। হৌজিকমক ডান্স কলেজদা উংলিবা থায়নগী "ঝনতা" হায়বতুগী ঈশৈগা কোল্লবা ওয়্যোক্লা ফজরবা শাথেক খরদা ওঝামক্লা শাদোয়কপা গোপীশিংগী লাস্যগী (মুপীগী) জগোয়সু অঙকপা ফংনা ফজৈ হায়না মপানগী আরটিষ্ট অমসুং ক্রিটিক কয়ানা থাগৎনরিবনি। অসিগুম্বা থাগৎনফম ওইরবা তাণ্ডলবা সৃজনশীল শক্তি (ক্রিয়েটিভ পরার) অমা গুরু অমুবীগী মফমদা লৈ

মণিপুরদদি জগোয় হৌজিক শিথরক্লে। ইরাংদা মণ্ডাইরে। তাণ্ডলবা প্রেম অমসুং ভক্তিগী রস অয়াম্বগী পম্মোইদা লৈশিললকত্রে। জগোয় রাসতসু জগোয় ইশা শানরকত্রে। শ্রীকৃষ্ণমক্তা জগোয়দা ফাওবা ওয়্যোক ওাম্বাকপা মওং হাপচিল্লক্লে। খুবাক ঈশৈদা অমসুং মরুওইনা বাসক্কা হাপচিল্লরকলে—মোইরাংশাই। অসিগুম্বা মাণ্ডখরক্লবা থিংডমত্রবা জগোয় ঈশৈগী ঈচেল অসিদা নোংম। ওঝানা শোনবীখি— "য়েংহৈত্রেদকো তৌরিবা মতৌসি"; অমুকসু মতাং অমদা মুংঙাইতনা পনবিখি—"ঐখোযবুদি অযাম্বনা হৌজিক্তি পাম্লবীরকত্রবনি।"

হৌজিকমক মণিপুরগী জগোয়গী ওঝাশিংদা মতাং অসিদা খর খরদং খেননবগুম উরিবা অসি অমুকতং মুন্না তাম্লরগা মশক অমত্তদা গুরু অমুবীনা থমনিংই। জগোয় রাস হায়বা অসিবু জগোয়না প্রধান ওইগত্রা ? নত্রগা তালনা প্রধান (মপুং) ওইগত্রা ? তালনা ওই হায়না লৌনরবদি জগোয়গী হোংফত্রবা ওই-য়েং চানবগী মওং অসি হৌবদগী লোইবা কাওবা চপমান্নহনবনা চুমলোইদ্রা ? নত্রবদি মপানগী মীনা ঐখোয়বু

বৈজ্ঞানিক ওইদে হায়রোইত্রা ? মতাং অসিনি হৌজিকমক ওঝানা কন্না খল্লিবা তমস্নুং অসিবু অমুক্তং শেংদোক্লহৌবসিনি গুরু অমুবীনা অতৈংপা লৈতনা মণ্ডলিবা মগু।

অসিগুম্না ভারত কাওখ্রবা গুরুগী মিংচৎ অমস্নুং মতাসিবু ভারতকী সঙ্গীত নাটক একাডেমিনা খণ্ডলকতুনা সম্মান উৎখি। হন্দক্কা শোক ১৯৫৬ তা এৱার্ড ফংখিবা জগোয়গী গুরু অনি অদুগী ময়ক্কা অমদি কথা·কলি জগোয়গী গুরু কুঞ্জ কুরুপনি। অদুবু ওথোকপা লৈবাক মণিপুরনি— মণিপুরী আর্টিষ্টশিংনা অমস্নুং প্রজাশিংনা ওঝাবু থোয়কপদা মতিক চাবা অভিনন্দন তৌখিদে।

১৯৫৬

# গুরু অতোম্বা

"শঙত্রে ঐখোয়সিবু গুরু ককা হায়বত্তু মকোনগদৌরবরা ?" নোংমা গুরু অতোম্বনা ফাগীগুই করিগুই তৌনা তাকপীখি। মণিপুরগী ইকাই খুম্নফম ওইরবা ভারত কাওববা জগোয়গী গুরুনি। অদুবু কয়াদা নোল্লুকখ্রবা রাগৈনো! অদুবু অমরোমদদি অমুকন্না কয়াদা ফজখ্রবা রাতানো! মরমদি শঙবগী লোইবা নাইত্রবা মণিপুরী জগোয়নি; লাইগুম্নবা ওঝা কয়ানা শেংদোকপীরম্নবা পূণ্যভূমি মণিপুরনি অমসুং চাংজৌ নাইত্রবা ভক্তিগী ঈপাকনি।

শেংলবা বৈষ্ণবগী খম্মোয়নি গুরু অতোম্বগী খম্মোইদি। শ্রীকৃষ্ণদা অঙকপা শ্রদ্ধা অমসুং ভক্তি লৈ। জগোয় রাসকী খুৎথেক অমা কাওবা শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা কৎথোকলিবনি হায়না লোই। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা নোংমা মণিপুরী জগোয়গী মুদ্রাগী মরমদা হংখি। গুরু অতোম্বনা খুমখি "গুরুদেব! ঐখোইগীদি অতৈগী জগোয়দৌনা মুদ্রানচিংবা হায়বা লৈত্তে। ঐখোয়গী মুদ্রাদি ভক্তি মুদ্রানি প্রেম মুদ্রানি"। কয়াদা ফজখ্রবা পাউখুমনো! মণিপুরী জগোয়দাদ মুদ্রানা প্রধান নত্তে; হকচাংগী শাথেক (আঙ্গিকাভিনয়) না প্রধাননি।

মণিপুরী জগোয়গী লাইগুম্নবা ওঝা কয়াগা তিম্নবীরক্লবনি। ওঝা ঝুলোন মচা, হুইত্রোম রুদ্র, ওঝা অঙাহল, অঙৌতোননচিংবা মণিপুরনা কাউকম থোকত্রবা ওঝাশিংগা জগোয় ঈশৈগী বিদ্যাদা অমত্তা ওইনা

লোয়নবীরক্লবনি। ঐখোইগী লাইবক ফবা অমদি ওঝাগী চহি কুন-মরিগী অহুবাইদগী হৌরতুনা মণিপুরগী মপান্দা শেংলবা ভক্তিগী রস অমসুং ফজরবা জগোয়গী বিদ্যা অসি য়েনবা হৌবিখি। জগোয়গী কারবার নত্তে। তশেংবা মণিপুরী সংস্কৃতিগী প্রচারনি। ভক্তিগী প্রচারনি।

অহানবা রবীন্দ্রনাথমক্কা লোয়ননা শান্তিনিকেতনদা মণিপুরী জগোয়গী গুরু ওইবীরুই। ফনা য়াম্না কুইনা চহি তরা মত্তামুক। বিশ্ব কবি মক্না পামজরবা জগোয়গী মপুং ফাবা গুরুগী বিদ্যাদা পেনবীরম্লনা সার্টিফিকেট পীবিখি। ভারতকী সংস্কৃতিগী পণ্ডিত কয়ামুকসু থেংন-বিখি। মতুংদা অমুক কলিকতাদা অমসুং শিলংদা চহি নিপালমুক লৈবীরুই। মতম অসিদা ওঝাদা তেংবাংলৈ হৌজিমক মণিপুরী ডান্স কলেজদা লৈরিবা জগোয়গী ওঝা—গুরু য়াইমবী। ডাক্তর কলিদাস নাগনচিংবা ভারতকী মপান লান্না ফাওখ্রবা পণ্ডিত কয়ামুক্তগী সনাগী মেডল, লুপাগী মেডল অমসুং ওঝাবু থাগৎপগা সার্টিফিকেটনচিংবা কয়ামুক্না লোয়ননা ওঝাগী মপুং ফানা হৈরবা জগোয়বু ময়াম্না সম্মান তৌজখি। মশীং থীডমদ্রবা ছাত্র ছাত্রী কয়া থোকখ্রবনি। মখোয়মুগী মরক্তা শিংথানবা য়াবা অমদি হৌজিকসু ভারত্তা মমিং চৎলিবী শ্রীমতি ঋত্বানি। মহাকপু তম্বিবদা গুরু য়াইমবীসু মপুং ওইবা শরুক লৌবীখি।

ওঝা অতোপ্পনা নোংম তাকপীখি—ঈশৈ, জগোয়, পুং অমসুং তাল মরি অসি চপচানা চঙজ ঐখোয়গী জগোয়দা। অমত্তং রাংপদা নত্রগা শোখবদা হেক্তা জগোয় মশক থীগদৌরিবনি। অমত্তং রাংনা হৈবদা জগোয় বিদ্যা অসি মপুং ফাদ্রিবনি অদুবু হৌজিককান্দা তৌনরিবা জগোয়গী ঈরাং, শানরিবা মতমগী খুংথেক শাথেক অসিদা ওঝানা থক্কোয় শোক্না মুংঙাইত্তে। ভক্তি রসতা ডানজরিবা মণিপুরী জগোয়নি; ঈশৈনি। অদুবু হৌজিক্তি কারবারগী রসত মত্তাইখ্রে। অসিনা জগ

অতোম্বগী পুক্নিংদা অসিগুম্বা রাখল অমা মরক মরক্তা লাকই—মণিপুরী জগোয় অসিবু হিংগদৌরিব্রা ?

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণমক্তা শাবীরম্লবা জগোয়রাসনি। অদুগী মথক্তা অমুক লাইগুম্লবা ওঝা কয়ানা চপচানা প্রেমগী রসতা লেংথোকপিরম্লবা অমসুং থর্খারম্লবা ভঙ্গী মতমানি। মসিদবু করিসু খণ্ডবা ঐথোইনা করি অমুক শেমদোক্লিংঙাই লৈ—ফজহন্লিংঙাই লৈ ? হেম্না মশক থীহনবতনি। মসিনা গুরু অতোম্বগী অকনবা মত। ওম্বোক্তা চেৎথ্রবা ভক্তিনি। ওম্বোক্তা কনথ্রবা শ্রদ্ধানি—মণিপুরী জগোয়দা লৈরিবা, থায়নগী ওঝাশিংদা লৈরিবা ওঝাশিংনবু শোয়বা হৌনব্রা ? অদুগা কনাদা হংহুনা শেমদোকদৌরিবনো।

অসিনা গুরু অতোম্বনা নোংমা সভা অমদা তাকপিখি মণিপুরী জগোয় (রাস) মথল অমতনি অনি অহুম শুদে। অচুম্বদি অমতনি; অনি শুদে। অচুম্বদু থিনবা লাক্নগদবনি। থায়নগী লাইগুম্লবা ওঝা-শিংনা থম্খিরম্লবা জগোয় অদুতনা অচুম্বনি। অশেংবনি।
হৌজিক ডান্স কলেজদা জগোয় রাস তম্বীবগী অথোহবা গুরু অমা ওইনা উরিবোক্তা লৈবীরিবা চহি ৭০ য়ৌশিল্লক্লবা গুরু অতোম্বগী লম কয়া কোয়কুরবা পুন্সিগী অরাবা পোত্থাবা ওইনা লৈবারি। ওঝাগী অসিগুম্বা ভক্তি অমসুং মপুং ফারবা জগোয়গী বিদ্যাগী মতমলনা মমশিল্লক্লবা মমুংগী অমসুং মপানগী ছাত্র কয়াগী থম্মোয় অদু থর থর ঙাক্লবা ফংজরি। ভক্তিগী ঈচেল কংশিল্লক্লবা মণিপুরদা অসিগুম্বা ওঝাগী হরি-ভক্তি অসি থাঙ্গৈশেংনমক থাগৎনফমনি। অদুগা ভক্তিগা কোম্নরিবমখৈ মণিপুরী জগোয়দি অমর ওইগনি।

১৯৫৬

# গুরু থম্বাল অঙৌ

শকলোন য়াম্বা মণিপুরী জগোয়নি। জগোয় রাসতা নত্তে; লাই হরাওবদসু নত্তে; হৌজিক্কা নৌহৌনা শজনরক্লিবা অমসুং থাগৎনরিবা জগোয় অমগা লৈরি! মমিংদি 'চলন গঠন' -পুং চলন অমসুং করতাল চলন অনিনা পুন্না শজনবা। অসিগুম্বা "চলন গঠন" গী জগোয়দা মণিপুরগী শীংথানবা য়ানা লৈজাববা তাণ্ডলবা ওঝা খরগী মনুংদা অথোইবা অমদি চুংথামগী ওঝা থম্বালঅঙৌ।

চুমনগী জগোয়দ। শণ্ডবা নত্তে। খণ্ডদি খণ্ডদনা শাবদদা ফজবসু নত্তে। জগোয়গী বিদ্যাসু মপুং ফানা হৈবা অদুগা নিংথীরবা শাবাননা উৎলকপা মুদ্রা অমসুং অভিনয়সু শণ্ডকপা ফংনা ফজবা গুণ অনিমক পুনবা ওঝানি। লৈবাকনা খণ্ডনরবা অমসুং শোম্নরব ওঝা দুহারনি।

পুন্সীগী অহৌবা শরুক্ত থেংনখি থোকচোমগী ওঝা দুর্গসিং; মথংদা খোয়বম ওঝা তিংগোং। বিদ্যানা চুলোক্লী বিদ্যানি। মহারাজ বোধচন্দ্রগী মতমদা কোন্নুংগী সন পালা লোইশংদা ফাওবা য়াওখি মপুং ফানা।

অদুবু তাল শাস্ত্রদি ওঝাগী পনথুংফম নত্তে। জগোয়গী বিদ্যারোমদা অমুক থেংনখি মণিপুরগী লাইগুম্লবা ওঝ কয়া। সনাজম্মস্থানগী সনখ্বা বল রাম শাবা, সরোখাইবমগী ওঝা শাজোবী; বাচস্পতি ময়ুমগী ওঝা খোংজাই। অরোইবদা জগোয়গী চপ চাবা মথরাই হাপপিরকপা ওঝানা লাইগুম্লবা শাৎপমগী ওঝা চাউবা নমুন মপালদগী। ময়াম অসিনা হৌদোকহনখি ওঝাগী থম্মোইদা য়োকতুনা লৈরম্বা জগোয়গী চার অদু। অপোম্বা লৈগী মতৌগুম্না।

অহুবু পোম্বা ঙাক্তনদি চৎনদে। শাৎকায়হল্লকপা তাই—মকা ফম্না পুক্লিং হূনা। পুথোরকই অনৌবা চোলোম (চলন) কয়া—তালগা কোন্নবা অমস্তুং রসকা থানদবা। মসিদনি ওঝাগী ঙানথোরকপা বিদ্যাগী মঙাল। অয়াম্বা মতমদা ফমহুনা লৈরম্বা পালাশিংহু হৌগৎলকই—নিংথিরবা অভিনয়দা; অনৌবা শাথেক্তা। মতাং থরদং পনবা য়াই। উজ্জ্বলহারদা নিত্যরাসকী তাল্লম ঈশৈনা তৌবদা; কোকিল প্রিয়া তালদা নাগরিবেশক চারিতালদা, দেখো সখি ঈশৈগী দশকুশ তালদা, ভূষণা তালদা, রাখাল রামকৃষ্ণগী জগোয় রুদ্রতালদা, রাজমেল তালদা, বিহর তনমনচিংবগী চৌতালা মখল অনিদা। পুথোকপগী লোইব নাইদ্রবা ওঝাগী সৃজনশীল শক্তিনি। থাবগী লোইবা ঙম্বা নত্তে। হৌজিক ফাওবা ডান্স কলেজনা উৎলিবা দশাবতারগী জগোয়গী মপূং ওইবা মওংস্থ হাম্বনা ওঝাশিংনা হৌদোকপীরম্বনি।

পালাগী জগোয় ওইনা অসিগুম্বা ওঝাগী থিংঙমদ্রবা জগোয়গী ঈচেন্দা তেংবাংলে। গুরু সুখাবর অমস্তুং কোনজেংবমগী ওঝা অতোয়াইমা। পূম্নমক্কী মথক্তা পণ্ডিত রাজ অতোম্বাপুদগী ফাখ—জগোয়গী মুদ্রা অমস্তুং অভিনয়গী অথ অমস্তুং শাস্ত্রগা কোন্নবা জগোয়গী বিদ্যা। থিওরিগী শরুক।

চহি মরিমুক্কী মমাংদা দিল্লিদা ওঝানা লমজীংহুনা উৎলুই—করতাল চলন। অসিগুম্বা মপূং ফারবা অমস্তুং ফজরবা মণিপুরী জগোয়গী শক্লোন অসিনা দিল্লিগী ভাবোকপু ঙকহনখি। অহুগী মথক্তা অককুবা পুংশিংদা ফজহনবা হায়বাসমা অরুবা অমনি। মিনিট থরদংগী মস্তুংদা পুং অনি অহুমগী জগোয়গী ফজবহু হাপকদোরিবনি। অসিগুম্বা স্টেজদা উৎলকপগী অরুবা মতাঙসি ওঝানা ফজনা পাঙথোকখি। মসিমনা ওঝাগী অথোইবা মিংচৎ অমনি-মমাংঙৈগী ওঝাশিংনা তৌরমদবা অমস্তুং থল্লমদবা।

চলন গঠন—ভারতকী তাণ্ডব জগোয়শিংগী মমুংদা মণিপুরী জগোয়না শীবা শীংথানবা য়াবা, মপূং ফাবা জগোয় মওং অমনি। মসিগী মৈয়াসিবু য়াংনা থাঙ্গৎপিরম্বা ওঝানি—চুংথামগী গুরু থম্বাল অঙৌ। ওঝাগী মপূং ফানা হৈরবা জগোয়গী বিদ্যা অমম্মুং লেমনা ফজরবা শাথেক মণিপুরী জাগায়গী জগৎতা মতম কুইনা মাঙলয়োইদবনি। মণিপুরী জগোয়বু পুখৎতুনা ভারততা মশক তাকপগী লাক্লিবা মতমগী ঈহৌসিদা সনাগী কালিনা ময়েক লানা ইহৌয়গদবা তাংলবা ওঝা থরগী মমুংদা গুরু থম্বাল অঙৌম্ম অমনি; ওঝাদি অময়নি। মতমপূম্বদা পাইরগদবা মিংচৎকী ফিরালনি।

ইংশোক ১৯৫৬ কী সেপটেম্বরগী তারিখ ১০ দা ওঝা থম্বাল অঙৌ সংসার থাদোকখি।

১৯৫৬

---

# বিপিন সিংহ

জগোয়গী তীর্থস্থাননি—সনা লৈবাক মণিপুর। ভারতকী মফম অতৈদগী চঙজরকই কয়ামুক লাঈরবা ইনাক খুনবা খায়দনা। গুরু অমুবী সিংহ; গুরু অতোম্বা সিংহ; গুরু অমুদোন শর্মা; গুরু য়াইমবী সিংহ—ভারত্তা ফাওরবা গুরু ওাক্কনি। অসিগুম্বা শেংলবা গুরুশিংগী কলাবিদ্যাগী ঈপাক্তগী ওমজবা ঈশিং খুজোক খর খরদং থকচদুনা হন্নখি মপান্দগী লাকপা আর্টিষ্টশিংনা। অতং অথম লৈত্রিবা তীর্থ যাত্রা অমনি।

অসিগুম্বা প্রথুগী মশক ওইরবা তীর্থ যাত্রাগী লম্বেলদা ঈচং থোরবা যাত্রিক অমনি—শ্রীপুশ্রম্ম বিপিন সিংহ। পোক্রফম লমদমদি শিলচর। য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা ওাওখি নৃত্যকলাগী জগত্তা। য়োক্রই কলিকাতা, মাত্রাজনচিংবা মফমশিংদা কাছারগী গুরু খরদগী হান্না তমজরগা। য়েংলুই কুপথনা ভারত নাট্যম, কথক, কথাকলি। শোক ১৯৩৬ তা ইউরোপ কোয়ক্লই কথক জগোয়গীদমক মমিৎ চৎলবী মেদাম মেনকাগী জ্রূপতা য়াওদুনা। অমুকস্থ চৎলুই ফ্রান্স লোমদা কুমারী সবিতা মেহতাগী পার্টিদা য়াওদুনা শোক ১৯৫৩ দা। মরক অসিদা মণিপুরদা য়োরক্লে মঙা তরুকলক্তং। চঙজরকই নোল্লক্লা গুরু অমুদোন শর্মা, গুরু অতোম্বা অমসুং গুরু অমুবীগী মফমদা মথবায়না পামজরবা মণিপুরী জগোয়গীদমক।

গুরু শিষ্যগী মরী হায়বসি অঙকপনি। মণিপুরদদি ওইবি চুম্নগী আর্টিষ্ট সেবক বিপিন সিংহ। বোম্বেদদি খ্বাইনা খঙনরবা মণিপুরী জগোয়গী

প্রিন্সিপাল গুরু বিপিন। শোক ১৯৫০ দা লিংখৎখি "নর্তনালয়" বোম্বেগী নুপীগী অনুস্থান "ভগিনী সমাজ" হায়বা অদুনা। শ্রীবিপিন সিংহনা মহাক্কী ইহান হানবা প্রিন্সিপালনি। ভারত নাট্যমনা জয় তৌরম্লবা বোম্বে সহরনি; মণিপুরী জগোয়বুসু মতম কুইনা কৌবীরমইবনি কোক ডান্স হায়দুনা। অদুবু সত্তামের জয়তে খ্যাই পুম্নমক্তা য়ানরকই মণিপুরী ডান্স অসি ক্লাশিকেলনি। অসিগুম্বা মণিপুরী জগোয়বু পুখোকপগী লানকম অসিদা শ্রীবিপিন সিংহসু বোম্বেদদি মপাং ওইবা শরুক অমা য়ারিবনি। মাযকৈ অসোমদা মগাকপু মপাং ফানা তেংবাংই গুজরাটী রমণী মচিন মনাও অনিখক্তা-শ্রীমতী নয়না ঝবেরী অমসুং শ্রীমতী রঞ্জনা ঝবেরী।

শোক ১৯৪৫ দা বোম্বেদা ফমখি—অল ইণ্ডিয়া ডান্স ফেষ্টিভেল। মহুদা মণিপুরী জগোয়বু পুখৎলুই শ্রীবিপিন সিংহনা। ঈচং থোনা তাকলুই—ভারতকী জগোয়শিংগী মনুংদা নুপীগী জগোয় (লাস্য) অমসুং নিপাগী জগোয় (তাণ্ডব) অনিসি মচা তানা ফজনা খায়বা জগোয়দি—মণিপুরী ডান্সতনি। অতে জগোয়দদি লৈতে।

লম কয়া কোয়রুদুনা জগোয় কয়া য়েংলুরবা অমসুং তমলুরবা মতুংদা, লাইরিক কয়া নৈনরুদুনা গুরু কয়াদা চঙজরুদুনা তমজবা কয়ারক ফংজরবগী মতুংদা শ্রীবিপিন সিংহদা পোক্লকই অকনবা ভাব অমা। মী অমগী পুন্সীগীদমক্তি চংই জগোয় মখল অমখক্তং। ভারতকী জগোয় অমা মপাং ফানা হৈনবগীদমক্তি পুন্সী অমা ফাওবা কোন্নবা নত্তে। তেল্লবা পুন্সীসিদা জগোয় জাংশুনা খঙবগী মতম লৈত্তে। অসিনা চহি নিফুমুক্কী অহুন্নাইদা লৈরবা শ্রীবিপিন সিংহগী অয়োইবা আশ্রয়দি মণিপুরী জগোয়নি।

বোম্বেগী "ভারতীয় বিদ্যা ভবন"গী শাখা কলাকেন্দ্রদসু মণিপুরী জগোয়গীদমক লৈরি শ্রীবিপিন সিংহ; অদুবু চপচাবা জগোয়গী সংস্থানদি ছাত্র চামরোমদগী হেন্না লৈবা (গুজরাটি ছাত্র ছাত্রীশিংনা অয়াম্বনি) "মণিপুরী নর্তনালয়" নি। চহি মঙাগী কোর্স নি। থিওরি অমসুং প্রাকটিস

অনিমক য়াওই। তোপ তোপ্পা ফজবা অমতং হায়রবু ভারত নাট্যম কথাকলি জগোয়শিংগী শাথেকশিংগা লোয়ননা চাংদম্নবা মওংদা চৎথে মণিপুরী জগোয়বু তম্বিবদা। সংস্থান অসিদা অকনবা শরুক য়াম্মি শ্রীবিপিনগী মনাও আর্টিষ্ট দেবেন্দ্র সিংহ।

কথাকলি জগোয়গুম্না মণিপুরী জগোয়সিস্সু উৎপা ঙমগদ্রা মপুং ফাবা ডান্স—ড্রামা? য়াম্না লুবা ৱাহংনি। শ্রীবিপিন সিংহনা খুমলি —করিগী ঙমদদগে? অহানবদা হোৎনৈ য়ান্নবা টেকনিক্কী ড্রামাদা— "বুদ্ধ" "রাক্তনর্তকী" নচিংবা জগোয় ড্রামাদা. মথংদা লাক্লরকই "গীত গোবিন্দ"গী মতাংদা তশেংবা মণিপুরী ডান্সকি টেকনিকতা। থাদৈ-শেংবদি ঈচং থোবা চাংযেং হায়বতুনি। পঙকুই কুইদনসু উৎখি লুপা লিশিং কয়া চঙনা মতম চঙনা পুথোক্লবা বোম্বেগী ভাবোক্লা থাগৎ-নখ্রবা—"নৃত্য অর্চনা"।

খুত্তবগী লেংঙবা নাইররোইদবা মণিপুরী ডান্সনি। তম্বগী লোইং-ররোইদবা মণিপুরী জগোয়নি অত্থুবু মমিৎনা উজবা নাকোংনা তাজবা খরা গুরুশিংগী মফমদগী ঙমজবা খর লৌজতুনা পুথোরক্লদৌরি ইংরাজীদা ইবা মণিপুরী ডান্সকী লাইরিক অমা লাইরিক অসিবু মপুং ফাহনবনি শ্রীবিপিন সিংহগী অহিং মুংদিল নাইদনা মঙলিবা মও।

মপান নাইদ্রবা মৈতৈ পুংগী শাস্ত্রগী ঈপাক্তা বিপিন সিংহ হৌজিক ফাওবা লুপ্তুনা লৈরি। ওম: কয়াগী মফমদা চঙজরি অমসুং কাউন-রক্লবা তাল কয়াবুসু খোমজিল্লি। মৈতৈ পুংলোননা পৃথিবী অতৈ পুংলোনদগী মশীং য়াম্বা হেল্লি হায়বসি মহাক্কী অরেপ্পা মতনি। তাল মপুং কয়ামুক ঈশৈগা কোম্নবা তাল ময়ামগসু য়াওনা হুক্ষ্মুক্কী হিসাব য়ৌরে বিপিননা খোমজিল্লিবা। মহাক্কী অসিগুম্বা জগোয়গী অমসুং তালশাস্ত্রগী সাধনা অসিদা পেনবীরতুনা হন্দক্তা মহারাজ কুমার প্রিয়-ব্রতনা মহারাজগী প্রতিনিধি ওইনা 'নৃত্যাচার্য্য" হায়বা মিংথোল অসি পীবিখি অমসুং কোমুংগী ওঝা অমা ওইনা লৌশিনবীখি।

# নয়না অমসু রঞ্জনা

বোম্বেদা মণিপুরী জগোয়গীদমক লৈরিবা নর্ত্তনালয়গী প্রিন্সিপাল শ্রীবিপিন সিংহনা ঐঙোন্দা তত্তনা হায়—"শ্রীমতী ঋতানা বোম্বেদা লাক্লুনা মণিপুরী জগোয় শন্দোকপদি কুইত্রি। মতম কুইনা বোম্বেদা মণিপুরী জগোয়বু শন্দোকলিবা, জগোয় অসিদা কন্না রিসার্চ তৌরিবা অমসুং মণিপুরী জগোয়গীদমক শিগে লৈরিবদি ঋবেরী সিস্তার্স হায়রিবা মখোয়সিনি। মণিপুরদা থোরক্কদোরি।" ঐহাকসু মখোইবু থঙনিংবনা লাংতক্লুরমই। থাপ্লবা বোম্বে লৈবাক্তা মণিপুরী জগোয়বু অসুক য়াম্না নুংশিবা কাংবু!

থুংলরক্লুনা উরিপোক্তা উনরুই কা অমদা বিপিন সিংহগা লোয়ননা। য়াম্না হরাওনা স্বাগতম পী অহানবদা থ্বাইগী অহন শ্রীমতী নয়না ঋবেরী মথংদা শ্রীমতী রঞ্জনা ঋবেরী অমসুং মথংদা কুমারী সুবর্না অমসুং দর্শনা ঋবেরী। ইংরাজীদা রারি মতেক অম-নি শানৈ। শ্রীমতী নয়না ঋবেরীদি য়াম্না ফজবা ইংরাজী ঙাঙই। মনাওনুপী শ্রীমতী রঞ্জনাসু মত্তিক চাবা শরুক য়াই। কুমারী অনিরুমদি অমনা এম, এ, অমসুং অমনা আই, এ, লোইগদৌরে; অদুবু ঙাইহাক য়াওরমলগা চঙখ্রে।

"ঐখোয় মমাংঙৈদসু মণিপুরদা লাকচরমই; গুরু অমুবীগী মফমদা তমজরমই। হন্দকসু অমুক লাকচরি" নয়না ঋবেরীনা হায়রকই "অহানবদা বোম্বেদা চহি তরামুক্কী মমাংদা গুরু নবকুমারদগী জ্ঞান থরদং তাজহৌই, মথংদা গুরু বিপিন সিংহগা লোয়নজে, অদুবু হন্দক্তি অমুক গুরু অমুবীদগী তমজরি। ঐনা হংলম্মী মরক্তা—"কমদৌনা মণিপুরী জগোয়বু থ্বাইদগী হেন্না পাম্লিবনো?" "অতৈ অতৈ জগোয়সু য়েংউরে। অদু জগোয় অসিনা নুপীনা শাবদা থ্বাইদগী হেন্না ফজে;

মৌই অমস্থং থোংলি। অতৈ জগোয়না কল্লি অমস্থং য়াকই.......।" অদুদগী ভারত নাট্যম অমস্থং কথাকলি অমস্থং কথকী মরমদা শাংথরুই। মতুংদা অমুক থাগংলকই মণিপুরী জগোয়বু। বিপিন সিংহন্থ মরক অদুদা মণিপূরী জগোয়গী মপৃং ফাবা পৃংগী অভুকপা অমস্থং অরুবা তালবু থাগংলকই অমস্থং হায়রকই- পুন্সী অমা তমদুনস্থ ঐখোয়দি মণিপুরী জগোয়বু মপৃং ফানা হেৰা ঙম্নরোই।" ঐহাক্না ফাগী ওইনা বিপিন সিংহদা ওনশিল্লদুনা হায়রমই—"বিপিন বাবুদি মণিপুরী জগোয়গীদমক চাওথোকমনস্ত্রে।" ময়াম পৃম্মক নোক্লমই।

"ধর্ম'গা থাদোক্লবা য়াদ্রবা মণিপুরী জগোয়নি। মসিদা চঙই—অকনবা শ্রদ্ধা অমস্থং ত্যাগকীশরূক।" এনা শাংথরমই। "অসিগুম্বা ভক্তি অসিবু য়াওরব্রা ময়ামগী মফমদা ?"

শ্রীমতি নয়নানা নোক্লদুনা হায়রকই--"করিগী য়াওদদগে ? মসিমক্তি ঐখোয়না ময়ামদা উংকে লাক্লরিবস্থ। চঙফম থোকপা শ্রদ্ধা অমস্থং ভক্তি য়াওদনদি ঐখোয়না খুৎথেক অমা ফাওবা মপৃং ফানা শাবা ঙম্লোই।" অদুদগী এনা হৌজিক মতমগী ওইরিবা মপান থোংগী হৈনবা অমস্থং ঙাইহাক্কী নুংঙাইবদা খিরিবা খিংঙমদবা ঈচেলসিগী মরমদা হায়রমই। মসিদা মহাকন্ত চপচানা য়ারমই। অদুদগী খঙহৌদনা মঙোন্দা—"ঐখোয়গী জগোয়সিবু হিংবা ঙমগদৌরিব্রা ?" ঙাইহাক রাথল খল্লগা খুম্নকই—"খন্নবদি য়াবা মতাংনি। অদুবু করিগী হিংদদগে ? হন্দক মরক্তা জগোয়গী জ্ঞান অমা ভারত শীনবা থুংনা তানরক্লি। অশেংবা জগোয়বু খিনরক্লি; পাম্নরক্লি থাঙৈশেংনা আর্টপু নুংশিবা অমস্থং আর্টকীদমক হোৎনবা করিগী মীশক রাৎকদগে ?"

মরক অসিদা শ্রীমতি রঞ্জনানা খবরগী ককথৎপা চে কয়ামুক অমস্থং বোম্বেগী খবর কয়াদা মখোয়গী জগোয়গী মরমদা ইবা অমস্থং থাগৎপগী চে কয়ামুক, মচে নয়নানা ইবা মণিপুরী জগোয়বু পুথোকপা আর্টিকল কয়ামুক অমস্থং মদুগা কোম্নবা জগোয়গী ফোটো কয়ামুক

পুথোরকই। উবদা ঐহাক ডকই ; অমসুং তাঙ্গা য়েংদুনা কয়ামুক পাই। অদুদগী নয়নাদা ওনশিল্লদুনা—"মণিপুরী জগোয়দি মপূং ফানা খঙবী-রেদনা।" য়াম্না নোল্লুক্না থুম্লকই-"করিবু হৈজরুগবনো ? অদুবু খংবা হায়বসি লোইবা নাইদে। খর খঙলে নিংবগা অমুকসু অন্নাংপা কয়া খঙজরকই।" "রঞ্জনাগা ঐহাক্না ঐখোয় অনিমক য়ুম পাল্লে। ঐহাক্তদি অঙাং অমা লৈরে; ইচা লুন্দোক্লমদুনা অসিদা লাক্লিবনি। ইপুরোইবা অদুনা য়াম্না থৱায় য়াওনা ঐহাকপু ইতেং পাংবী।" বাতা অসিদা ঐহাক্না মণিপুরদা ময়ুম পাল্লবী আটিষ্টশিংগী ফিভম নিংশিংলকই।

বোম্বেদা মখোয়না উংলিবাদি চুম্নগী জগোয় রাসতা নত্তে। অনৌবা জগোয় ড্রামা কয়ামুকসু মণিপুরী জগোয়গী টেকনিকতা করিমতা কায়-হন্দনা উৎলে। হিরম অসিদা গুরু বিপিন সিংহ অমসুং মহাক্না লোয়-নবশিংনা য়াম্না মতেং পাংই। বুদ্ধগী মতমগী "রাজ-নর্ত্তকী" "উষা" অমসুং হন্দক্তা ইকুই কুইদনা ভারতীয় বিদ্যা ভবনদগী 'গীত গোবিন্দ।" হায়রিবা ডান্স—ড্রামাশিং অসিদা মচিন মনাও মরিমক মপূং ওইনা য়াওই ; অয়াম্বা ডিরেক্সন তৌরিবদি নয়না অমসুং গুরু বিপিন সিংহনি। হন্দক্তসু রাশিয়াগী বুলগেনিন অমসুং খ্রুশেভকী অভ্যর্থনাদা বোম্বেদা মখোয়বু খনগদুনা মণিপুরা জগোয় শাহনাথ।

অমুম্না পুংমুক রারা শারবগী মতুংদা বিপিন সিংহনা হায়রকই—"মখোয়সি ওসিদগী হৌনা ডান্স কলেজদা মিং চনগদৌরা। অদুবু শ্রীগোবিন্দগী কৃপা য়াওদনদি মপূং ফানা হৈররোই নীংদুনা অহানবদা কোম্নুংদা চদুনা শ্রীগোবিন্দগী দর্শন তৌরুগদৌরি।" কয়াদা লুখ্রবা ভক্তিনো।

মশক মতৌ ফজরবী মচিন মনাওনি—নয়না অমসুং রঞ্জনা। অদুবু অমুক্না হেন্না ফজবদি মখোয়গী রাখল, মেরাগী থাবলগুম্না শেংলবা থম্মোই অমসুং মণিপুরী জগোয়দা লৈরিবা অঙকপা ভক্তি।

১৯৫৬

# অতৈ জগোয়সু নৈনবা ফৈ

হৌজিক্কী মতম অসি লৌশিনবা খঙজিনবগী যুগনি। নাইতোম তানা নৈবদা চাওখংকদবা লোন অমস্তুং জাতি লৈতে। বিজ্ঞানগী মতেংনা পৃথিবীগী লমশিং অসি অমতা ওইরক্লি। য়ৌগুমদবা অথাপ্পা হায়বা লৈশিল্লকত্রে। রাখলদস্তু অমতা ওইনবা হোৎনরক্লি। থাঙ্গৈশেংনমক হৌজিক অসি তিন্নরকপগী অমস্তুং অমতা ওইনবা লাক্লরকপগী যুগনি।

ভারতকী সংস্কৃতি অমতনি। অদুবু মসি ময়াম্না পুন্নগা ওইরকপা অমনি। ময়ামগী মনুংদা অমত্তগী শকফম্না তত্তনা উংপা অদুগুম্বা সংস্কৃতি মওংনি। তোঙান তোঙানবা জাতি মচা মচা কয়া কয়ানা উপনদীগী মতৌগুম্না চেনশিল্লকপা অদুগা অমতা ওইবা ঈচেলনা ঈরোং কয়ামুকস্তু থোকখিবা অদুগুম্বা ভারতকি সংস্কৃতি ঈচেলনি। শকলোন য়ামই; মওং খেন্নৈ; শকফম তোঙান তোঙাল্লি। অদুবু পুন্নমক অসিগী মনুংদা 'অমা' হায়বা অমা থানদনা লৈরি। মসিনি ভারতকী সংস্কৃতি।

মণিপুরী সংস্কৃতিসু অদুগুম্বা ঈরোং অমনি, উপনদী অমনি। ইরুম অমনি। শক্লোন অমনি।

পৃথিবী শীনবা থুংনা খঙনরবা মণিপুরী জগোয়নি। খঙবদা নত্তে; থাগৎনদুনা ফাওরবনি। মসিবু খঙনবা তম্বা মপান্দগী আর্টিষ্ট কয়া কয়া লাক্লি। ঐখোয়নসু মপান্দা চৎতুনা শারুরি উৎলুরি—চীন জাপান ইউরোপ আমেরিকাদা। ভক্তিগী রসনা তাশিন্দুনা শাগৎপুরবা রাস জগোয় অমসুং মসিগা থানবা য়াদনা লৈরিবা লৈশেমচৈগী লাই হরাওবা

জগোয়—পুন্নপা মণিপুরী ডান্স হায়না খঙনরিবা অসিদি হৌজিক্তি মণিপুরীশিংগীদা নত্রে; ভারতকি ওইখ্রে। পৃথিবী পম্বগী ওইখ্রে। লাক-তুনস্থ লৌখি; চত্তুনা য়েল্লুই। পম্নমক থুংখ্রে।

ঐখোয়দি কৈদৌরি; মপান্দা য়েংলুদে; মন্নুংদা লৈনরিবা খরসিনা অত্থুম মপেনৈ। পোকপদগী শিবা ফাওবদা রাস জগোয়গা লাইহরাওবগা য়েংলগা অত্থম লোইরে হায়না লৌনৈ, হৌজিক ফাওবদা ভক্তিভূমি মণিপুরদা দক্ষিণ ভারতলোমদগী ভারত নাট্যম অমস্থুং কথাকলি, উত্তর ভারতলোমগী কথক জগোয় উংখিদি মপান্দগী লাক্লুনা। মণিপুরী আর্টিষ্টশিংনস্থ তমশিল্লবা খঙজিল্লবগী রাস্থ লৈতে। মসি থাংগৎশংনমক ঐখোয়গী অরাংপনি অরাংপদা নত্তে; অমাঙবনি। লাইবক থীবনি।

মরমদি হৌজিক ফাওবা ঐখোয়. জগোয়না ফোংদোক্লিবা ভারতকী সংস্কৃতিগী অপৃনবা মশক অত্থু ফংদ্রি। হান্না লৈজরিবা শকলোন অসিমতংনা অস্থম পেন্নত্থনা লৈরি। মণিপুরী ডান্সতা য়াওবা কয়াস্থ অতৈ জগোয়দা য়াওরি। ভারত নাট্যমনা উংলিবা মায়মিৎ অমস্থুং থুংকী অভিনয়গী অঙকপা শক্তি মাওইবগী থম্মোয়গী ঈঙ্গিং পম্নমকপু মপুং ফানা অকস্থুং লায়না ফোংদোকপা। ডম্বা কথাকলি জগোয়; কথকনা উংলিবা মরোল লোনবা খোংথাংগী অঙকপা ফংনা খুজিনবা ডম্বগী শক্তি পুম্নমক অসি ঐখোয় খঙগদবনি। ময়াম অসিবু খঙলবা অমস্থুং নৈনরব-ত্তদা ঐখোয়না মণিপুরী ডান্সকী অরেম্পা মশক অমস্থুং মঙং তাকপা ঙমগদবনি। মসি জগোয়গী চর্চানি; কলচরনি।

উদয় শঙ্করনা ভারতকী লৈরিবা ক্লাসিকেল ডান্সশিংদগী য়াবমথৈ মপুং ওইনা লৌত্থনা মশামকী প্রতিভা অমস্থুং অনৌবা থুংশেমগা লোয়ননা জগোয় কয়ামুক উংত্থনা জগোয়গী জগপ্পা ফাওরি। মণি-পুরদস্থ উদয় শঙ্করগুম্বগী শক্তি লৈবা আর্টিষ্ট খোরক্লোই হায়নিংঙাই লৈত্তে।

ঐখোয়না অসিমক্থু তাবা ফংই। কথক, কথাকলি অমস্তুং ভারত নাট্যম জগোয়শিংদি হায়রা তিল্লরঙ্বা ধর্মগী ভাব ওাক্তুম্থু নত্তনা যুগকী লাকলিবা ঈরাং কোংদোক্লুবা, মতমগী রাখল উংনবা অনৌবা মওং কয়া কয়াম্থু পুথোরকলি। ঐখোয়গী মণিপুরী ডান্সকীম্থু অসিগুম্বা অনৌবা শকফম অমা পুরকপা য়াগনি। পুথোক্লবম্থু লাক্লগদবনি।

মণিপুরী আর্টিষ্টশিংনা অমস্তুং ঐখোয়না জগোয়গী অথুবা প্রাদেশিকত্তা থাদোকপনা চুমই। মপান্দা থোক্নুনা উংলুবদস্থু নত্তনা অনৌবা জগোয় পুশিল্লকদবনি। চংক্নুনা তমলূগদবনি। হৌরম অসোমদা জগোয়গী সংস্থানশিং অমস্তুং মণিপুর গভর্ণমেন্টকী থৌদাং চাউনা লৈরি।

১৯৫৫

---

# মণিপুরী জগোয় হিংগদৌরিব্রা ?

খল্লগদৌবা রাকমসি মরু ওইনা জগোয় রাসকী মরমদনি। পৃথিবী ফাওরবা রাস জগোয়নি। অদুবু ফাওবগী মতিক মগুণ হল্লরে। উবগী মতিক ময়েং তাখরে জগোয় রাসতা চঙই— অথোংপা, অনৌবা অমসুং অঙীংবা। ভক্তি, শান্তি অমসুং প্রেম। মসিনা থায়নগী রানি– রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা মহারাজ ঈশ্বর ( চন্দ্রকীর্ত্তি ) গী হাক্তদা। পবিত্র ওইরবা বৈষ্ণবকী হৃদিনি ; 'শং়ন' কংচরবা জগোয় রাসনি।

হৌজিক্কী জগোয়দদি য়াওরক্লে– অরাওবা, অথুবা অমসুং অথংপা। লেম্না ঈংবগী মহুত্তা লাণ্ডনা তপথদবা। নৌরবা থুখেক শাপেক্কী মহুত্তা অথংপা হকচাংগী খোঙলৈ-খৃৎলৈ ( হৌজিক মতমগী জগোয় রাস অয়াম্বদা কৃষ্ণগী জগোয় য়েংবিয়ু—চোং ফনবা সার্কস য়াওবা—শ্রীকৃষ্ণ গোপীজনবল্লভ ) অনৌবা পুংলোন চঙলকপগা লোয়ননা অনৌবা জগোয়সু চঙলক্লে।

মসিবু থোকহল্লিবদি মরু ওইনা সমাজননি। অরাওবা পাম্বা অথুবদা হৈনবা মতমগী ইরাংদা লুপলবা শক্কী মুংঙাইবদা তাউরবা মণিপুরী সমাজ। বৈষ্ণবকী থম্মোই নত্তে, পৈশাগী থম্মোইনি। পরারগী থম্মোইনি। অসিনা জগোয়বু অপামবা মওংদা শেমদোরকপনি অকনবা দাবীগা লোয়ননা।

অতোপ্পা মরম অমনা জগোয় তম্মৌরিবা ওঝাশিংনা থৌশারক্তবা অমসুং নীংতম্বা মাঙশিন্নকপা। মতিক চাদবা ওঝাসু রামখৎলকপা।

মণিপুরগী কাচিন কোয়া অয়াম্বদা জগোয় রাস তম্বীবদা মশিং কোম্লনবা হায়দুনা ওঝা কয়ামুক ইহৈ হৈতনা হেনগংলকলে হায়বা অসি খ্বায়না য়ানরবা রাকমনি। হৈরবা মতিক চারবা ওঝাশিংনা ফাওবা চেকশিন্না তম্বীদ্রে হায়নবসিমস্থ হায়নৈ; ঈনৈ। মরমদি তম্বীনবা মতম লৈদ্রে; থা অমা চংবা কিনা হোৎনরম্বা জগোয়দু হৌজিক লোয়দবা য়াদে-থা মথাই অমদা। অদুগা মতমগী ঈরাংসিমা য়াওহন্দবা য়াদে। মসিদবু করম্বা ওঝানা মগুণ ফুৎপা ওনগনি ?

অমুক মরম অমনা ঐখোয় অয়াম্বা জগোয় য়েংবা চৎপা নত্তে। জগোয় তাবা চৎপনি। শাব্রবা জগোয়গীদমক নত্তে ঐখোয় অয়াম্বনা চৎলিবসি। শক্লিবা ঈশৈদুগীনি। খ্বাইনা খঙনরিবা ঈশৈ তৌবা কয়াগী মুংশিরবা পুক্লিং হুরবা মখোল অদু তাগদবগী অয়াম্বা চৎপনি। ওসিদি জগোয় মুংওাইদ্রে হায়রবদি করি খঙনৈ! শাব্রিবা জগোয় অদু ফজদ্রেদা হায়বা নত্তে; শক্লিবা ঈশৈদু মুংশিদ্রেদা, মখোল ফদ্রেদা থম্মোইসি পেনদ্রেদা হায়বনি। মসিগী ফলদি জগোয় নিংথিনা শারক্তবা। অয়াম্বনা ঈশৈদা লুপথিবা জগোয়গী ওঝা অয়াম্বনা বৈষ্ণব সমাজনা হায়নরিবনি হৌজিক কান্দি জগোয় ইশা শাদ্রে; হায়ফেত্তুং উৎলগা তোক্লে।

মণিপুরদা মপালগী মীনা য়েংবা লাক্লি—থায়নগী মণিপুরগী অচুম্বা শেংলবা জগোয়। মপাং ফাবা করিমতা কায়দবা জগোয়। অয়াম্বনা নীংবা কায়। জগোয় রাস য়েংলুবদা "শঙ্গেনবা" জগোয় উরুবদা। মরমদি অয়াম্বনা পরিংচুম্না মপাং ফানা জগোয় শাদ্রে।

চৎথরক্লিব জগোয়গী অবস্থা অসোমদা থল্লুরগদি তশেংনমক অরুবা সমস্যানি। মণিপুরগী জগোয় রাস শিথরক্লে; মাওথরক্লে। কয়া কুইনা হিংখিগদগে হায়বা ফাওবা থম্লবা য়ারে। মশা মরেংদি মশন্দোকপা মরুদদি কংশিল্লরবা উ পাম্বীগী মশক ওইরক্লে। জগোয়গী মথরাই য়াওরকদ্রে।

ভক্তি, প্রেম অমস্তুং আত্মসমর্পণ। ঈশ্বরদা চঙজরকপা অমস্তুং লৈজবা পূম্বা কংথোকচরকপা। মখোয় অসিনি জগোয় রাসকী থবায়। শকলিবা ঈশৈদা শারিবা জগোয়দা অমস্তুং য়েংলিবা ভাবোক্তা হায়রিব-সিগী মণ্ডাল থরদং মপুংফানা ফাওরবতদা ওইরিবনি রাসকী মপুংফাবা মুক্তি। চপচাবা জগোয়গী রস। মসিনি শিজনাইরোইবীগী জগোয়দা য়াওথ্রিবা চপচানা মপুংফানা।

নারিবা লাইনাগী মরুপি অসিনি—থরায়না অকুম অস্তুম মাঙ্গলল-লকপা। অতৈ অতৈদি মছানি। জগোয় পরিং চুমনা তম্বা সাটিফিকেট ফংলবা ওঝাদবু জগোয় তম্বীহনবা। থবা মতম চঙনা জগোয় তম্বীবা অমস্তুং পূমমকী মথক্তা শক্লিবা ঈশৈদস্তু নঙনা শারিবা জগোয়দস্তু পুক্লিং চঙবা।

মণিপুরী জগোয় হিংগদৌবিরা? পাইখুম লৈতে। জগোয় রাসতি কমদৌরি? তশেংনমক শিথরক্লে। হিংফমদি থোকপরা? থোকই। অত্থবু কমদৌনদি হিংগনি? শিথরক্রবা থরায়বু মপুংফানা য়াওহল্লবতদা। মত্থুদি কমদৌনা? খুম্বা ঙমদ্রিবা অরোইবা রাহংনি।

১৯৫৬

# ডান্স ড্রামা

ডান্স ড্রামা হায়বা অসি চপচাবা ড্রামানি—জগোয়দা ওম্ভোকপা ড্রামাগী চেনথরক্লিবা ঈচেল অমসুং চরিত্রশিংগী ভাবধারা অদু মায় মিং অমসুং হকচাংগী অভিনয়না ফোংদোকপনি। ভারতকী ক্লাসিকেল জগোযশিংগী মরক্তা কথাকলি—চপচানা ডান্স ড্রামানি। মণিপুরী জগোয় রাসস্তু ড্রামাগী মওং খরদি লৌই। অদুবু রা তাণ্ডবনা অমসুং ঈশৈশক-পনচিংবা খরা য়াণ্ডবদগী চপচাবা ডান্স ড্রামাদি কৌনদে।

নোংচুপপালোমগীস্তু ডান্স ড্রামা লৈ। অদুবু বেলে হায়না খঙনৈ। ময়েক য়াওদবা ঈশৈগী (ম্যুজিক) সুরগা লোয়ননা উৎলকপা মরোল লোল্লবা হকচাংগী অভিনয় ভারতকী ডান্স-ড্রামানা ময়েক য়াওবা ঈশৈ চঙই—পানবা যাদনা, মপ্‌ ওইনা। নোংচুপপালোমগী বেলেদনা ঈশৈগী সুরনা পুই। নোংপোকপালোমগী ডান্স ড্রামাদনা ঈশৈ ময়েক অমসুং সুরগী অপুনবা ঈচেলনা পুই।

চপচাবা ড্রামা লীলাদা মতম অদুগা চানবা ফিজেৎ লাকচেৎ অমসুং সেটিং দরকার ওই। ঐতিহাসিক ওইবা লীলা অমদা আধুনিকৰ্কী মওং চঙহললুবা য়াদে। মতম অদুদা করম্বা ফিজেৎ শেংনরমবা করম্বা চাল-চলন তৌনরম্বা অসিনচিংবা পুন্নমক কুপথনা য়েংশিনবা দরকার ওই। খজিক্তং শোয়খিবদা ভাবোকতা মুংঙাইতবা হেক্তা পোকদৌরিবনি। মরমদি উৎলিবা লীলাহুনা ওইরিবা য়ুগ অদুগী ভাবকী ইচেলদা ভাবোকপু লপহনগদৌরিবনি।

হেন্নগা মরুওইবা অমনা—জগোয়গী কাংলম ( কোরিয়োগ্রাফী ) থোরক্লিবা আর্টিষ্ট ময়ামগী লেপ্পগদৌরিবা ফিরেপ, লৈনগদৌরিবা মরি অমস্তুং উংনগদৌরিবা খোঙথাংনচীংবা পুম্নমক অহু য়েংবদা মপুংফাবা অমা ওইহন্নবা লাক্লগদৌরিবনি। সুর ময়ামগী অপুনবা সঙ্গীতকুম্না অমত্তা ওইনা ফজহনগদৌরিবনি। মসিমস্থু য়াম্না লুবা মতাংনি। শক্লিবা সুর অমস্তুং তালনা পুথংলক্লিবা জগোয় অহুদা অমুকস্থু হাপচিনগদৌরিবনি—পুম্নমক্কী ওইনা ফজ্জহনবা মশক অমা। মসি শোল্লবদি জগোয়গী ফজবা য়াম্নাময়েং তাই।

চপচাবা ঈশৈং য়াম্না দরকার ওই। ঈশৈনা পুরিবা ডান্স ড্রামানি। অসিনা য়াম্না মতাং চাবা ভাব অমস্তুং বসতা কায়দবা অমস্তুং পুম্নমক্কী মথক্তা শারিবা জগোয়হুগা অমত্তা ওইনা কোম্নবা সুর অমস্তুং তাল চঙই। য়ৈরিবা পুংলোনস্থু মতাং অসিদা য়াম্না অর্থ লৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা জগোয় রাসকী ঈশৈগী ময়েক অমস্তুং সুর অসি শারিবা জগোয়গা অমতা ওইনা তিন্নখ্রবনি। মসিগী সুরসি অমদা ওন্দুনা ( তালদি-কায়হল্লবস্থু ) য়েংলকপদা শারিবা জগোযনা পোকহল্লকপা রস অসি তশেংনমক য়েংননিংঙাইহনি। হেন্না ফজ্জহনবা ওমগদ্রা চিংনানিঙ্গাইনি। জগোয় হায়বা অসি করিস্থু নত্তে। শক্লিবা ঈশৈগী ভাব অহু মত্তি ওইনা চোংখোকহল্লকপনি। অসিনা ডান্স ড্রামা খুদিংদা চপচাবা ঈশৈগী ময়েক অমস্তুং সুরগী য়াম্না দরকার ওই।

জগোয়গী লমদি পাকখ্রে। মতাং অসি ডান্স ডিরেক্টরগী পরিক্ষানি—জগোয়গী ফজবা শক্তি অমস্তুং কুপশিন্না খঙবগী পাঙ্গল। হন্দক মরক্তি ভারতকী চহি কয়াগী সাধনা য়াওরবা মওং অমমম তারবা ক্লাসিকেল ডান্স মরি অসিবু পুখংনবা অমস্তুং খঙজিননবা লাকনরি। চুমনগী পওশা শাবা মানবগুম্না ফোক্কী মওংদা লৈরম্বদগী মুদ্রা অমস্তুং অভিনয়গী মশক অমমম তশেংনা তানরকলবনি। অসিনা থম্মোইগী ভাব পুম্নমক ফোং-দোকপদা ষ্টাইল অমমমদা ফোংদোকনরি। হেক য়েংবদা মসিদি কথক্কী

ষ্টাইলনি, মণিপুরীগী ষ্টাইলনি ; ভারত নাট্যম ষ্টাইলনি অসিনচিংবা হেকতা হায়নবা ওমই । অদুগা ষ্টাইল মচা তানা য়াননবস্তু তোয়না থেংনৈ । মৃনালিণী সারাভাইগী "মৎস কন্যাদা" নিপা মথৈনা কথাকলি টেকনিকতা অমস্তুং নুপী মথৈনা ভারত নাট্যম টেকনিকতা শাই । অদুগা অমুক উদয় শঙ্করলোমগীনা ক্লাসিকেল ষ্টাইল মরি অসিদগী মানা পামজবা মথৈ খনগৎতুনা পূনশিল্লগা মহাক্কী কল্লনাগী শক্তিনা অমুক তোপ তোপ্পা টেকনিক অমা ওইনা পুথোরকই । অসিগুম্বা ভাব অমা ফোংদোকপা তারবদি অসিগুম্বা অভিনয়দা হায়বনচিংবা মহাক্কীস্তু শেংনা লৈজরবনি । হেকতা থোকউবা শাক্তিনখিবা নত্তে ।

হৌজিক্তি ওল্লকইবা য়ুগকী থোওলৈ মতুংইননা চাননগী লৈজরম্বা জগোয় ওাকতা পেননদ্রে । থোইদোকনস্তু মমাংঙৈগী য়ারী অমস্তুং রসশিংহুদা মতমগা চানবা ভারতকী জগোয় দরকার ওইরে । অসিননি মতমসিদা বেলে ডান্স ড্রামাদা হায়তুনা তাল্লরকইবা অসি । মায়কৈ অসোমদা ঐথোয়গীসু লৈজরিবা পাকলবা মণিপুরী ডান্স টেকনিক অসোমদা মুননা থিজিননতুনা থম্মোইগী ভাব পুম্নমক ষ্টাইল অসিনা উৎলকপা ওমগত্রা হায়বসি জগোয়গী ওঝা গুরুশিংনা হোৎনবিবা মতম ওইরে ।

১৯৫৬

# ড্রামাগী মশক

ড্রামাবু্দি পংয়েং ময়েংনরে। মসিগী মরমদস্মু পঙখন মথন্নরে। নুংঙাই নুংঙাইতে ফজৈ ফজদে। অদুবু মচং ওইবা য়াকম অমনিদংদি কুপথনা থন্নহৌদব য়াদে। ড্রামানা করি কান্নে? ড্রামা করিনো?

ড্রামানা করি কান্নে! করিগীদমকনো ড্রামা উৎলিবসিবু? ভাবোকপু তম্বিবা? নত্তে। অনৌবা জ্ঞান তানশিনগে পাউতাক তাগে হায়দুনা লাকপা ভাবোক নত্তে। পাউতাক য়াওবা ড্রামা লৈ। অদুবু ড্রামা অদুদি পাউতাক্কীদমক নত্তে।

ড্রামাগী অথোইবা উদ্দেশ্যদি—নুংঙাইহনবা। ভাবোকপু নুংঙাইহনবা অয়েংবগী থম্মোইদা আনন্দ পীবা। নুংবু নুংঙাইহল্লবদি ড্রামা নৎত্রে। প্রোপেগন্দাগী ড্রামা লৈবা য়াই। পাউতাককি ড্রামা লৈবা য়াই। ফাগীগী ড্রামা য়াওবা য়াই। অদুবু পুন্নমককি মথক্তা অয়েংবগী থম্মোইদা 'নুংঙাইবা' হায়বসিবু পোকহল্লবদি ড্রামা নৎত্রে। নুংঙাইবা হায়বসি অর্থ য়ামই। হন্দক্কী মনুংঙাই অসিদি ড্রামা অদুনা অয়েংবশিংগী থম্মোইদা থুপ্পুনা লৈরিবা চেতনা হায়বদি জ্ঞান অমসুং ভাব থন্ন ঈহৌহল্লকপনি। ভাবোক্কী মফমদা অনৌবা মিৎয়েং অমা, পুক্কী অমা পীরকপনি।

হৌজিক্কি থন্নরসি—ড্রামা করিনো? ড্রামাগী থরায় করিনো? করি য়াওরগা ড্রামা ওইবা করি য়াওদ্রগা ওইদবা? মতাং অসিদা অখণ্ড অহৈশিং থরগী (মমিংককাদি পনজররোই—মমিং খঙলুদুনা করিবু কান্নফগবনো)? মত্ত নৈনজগে।

অমনা হায়রি। ড্রামাগী থরায়দি সজ্ঘর্ষ—ইংরেজি ৱাহয়দা হায়রগা কনফ্লিক। মীওইবগী পুন্সিদা থম্মোয়দা, মনুংদা মপান্দা শক্তিশিং মশেল থেংজিন্নবগী থেংগাইনবগী অতৎপা লৈতবা ঈচেল চেন্থরি। অসিগুম্বা শক্তিশিং মূক্ররকপগী কুম্মৈসি ৎেক্নদা উৎলকপসিনি—ড্রামা হান্নবদু। পুন্সী হায়বসি লাননি। অতৎপা লৈতবা সংগ্রামনি। লান থেংনবা তাই—সমাজগা চৎনবীগা, কুসংস্কারগা, অন্ধবিশ্বাসকা অমম্মুং মীওইবগী থম্মোইদা থুপতুনা লৈরিবা কৌরব-পাণ্ডব শক্তিশিং মশেল। মসিনি ড্রামা।

অমনা অমুক হায়রি। মথক্কী অসি অয়াম্বদি চুমই হায়বা য়াই। অদুবু পুংচুম চুম্বদি নত্তে। মূক্ৱবা (লান) হায়বসি চুমই—ঐখোয় অয়াম্বগা লোয়নদুনা লৈ। অদুবু মসিদনা, হায়বদি মসিবু ময়াওন্নবদি ড্রামা ওইদ্রে হায়বদি লাল্লি। ড্রামাগী থরায়দি অরুবা মতাং (ইংলান্দী লোন্দা ক্রাইসিস) পুশিল্লকপা; সমস্যা অমগী মথংদা সমস্যা। লুৱবা ফিবম অমগী মথংদা অমম্মু অমুক অদুম তৌদুনা মথং মথং চৎথরকতুনা ড্রামাগী চরিত্রশিংগী অরোইবা মতাং য়ৌরকপা। ক্রাইসিস হায়বসি চুম্নগী পুন্সীদা থোকপা অদুগী ভাব নত্তে। কোর্টকী বিচার; টি বি নারকপা, লুহোংবা—মখোয়সি অয়াম্বগী মফমদা ফন লুবা মতাংনি। অদুবু পুন্সীগী অরুবা মতাংনি হায়দুনম্মু ড্রামা দা হেক হাপচিন্নগা ক্রাইসিস ওইবা নত্তে। ড্রামাগী তোপ তোপ্পা ক্রাইসিস মওং লৈরি। ভাবোক্কী থম্মোইবু খৌরাংহল্লকপা, লাণ্ডতকনহনবা, পোত্থা-হন্দবা অদুগুম্বা মীকুপশিং অদুবুনি অরুবা মতাং হায়রিবসি।

মত অনিমক পুনশিনবা য়াই। থর কুপথনা থম্বরবদি অনিমক থূৰাক থুনমনি হায়বা য়াই। সমস্যা থোরকপা ক্রাইসিস হায়রিবসিদা মশানা সজ্ঘর্ষ (কনফ্লিক) য়াওজরবনি। মদু মম্মুং ওইনা তৌবা য়াই মপান্দা উৎপা য়াই। য়াওবদি শোয়দ্রে। অসিগুম্বা শক্তিশিংগী মূকনবা য়াওদ্রে হায়রিবা ড্রামাগী সিন অদুম্মু মনুংদা মূক্রবগী অথুপ্পা

ঈচেল য়াওরি। ইগী য়ুমগী ফল্লাংদা রাচেং য়াওরি। অতুবু ফল্লাং রাই তৈশিনখ্রে হায়ত্নু়না রাচেং য়াওখ্রে হায়রুবা য়াদে। য়াওখ্রে হায়রুরদি ফল্লাং কিল্লরকপা তাই। সজ্জর্ষ অমসুং ক্রাইসিস (সঙ্কট) হায়বসি থাদোক্লবা য়াদে। অমবু য়াওরবদি অমসু য়াওরে।

অমরোমদা হায়রগা ত্রামা য়েংবা হায়বসি লেংবা চানবা মুক্লা শানবা য়েংবগুম্বা জাৎনি। লৌ জাৎ জাৎ তৌনরকপা অমসুং ওাক-থোক্লরকপা মমৈথংদা অমনা থাদবা। মসিদা ত্রামা লোইরে।

১৯৫৫



# মৈতৈগী শুমাং লীলা

অহিং ওইশিল্লক্রে। য়াওশংগী মুংঙাইবনা হৌজিক ফাওবা থরাই হকচাং কৃপলি। অহুবু থাপতক তৌনা মখোল অমা ভাই—ঢোলোকী মখোল। মায়কৈ অসোমদা চেনশিল্লরক্রি মুপী অঙাং অহল লমন প্‌ম্নমক পাক্লবা লম্পাক অমদা মৈঙাম্দা প্‌ম্নমক পৈতুনা লৈরে। ময়ায়দা চৌকি অনিগা লোয়ননা মী থর লেপলি, ফমলি। শুমাং লীলা হৌরে।

বাংলা দেশলোমগী যাত্রাদোনা অতুক য়াম্না ঈশৈনা মরু ওইনা ধর্ম্মগী ৱারীলোমদা চংশিন্দে। রামায়ণ মহাভারতলোমদা থোইদোক্লা মরী লৈনদে। অমত্তং হায়বা ভারগনা হরিশচন্দ্র। অতৈদি কবোগা মৈতৈগা নক্করম্বগী ৱারী (থোক লীলা) ঐখোয়গা হৌজিক ফাওবা থাদোক্লবা য়াদ্রিবা কুইরবা মোইরাংগী সভ্যতাগী ৱারী (মোইরাং পর্ব্ব) থম্বা খোইবীগী মমাংগী লাংঙোন অমগী ৱারী (পিদোংম্নু) মণিপুরগী কাউনবা ঙমনদ্রিবা অথোইবা নিংথৌ (ভগ্যচন্দ্র)। হৌজিক হৌজিকী সামাজিক সমস্যা উরকপা (ফাদোক পেমচা)—অস্নুম তৌনা লীলা মওং মওং লৈ।

ভবোকীদি মুংঙাইরগা লোইরে। নোকলগা লোইরে। মশক্তা থোইনা য়েংদে।

নিপা অমনা ফিরোন থর শেৎচিল্লগা নিংথৌ হেক্তা ওই। অমনা অমুক কনেক অমা শেৎচিল্লগা মকোক খুমলগা মুপী হেক্তা ওই।

মাল্লি মান্দে হায়বা ভাবোক্কী থোইনা বেরা লৈতে। হেক্তা ময়ানৈ। ঙাঙথোরকপা রাত্তাদা উৎলগা ফাগী অমসুং চৎথোরকপা শাজং অতুনা পাল্লগা হেক্তা লোইরে।

ড্রামাগী ভাবোক্তি খর কুপথৈ। ড্রামাদা চঙত্রবা য়াত্রবা প্লোট কেরেক্তর অমসুং সিচুয়েসননচিংবা অমসুং ভাবোকপু চিংতুনা পুরিবা আগ্রহ ( suspense ) হায়বতু খক্তিকুং মপুং ফারকত্তবদা সহানুভূতি ফংদে। লিলা হেক্তা মুংঙাইতে। উৎলিবা চরিত্রগী মশা পুন্নমক অপুনবা লংলা অমনা ফাক্তিল্লি। তিন্নবা য়াবা য়াদবা থৌদোকশিংগী রাইহৈ রাত্তাগী অরুবা মতাং লৈ। য়াম্না চেকশিন্না মুংঙাইবা ড্রামানি।

শুমাং লীলাগীদি মতু লৈতে। চরিত্র হায়বা পোৎশক থোইনা থমদে হায়নিংবা রাত্তা হেক্তা হায়জিনবা য়াই। ঙাইহাক্কী থোকউ থোকউবা ভাব অতু ফোংদোকপদা অপনবা লৈতে। হৌজিক্তা য়াখং পীরম্বা বড় মন্ত্রীনা মুপী কায়নবগী প্রেম-সঙ্গীত শক্তোরকপা য়াই। লিরবা রারীদা নায়ক অতুনা অমুকসু ড্রামাগী নত্রগা সিনেমাগী ঈশৈ শকলকপদা ময়ামনা শাউদে। মুংবু মুংঙাইহল্লবদি পওয়াদা ময়াবা ভাবোকনি। থোরকইবা নিপাতুনা রাশীবু খর লৈরবা অমসুং হায়-দোরকপা তৌথোরকপা অতুনা ঈপক্তা পকচববদি ভাবোকপুদি পুনিংবা মওংদা পুবা য়াই। অমুকসু নোকহনবা য়াই; অমুকসু কপহনবা য়াই।

অসিনা শুমাং লীলাদা ভাবোক্তা মরু ওইনা পাম্লিবদি রারী শক্তিং নত্তে। ফাগী –নোকতুনা মুংঙাইবা, মুংঙাইতুনা নোকপা। অত্তাং পিশক অমদগী অহল ফাওবসি ফাগীগী মতাংদা য়াকাতুনা লৈনম্লিবনি। লৈশাবী মৌনহা খরত্তনা লেম্বা উৎনিংবদগী মচিন খুমতুম্না ইনোক নোকনিংদবা শাজিম্নৈ। নোক্লকপা মতমদা লম্পাক নত্রগা শুমাংতু পোকথাগ্রাদৌগুম হঞ্জিন হঞ্জিন নোকইবনি। নহারোল পাখং মচাশিংসু লীলাদা অমুক য়েং, মুপীরোমদা অমুক য়েং---অতুম নোকই। অহল

য়াননবা য়ারী মপূং শান্নবা করুণ রস পোকহনবা মতেক অমনি ময়াওই। অদুবু ময়ামগী দাবীনা কনবনা য়ারী চুমদ্রিং উৎপা লিলা য়াওরকত্রে।

অদুদা মুঙাইরিবদি তৌরিবা ফাগিশিংছু ভাবোকপু করেম্নবনি। সমাজগী অমোৎপা অশোনবা অথীবা প্রম্নমক হল্লেংবা লৈত্তনা উৎলক-লিবনি অমসুং উৎননবা লাক্লরিবনি। মুপী লোনবগী অরুবা অমসুং মুংঙাইতবা সমস্যা, মুপীনা লোননা নিপা ঙাঙনবগী সমস্যা নহারোল-শিংনা লম হেল্লকপগী মঙং ফাগি ওইনা পুথোরকইবনি। থিয়েমথৈ চৈরগা নোকহনবা ঙম্লিবা শুমাং লীলানি। চম্না নোকহনবা য়াঙাংদা ফিভমদা নোকহনবসু কয়া অমা য়াওই।

ঐথোয়না খঙগদবা অমদি শুমাং লীলা হায়বসি পুম্নমক্তা ওইবা লীলানি। পুম্নমক্তা য়াবা প্রম্নমকপু উৎপা লিলানি। সমাজগী য়াখলগী অমসুং থম্মোইগী মিংশেলনি হায়বা য়াই। লীলাগী মীগা ভাবোক্তা অমত্তা ওই।

লেম্না ফজবা লীলাদি ড্রামানি। শুমাং লীলা নত্তে। অদুবু মৈতৈ-শিংগী থম্মোইদা থুপ্না চেল্লিবা মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং সমাজগী ঈচেল অমা খঙগে হায়রবদি শুমাং লীলা নৈনদবা য়াদে। মরমদি শুমাং লীলাগা সমাজগদি অমত্তা ওইনা ঈরোইননা লেপ্তনা চেল্লিবনি।

১৯৫৫

# মণিপুরী ড্রামা কদোমদা ?

ফনতুম নুংঙাইবা মতৌনি। দিল্লীরোমদা ভারতকী ড্রামাশিং হিংগৎলকনবা ঈশিং চাইরি। মণিপুরী ড্রামানা অমুম অমুম শিখররক্লে অয়ান্বগী পুকনিংদা চিংনবা পোক্লে—মণিপুরী ড্রামা শিবা শোয়ব্রে। হৌজিকমক অনাবগী লাইওং শঙদবা য়াদ্রবনি। জ্ঞান তানা লাইকল্লদবা য়াদ্রবনি।

ড্রামাগী খ্বাইদগী অকনবা য়েকনবা নম্বর বান—সিনেমা। মতমগী ঈরাংগা সিনেমাগা থাদোকনবা য়াখিদ্রে। য়েংনিংবা তানিংবা অপান্বা পুন্নমক সিনিমানা লোইনা ঠিকা শুকখ্রে। মিংকী কুম্মেগী লময়োৌবী—সিনেমানি।

অনিশুবা মরম—ফজবা মপ্নুংফাবা লীলা পুথোরক্তবা। মরুওইনা ইবীনবা মী য়াংলি। স্বদেশী য্নগকী লীলা লোইখ্রে। য়াইথিং কোম্নু, মোইরাং থোইবীগী মতম লোইখ্রে। মণিপুরী ইজৎ ঙাকনবা লীলা 'বীর টিকেন্দ্রজিৎ' উমন্দুনা পেননরে। হৌজিকমকী লীলাদি লৈত্রে। লীলাবুদি মরক মরক্তা অমনিবুদি থোরকই। অদুবু সমাজগী অনৌবা শকফম উৎপা, শীংথানবা য়াবা লীলাদি থোকত্রে।

মতাং অসিদা জিসি তোংব্রা খন্নবা য়াই। মহাক্তী 'মিষ্টর লেম কিয়ার' ইম্ফাল থোইবী' অনৌবা লীলানি; অনৌবা ফাগীনি। অদুবু ফংকম থোকপা ভাবোকী রেসেপসন ফংদ্রি। কনাগী অরাংপনো হায়বদু কুপথনা খন্ননিংঙাইনি। ভাবোকনা য়ৌদবরা নত্রগা লীলানা তাব্রা খন্নবা য়াই।

অহুমশুবা মরম--কারবারগী অমুবা লৈচিল্লনা কলাগী জগৎপু কৃপশিল্লকপা। থাঙ্গৈশেংবা ড্রামাদা ল্পূলবা আর্টিষ্ট নৎত্রগা সংস্থান লৈশিল্লকত্রে। মতুগী তশেংবা খুদমদি রূপমহল। লীলাবুদি মরক মরকতা মশাল্লরি। অতুবু ফনা কুইরে লীলা অনৌবা মরাং কায়না পুথোরকতবা। এম ডি ইউ গী লীলা চথরি। অতুবু ফনদি রানা খাঙলি।

থাঙ্গৈশেংবা ড্রামাগী ভাবোকসু মশিং রাৎলি হায়বা তাই। সিনেমাগী ভাবোকনা ড্রামাগী ভাবোক ওইবা য়াদে। তোপ তোপ্পা ড্রামাগী রস চুপপা ঙম্বা মীশিং রাৎলকলে। থোইদোকনসু থাইনগী ওইনা তৌবা মণিপুরী ষ্টেজ অসিদা। তশেংবা ড্রামাগী ভাবোক্তগীদি ঈরাংগী ভাবোকনা মশীং অসুম অসুম য়ামশিল্লকলে।

অসিমতংদি মুন্না থন্নসি। মণিপুরী ড্রামা অসিবু শোয়দনমক শিবা তারবরা? শিকম পোক্তে—হিংহনগদবনি মরমদি

(ক) সিনেমা হায়বসি ড্রামা নত্তে। সিনেমানা য়োৌবা ঙমলরোইদবা মণিপুরী ড্রামাতনা উৎপা ঙম্বা কয়া লৈরি। মণিপুরগী তোপ তোপ্পা সংস্কৃতি অতৎপা লৈতনা ওল্লিবা মণিপুরী সমাজগী শকফম অমসুং পুম্নমকনা খোরাংনা ঙাইনরিবা হৌজিক্কী অমসুং তুংদা ওইরক্কদবা মণিপুরী আর্টিষ্ট কয়া কয়া। মথক্কী অসি ফজনা ফোংদোকলবতদা ড্রামানা ওইগনি—অমর। অসি নত্তনা সিনেমাগী শেগাদা চঙজরুরবদি মৃত্যু শোয়দ্রে। অতুগা

(খ) ভাবোক মশক খঙবা তাই। মণিপুরী ভাবোক্কা করম্মা লীলা য়েংলিবগে হায়বতু খঙবা তাই। অতুগা ভাবোক হায়বসি তম্বিবসু য়াই। উগনি থল্লমদবা সমাজগী অনৌবা শকফম অমসুং থম্মোইগী অঙকপা ঈচেল কয়াসু ভাবোকপু খঙহনবা য়াই। ফত্তবা অনৌববু পামলোইদবা কনাসু য়াওদে। অনৌবা ঙাক্তনসু চৎনদে—ড্রামা অমসু ওইহন্দবা য়াদে, অমুকসু

(গ) লীলাগী মশীংদগী মগুণ লোমদা হেন্না য়েংফম থোকই। হিংবা তারবস্নু মগুন্না হিংগদৌরিবনি। ড্রামা ইরিবা আর্টিষ্টশিংনা। অহিংবা সমাজবু এক্সেরে থাহুনা য়েংগদবনি ওপারেসন তৌগদবনি। হাইফেত্তুং উরিবা থম্মোইগী শকফমতু মাইক্রোসকোপতা অমুকন্নু য়েংগদবনি। মতুংতদা থোরকনি মপুং ফারবা ড্রামা। মতাং অসিদা জি সি তোংব্রাগী অনৌবা চেষ্টা অমস্নুং চাংয়েং (এক্সপেরিমেণ্ট) থাগংনফমনি। অরোইবদা

(ঘ) মণিপুরী সমাজনা হিংন্নিবমখৈ মণিপুরী ড্রামা শিফম থোক্কে।

১৯৫৫



লোইরবা



"রচনা থরসিংগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি মত ফোংদোকপা নত্তে। সমস্যা কয়া নৈদবু নত্তে। পোকচরকপা রাখল থর ফজনা ফোংদোকপা অমুকা হেন্না ফজনা ফোংদোকপা লাক্লবনি। শম্না হায়রবদা মৈত্তে-য়োনগী মুক্তিনি ঐহাক্না তানজরিবসি। য়ারবদি রাখলগীসু মুক্তি।"

ইরি কবি অমসুং সাহিত্যিক এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ১৯৫৭ দা লাইরিক অসিগী অহোংবদা। মৌলিকসু ফজবা অসি মাংগ্রি।

অইবগী ফোংলবা অতৈ লাইরিকশিং:—

* মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ ( রাবেং—১৯৬৮ )
* চংলসিনে কদাইদনো ইবানী ( শৈরেং—১৯৭১ )
* নত্তমগী রাখল ( রাবেং—১৯৭৩ )
* Aspeets of Indian Culture ( 1982 )
* তীর্থ যাত্রা ( শৈরেং—১৯৭৫ —সাহিত্য একাদেমীদি মনা ফংলবা )
* সংস্কৃতিগী শক্লোন ( রাবেং—১৯৯১ )
* Fragments of Manipuri Culture, CASCNS Publications New Delhi 1993 )